# শাস্লপপা খরদৎ

ভদ্র মহারাজ সার ৺চুড়াচান্দ সিংহ কে. সি, এস, আই. সি, বি, ই, সনা হাক্তক্তা কাওরম্বা লাইয়েকপা ( paniter ) নিপা অমনি। মহাক লাইয়েকপদদা কাওবা নত্তে. লাই শাবা, কোটো শিন্দোকপা, উনা শাবা মূর্তি অয়াম্বা য়াম্লা নিংথিনা শাবা থৈবা নিপা অমস্লু ওইরম্মী। মণিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা খৃঃ ১৮৬১ গী লমদা থাগী পানথৎলকপা শগোনশেল মুখিত্তা ইম্ফালদগী মাইল ১৩ রোম লাপ্লা লৈবা খৌরাম কোক্সিন হায়বা লমদম অদুদা "ভদ্র" পোকই। মাবু পোকপা মপা ইবুংঙোগী মমিংনা "সনাবা" কৌই। অদুগা অপোকপীগী মমিংনা "নুপীমচা" হায়না খ্বাইনা খঙনৈ। ভদ্রগী মচিন-মনাও মরি শুই। ইংল কনবা মচেমগী শমিংনা তিংগোং কৌই। মহাক ব্রাহ্মণ জাতিগী হঙোইবম অমদা ওংখি। মথঙদা মচন নুপী অমগা মনাও অমগা পোকই। মচন ইবেম্মগী মমিংনা "অমুরৈমা" কৌই। মহাকস্লু ব্রাহ্মণ জাতিদা; উচেকোম্বা লৈবা খ্বাইনা বামোন চোঙাবী হায়না খঙনবা নুপা অদুদা ওংখি। ইতোন তোনবা মনাওগী মমিংনা "পাদোন" কৌই। মহাক মচা মশু খর থনম্লগা ভদ্রদগী হাম্লা শিখি।

মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ( মক্তম অতুগী ) মেজর মেক্স-রেলনা ভদ্রবু শকখঙ মাইখঙবীদুনা কলিকাতা সহরদা পুবীদুনা লাই য়েকপা তমহল্লি। অমস্লুং লুনা-চাম্লা তৌবী। অদুতস্লু নত্তনা মণিপুর সরকারগী হায়বদি— সনা কোম্লুংগী য়েকপা-থোৎপগী

থবক হাপ্পীদুনা তৌহল্লি। খৃঃ ১৯০৪ গী জানুয়ারী তাং ১দা মহাক মণিপুর ষ্টেট পেইণ্টর অমা ওইনা সনা কোমুংদা থাদা লুঃ ১০ দগী ১২ ক্ষাওবা ফংদুনা চহি ২৩ থবক তৌরম্মী।

ভদ্র পূক্চেল শেংই, হায়নিংবদা অপননা লৈতে। মী খুদিংমক্না মাবু মুংশি। অদুবু, মহাক্কী নিংখিবা থবক্কা তৌদনা তোক্কবা অসিনা মাবু খ্বাইনা কি-তুক্কচনা খদ্নে। মতম অদুগী মূক্না, থৌরিচিংবী, খুন্নু তুনবা, জ্বার শান্নবনচিংবদা মহাক ময়ামদগী হন্নবা নত্তে। লাই তিন য়েকপা শাবা মতমদসু মানা ঙমগনি হায়গ্রবা অদুদি ঙম্নবা তৌই।

অসুম্না, মতম খর খ্বাইনা শকখঙ মাইখঙনরম্লগা খৃঃ ১৯২৭কী ডিসেম্বর থাগী তাং ৩১ য়াকচৌংগী ৮নি পানবা থাংজ মুমিৎকী মুমিদাংয়াইরমদা মশাগী চহি ৬৬ শুবা মতমদা "ভদ্র" মাগী তানবা ফংলয়োইদ্রবা শক্কমশিংদু পুদুনা তাইবঙ পানবা থাদোক্কুনা লাইরমলেন্দা তিনখি।

অইবী—

# লাঙ্হোকচবা

কুমারী নিংথৌজম চম্পু তোন্দোন্না ইবা 'ভদ্র' হায়বা লাইরিক অসি মকোক্কুগী লোইবা ফাওবা থরায় য়াওনা পাজরে। পাবা হৌগ্রবদি লোইবা ফাওবা পানিংবা অমা পোকই। মসি অইবী অসিগী সাহিত্যিক ওইবা লোন্দা সাহিত্যগী গুণ য়াওনা ইচম চম্বা পোৎপু অপাবগী থম্মোয়গী মিত্তা শং-শং উহনবা ঙম্বা শক্তি অমননি। ভদ্র হায়বা নুপাসি শ্রীযুক্ত মহারাজ ৺চুড়াচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি. বি, ই, না পাল্লিরৈদা লৈরম্বা অফাওবা চিত্রকার (লাইয়েকপা) নুপা অমনি। মীতৈ পুন্নমক্কা মহাক্কী মরমদা য়াম্না তানিংই অমসুং খঙনিংই। অদুবু ঐখোয়না থিজিনবদা থিফম খঙদবনা ভদ্রগী মরমদা লংজিল পুল্লবনি। কুমারী তোন্দোন চম্পুনা লাইরিক মচা অসিদা রচনা অমা ওইনা ভদ্রগী পুন্সিবু থোৌদোক পরেংনা উৎলি। চহি মশিং, তারিখনচিংবা হাপ্তুনা জীবন-চরিত নত্রগা ইতিহাসকুম মথং মনাওগী পম্না অপাববু অক্কা অপুন্নহন্দে। অদুগা অইবী অসিগী ফোংদোকপা ঙম্বা পাঙ্গলনা ভদ্রগী পুন্সিবু ইতিহাসকী অকংবা লৌবুক্কুগী ফুক্কোক্লগা সাহিত্যগী নিংথিরবা লৈকোন অমদা থাদুনা লৈশাৎ তমহল্লি অমসুং অউবগী পুক্লিং হুহল্লি।

মহাকবি কলিদাসনা নুপীদা ঙাওখি, ঐখোয়গী চিত্রকার অমসুং কারীগর ভদ্রসু জুরারদা ঙাওখি। কালাকার অমা ওইবগী কুপ্পা উশিনবা ঙম্বগী পাঙ্গল মঙোন্দা লৈরম্মী, ব্বারেং অসি শম্না,

হায়রবদা ময়াম্না হায়নবা পুন্সিগী রারী হায়বা রারেং মথল অতুদগী হেন্না ময়েক শেংলবা থৌদোক পরেংনা শাব। ভদ্রগী পুন্সি রারীনি। রারেং অসি মীতৈ সমাজদা অইবীগী মমল য়াম্লবা খুদোম্নি। মীতৈ সমাজনা অমদি ভদ্রগী মরমদা থঙবিনিংবশিংনা অইবী অসিগী মফমদা লমন তোল্লবনি। অরোইবদা অইবী অসিগী মফমদা ঐথোয়না রারেং অসি ছাপা নমথোক্লুনা পাবিনিংবশিংগী মমাঙদা পুথোকল্লুপদু থৌরাংনা ঙাইজরি।

অয়েকপম চন্দ্রমনি
হেডমাষ্টার
কেবল গার্লস, ইম্ফাল।

তাং ২৪ | ৭ | ৭৩ ইং



# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী পরম পরাদগী হৌনা ঈরোঙ কাংনা চেম্থরক্লিবা কলাগী ঈহৌনা মৈতৈশিংগী খম্নোয়দা হকচিন্না লৈরক্লবনি হায়বসি থানবা য়াত্রবা য়াকল্লি। অদুম ওইনমক, মণিপুরগী পাক-চাওরবা সংস্কৃতিগী পূকৈদা চিত্রকলাগী ফিরেপ কল্লিনো হায়বসিদি হৌজিক্কী মীরোন্না অতৎপা লৈতনা হংনরক্লি। মণিপুরদা চিত্রকারগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না মণিপুরগী চিত্রকলাগী ইতিহাসপু ময়েক লানা খঙনিংবগী খোয়াংবসু কন্না হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা ইতিহাস অসিগী লংলবা লামায় খরদি ভদ্রসিংগী পুস্নি অমসুং মহাক্কী কলানা শোয়দনা কল্লগদৌবনি। মৈতৈ অয়াম্বগী পুক্লিংদা হৌজিক ফাওবদা "ভদ্র" হায়বা মিং অসিগা লাই-য়েকপগা অদুম লোয়নরক্লবোই খল্লবি। মহাক্কী মরমদা ৱারী শীংবুম কয়া লীনরি, তানরি অমসুং ঙাইনরি। ১৯৬৮ দা মণিপুর ফাইন আর্টিষ্টস এসোসিয়েশন না পীন্দুনা পাঙথোকখিবা ভদ্র শববার্ষিক জন্ম উৎসবকা মরী লৈননা ফোঙখিবা "মণিপুরী চিত্রকলা"গী লামায় কয়াদা নিংথৌজম ভদ্রগী পুস্নি অমসুং মাগী কলাগী মরমদ মমল য়াম্লবা মচাক খর থেংনজররবসু ভদ্রগুম্বা লাইপোক্কী মরমদা হেন্না খঙনিংনা, হেন্না তানিংবগী ময়াইদা কন্থবা লৈতে। নিংথৌজম চন্দ্র তোম্বোম্না ভদ্রগী পুস্নিগী মরমদা শংশঙ উহৌবগুম ইরিবা লাইরিক অসি পারুবদা ভদ্রগী চম্লবা পুস্নি কলাদা পুক্লিং লূপ্না থৌদোক-ৱাথোক পুকচেল তিংবা শাজৎ কয়াবু অপ্যাবগী পুক্লিংদা

নৌহোনা অমুকময়েক লানা নীংশিংহল্লি। নহা ওইরিবী কুমারী তোন্দোন চনুগী সাহিত্যিকী ওইরবা লৈশি লৈথোন কয়ানা শোক তাম্লিথনচিংবা য়াওদ্রবস্থ অপায়বগী পুক্নিংনু কাক্তিল্লি অমসুং লোইহৈন্রিবা কাওবা গানিংহল্লি। তমেংসমক লাইহিরিক্কিং অসি মণিপুরগী চিত্রকলাগী ইতিহাস-লৈকোন্দা অহনবা নৈচল অমা ওইরগনি অমসুং কলাবু সুংশিবিবা মীওইশিংগী পুক্নিংমা চত্রগী পুক্নিগী মরমদা খঙনিংবগী ময়াম অতুস্থ খরগী মথৈদি শোয়দনমক কোক-হল্লগনি হায়বসি ঐহাকী থাজবনি।

খাগেমপল্লি, ইম্ফাল — থোইদিংজম তোম্বী

ডিসেম্বর ২৯, ১৯৭৩ ইং

# থাগৎচবা

নিংথৌজম চম্মু তোন্দোন ইবেম্মানা ইজবা 'ভদ্রগী পুন্সি রারি' কৌবা লাইরিক অসি ঐ ইশামক্না পাজরে। ভদ্র কৌবা ওঝা অসি থোইদোক হেন্দোক্না মণিপুরগী, লাইয়েকপা ১স্নুং শাবগী ষবক্তা মমিং চৎলবা মীশক অমনি ওঝা অসিগী Biography ( পুন্সিগী থৌদোক রারি ) অমা ইথোক্লুনা লৈবাক মাংদা থুদোনজবা লেমজনিংঙাইগী মশক্তি, ওঝা অসি থোইদোক হেন্দোক্না কলা বিদ্যাদা পুক্নিং লুপচবা ১দি কলা বিদ্যাবু পুথৎ-পিরম্বা অমনি। ওঝা অসিগী মশাদা তৌবা গুন। অঙকপা গুণ কয়াস্তু চেল্লি অতুগা মতম অতুগী লৈবাক নিংথৌগী অচানবা মী ১স্নু ওইখি। ওঝা অসিগী তাংলবা পুন্সি রারি কয়াবু মাংখিদনবা হোৎনজরিবী অসিবুস্তু থাগৎঙবা ঙমজদে।

M. Bhaskar
Director of Bhadra Memorail
Art Centre, Imphal, Manipur
Dated 26 th August 1974

---

## থাহৈ অমা অনীদং

ইপুবোকী থৌদোক থারীতনা খোমজিল্লগা ইপুবোকী মিং "ভদ্র" হায়বসিমক মিংথোল্লগা লাইরিক মচা অসি ঐগীদি অহানবা থূংইনি।

থোইদোক্লা ইকায় খুম্ননিংঙাই ওইরবা ওঝা অয়েকপম চন্দ্রমণি, হেডমাষ্টর কেবল গার্লস হায়স্কুল, থোইদিংজম তোম্বী, প্রোফেসার অমদি— "ভদ্র মেমোরিয়েল আর্ট সেন্টর" গী ওঝা ভ স্কর মখোয়না মমল য়াম্লবা মতম কায়থোকপীদুনা লাইরিক অসিবু পাবিদুনা মখোয়গী মত অমমম পীবিরকই। মসিগীদমক ঐনা ওঝাশিংবু তৌবিমল খঙবা উংচরি।

মরুওইনা লাইরিক অসি পুথোরুবা হোৎনজবা মতমদা ঐগী মুংশিজরকা তামো ইন্দ্রজিৎ ( সেন্দ্রা ) না মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পিবিবতা নত্তনা লাইরিক অসিগী অশোয়-অঙাম থরদি য়েংশিনবী। মহাক্কী লমনস্থ পুন্সিগী ওইনা তোনশিন্নে।

অদুগা থবক্কী মরমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা তেঙবাংবীবা তা "কুমারগী শিংঙম্লোইদ্রবা লমলস্থ তোনশিঞ্জরবনি।

অইবী—

# "ভদ্র"

## ( ১ )

( ভসিদগী চহি ১০০ রোমগী মমাংদা ফাওরম্বা কারীগর ৺ভদ্রগী পুন্সিগী ৱারী মীপুম খুদিংমক্তা কাউথোক্লখিরম্বা য়ারে। শিংথাবা য়াবা মৈতৈ মচা লাইয়েকপশিংগী মনুংদা মণিপুর সনা-লৈবাক্তা ফাওরম্বা অহানবা কারীগরদি ভদ্রনি )

ভদ্র খৃঃ ১৮৬১ গী পানথংলকপা লমদা থাগী শগোলশেল মুমিংতা থীয়াম কোঞ্জিন্দা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা ভদ্র থোইদোক্লা কা হেন্না মশক মতৌ ফজদে, ঙৌস্থ ঙৌদে, মনাঙোন তুম্বী। তশেংনা হায়রবদা মৈতৈগী শকফম মঙোন্দ থোইদোক্লা চপ্তদে। অদুগা মঙোন্দ তোপ তোপ্পা গুণ অমদি পোকপদগী লোয়্নরকই। মাবু হেক উবদা মুংশিবা অমা হেক্তা পোকই। মাগী মাই-থোং মতম পুন্নমক্তা মকা লামদুনতা লৈ। মাবু পোকপা পাম্থোনা মাবু মচানিপা অহানবা ওইনা ফংজবদা মুংঙাইজবগী ঙমথে লৈরেখিদে। পলেম-পম্থৌ অনিনা অঙাং ভদ্রবু লুনা চান্না তৌদুনা য়োকই অমসুং মথোয়গী ৱাখল পুন্নমক পিক্লিবা ভদ্রদা থমখি।

অপোকপা সনাবনা পিক্লিবা ভদ্রবু পুরগা ইম্ফালগী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা শোইবম লৈকাইদা লৈখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইয়েকপা খোংপা অসিনা মাগী খ্বাইদগী পামজবা শিনফম ওইরকখি। মাগী রাখলদা লাইরিক-লাইশু তম্বা, থবক ইনথাঙ শুবা নোম্বগী রাখল করিমতা লৈতে। মাবু পোকপা মপা ইবুংঙোদি ধর্ম্মদা য়াম্না থাজগনবা মীতা অমা ওইবা মরমনা শিনফম অসিবু পামজরমদে। লাইয়েকপা অসি তৌহৈদে, মচা-মশুনা কত্ত-নুংদা থোক্কনি হায়রবগী রাখলদা ভদ্রবু লাইয়েকপা-খোংপা অসি তৌহন্নিংলমদে। পিক্লিবা ভদ্রগী রাখলদি মপাগী অনিংবগী ওন্ন-তৈনবনি। মমা ইবেম্মসু মচাগী শিনফম অসি পামজরমদে। অদুবু নিংখিবা হোংদবদগী থোনা লৈরবা ভদ্রনা মাগী পামজরবা শিনফমবু হোংবা লৈতনা চংথরকখি।

নিতি নুমিৎ খুদিংগী পিক্লিবা ভদ্রনা পেন্সিল মতেক অমা খিরগা চংলিবা মী অমদি মণ, ইরোই, হুই, হোদোং অসিনচিংবা য়ুমশা কয়া য়েক্কুনা লৈখি। পুন্নমক অসি অঙাং ওইরিবা ভদ্রনা য়েক্লগন্ত তোকপা নত্তে। পিক্লিবা মাগী রাখলনা প্রকৃতিগী ওইবা উনা-রানা কয়াগী মচুদগী মহী লোয়রগা মথল মথেল কয়াগী রং (মচু) শেম্মী। য়োংশবীগী হামুক, শুনু, চেক মতেক, শাগোইহিদাক অসিনচিংবা পুন্নমক অসিনা অমগা অমগা য়ান-শিন্নরগা মানা য়েক্লিবা মূর্ত্তিশিং অদুদা চান-চাননা থাই; অদুম্মক মফজে। মমান্নবশিংদা পৈশা মতেক, পাই শিত্তুনা য়োল্লি। অসিগুম্বা মাগী মওং মতো পুন্নমক অসি পলেম-পম্ভো অনিঝা

খঙলকখি। মানা য়েক্লিবা শা-যনগী মুর্তিশিং অদু উরক্লে। মতুদগী মচাগী মকমদা অশাউবগী মৈনা, মমা মপাগী খম্মোয়দা চাকপা হৌরক্লে। অঙাং ওইরিবা ভদ্রগী রাখলদু ওয়নবা অমদি মচাবু কিহল্লবা পলেম-পম্বৌ অনিনা চৈবা ঙাঙবা হৌরক্লে। পুম্নমক ভদ্রনা মনাদা হাপ্লীদ্রে। নোংমনা ভদ্রনা লাই য়েক্লিজৈদা মমা ইবেম্মনা চঙলক্লগা মাগী লাই য়েক্লবা পোৎ-চৈ পুম্নমক মুল্লগা ঈশিংদা লংথখি। পিক্লিবা ভদ্রনা মমা ইবেম্মগী মওং মত্তৌ অদুদা মথম্মোয়দা মুংঙাইতবা অমদি শাউনিংবদগী মপি তানা কপখি। মথৌনা লৈরবা, মরিল করবা ভদ্রনা অনীংববু জয় তৌরগা খুদক্তা ঈশিংদা চোংথরগা মপোৎ মচৈ পুম্নমক খিখি। মসিগীদমক ভদ্রবু কয়ারক হন্না ফুখি, চৈখি পুম্নমক ভদ্রগী অকমদদি অরেম্বা তাখি।

পলেম পম্বৌনা ফু-চৈদুনা রারক্কুনা কিহল্লবসু মরিল লৈরবা ভদ্রনা মাগী অনিংবদগী তোক্লগে হায়বগী রাখল লৈতে। পলেম পম্বৌবু খঙহল-উহনদনা তুমিন তুমিন্না অমুক শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি, মহাদেবগী মুর্তি য়েকপা হৌরক্লে। অদুদগী মাগী রাখলদগী থোরকপা প্রকৃতীগী ওইবা উনা-রানাগী মহীদগী শেম্মা রং অদু মকম চানা চাননা থাজিল্লে, অদুগা মমান্নবশিংদা অমুক য়োনবা হৌরক্লে। হন্দকসু ভদ্রনা কৃষ্ণগী মূর্তি, মহাদেবগী মুর্তি য়েকপা অসি মাগী পলেম পম্বৌনা খঙলক্লে। পলেম পম্বৌগী অশাউবা হায়বদু খম থেংলে। লাইতিনগী মূর্তি য়েক্লে, মচাম-শুদা মখোঙ অখুৎ শোয়বা তারে, মমিৎ মনা তাঙবা তারে হায়বগী থাজবগী

য়ুমকমদা পলেম পস্থৌ অনিনা মাগী লাই য়েরুবা মপোৎ মচৈ হিদাক লাংথক পুন্নমক মুল্লগা অমুকস্থ ঈশিংদা লংথখি।

মাগী পামজরবা শিনফম অসিনা পলেম পস্থৌ অনিগী মকমদা কয়ারক হন্না নীংবা কায়থ্রবনি। মানা পামজরবা আশাগী ময়োলস্থ পলেম পস্থৌ অনিনা কয়ারক হন্না থদংথ্রবনি। অতুন্থ থদং থদংলগা মনা পুংনা হৌরকপা উপালগুম ভদ্রগী অপাম্বা শিনফম অসিস্থ হেনগৎলকই। মমৈথংদা হোংও হায়বা য়াদ্রকা ভদ্রবু পলেম পস্থৌ অনিনা ইস্থোকপা হৌখি।

## ( ২ )

পলেপফমঃ নাইত্রবা মতমগী খোঙচৎনা নোংম নোংময়গী হৌজিনখিদুনা ভদ্ পাখঙ ফারক্লে। মতমগী মতুং ইন্না ভদ্গী শুপী নহা থিবগী মতম ওইরদুনা ভদ্স্থ শুপী অমা খিরক্লে। মাগী তালোই অসি ককরা পুঞ্জী মপান্দগী লাইশ্রম নিঙোলনি, লাইশ্রম অদোরগী মচান্থপীনি। মোইথাপ হায়না মীংগোনৈ। খুদাপমচা হায়নস্থ শঙখঙনৈ। (মোইথাপ্ন পোকপা পলেম পস্থৌ অনিনা খুদাপমচা হায়না মিং থোনখিবসিগী মরমদি খুদাপমচাসিঃ পোকপদগী হৌনা মাগী থ্বাংদু খুদাপ্ন পায়শিনবদা য়ানগুম পীকই হায়বসিনি), ভদ্না মোইথাপ্ন মাগী তালোই ওইনা লৌরুবা অসি মথোৎ কারকপী নৈশাবী ওইনা লৌরুবা নত্তে। মৌগী শীংদা চল্লুরবী অমনি। পলেম পস্থৌ অনিস্থ

থৌদোক অসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা শাউরে। ককরা মুপী লৌরুরে, লাইশ্রম নিঙোলদি হিংচাবীনি (মতম অদুদা হায়নং রম্বা) শাগৈ জাৎ কম্ভে, অদুগীম্ম মথক্তা মো ওইরবী মুপীনি হায়রবসিগী রাখলদগী ভদ্রবু পলেম-পম্বো অনিনা অমুক্তা হেন্না তাথিরে। লাই-তিন য়েকস্ন হায়বা য়াদাবগীনে, লাইশ্রম নিঙোল মো লৌকবগীনে, ময়াম অসিনা চাউরবা মরাল ওইদুনা ভদ্রবু পলেম পম্বো অনিনা তাহোক্লে। ভদ্রনা মোইথাম্ম পুদুনা মকম অমদা অমুক লৈ, অমদা অমুক লৈদুনা লেল্লক্লে। নোং হেক ঙাম্বগা ভদ্রনা য়েক্লীংঙাই লাই-তিন য়েকুনা পৈশা তান্দুনা চায়। পোরোমপাৎতগী চরোং ফান্দুনা মখোয়গী জীবীকাদু মতম থর হিংনবা উপায় থিরক্লে। চরোংনা মোনপাক ওই, চরোংনা মোন ওই, চরোংনা- মাগী য়ুমদু কুপ্পুনা লেল্লকই। অসুম তৌনা ভদ্রনা বানা মপুঙ্গী মতেক অমা লেপ্পা তাখি।

নোংমা অমা ভদ্রনা লাই য়েন্নিঙৈদা মতম থরগী মমাংদগী মণিপুরদা লৈরক্কুনা স্ন কোম্মুংগী নিংথৌগী মচা ইচেম্মা সনাতোম্বী লৌদুনা মতম থর লৈরক্লবা মেজর মেক্সরেল সাহেবনা হুই অমা পুরগা পোরোমপাৎতা শিকরী অমা ওইনা শা কাপ্পা লাকপদু উরকই। ভদ্র ঙাইহাক্কং মক্ক লুকথরগা রাখল তৌই। তনম্নেং য়েংলকই, সাহেব অদুগী মতোদু কুপ্পা। অদুদগী সাহেব অদুগা মাগী হুই অদুগা কোয়না ফিভম মওং মতৌ পুম্নমক শুনা চে মচেৎ অমদা য়েক্লে। য়েকপা খোৎপা পুম্নমক লোইরগা ভদ্রনা সাহেব অদু হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরে। ঙাইহাক পুক্লোই

অমরোম লৈরগা মেজর মেক্সরেল সাহেব মাগী তূই অদুগা লোয়ননা হল্লক্লে। ভদ্রনা সাহেব অদুদা মাগী ঙসাইগী অয়েকপা চে মচেৎ অদু পিশিল্লে। সাহেব ঙাইহাক্তং ঙকই, য়েংই, অয়েকপা চে মচেৎ অদু মুন্না। সাহেবনা অয়েকপা চে মচেত্তু য়েংলগা খঙলে, মুপামচাসি লেম্না মাঙলোইদৌরি। মাগী অয়েকপদু উরগা সাহেবকী থম্মোয়দা অমুক্না হেন্না মাবু নুংশিবিখি। মাবু লেম্না মাঙহন-নীংদরে। সাহেবনা ভদ্র য়েংলগা হংলকই, "মুপামচা, নঙ কদায়দগী নো?" ভদ্রনা ঈতিং তিংনা খুম্মি, "সাহেব, ঐ সোইবম লৈকাইদগীনি, আদা উরিবা খুল মচা অসিদগীনি।" সাহেবনা মথা তানা হংলকই, "নপা-নমাগী মিং করি কৌই?" সাহেব মৈতৈলোন নিংথিনা খঙই। ভদ্রনা হান্নগুম্না ঈতিং তিংনা খুম্নকই, "সাহেব, ঐগী ইপাগী মিংদি সনাবা কৌই। অদুগা ইমাগী মিংনা মুপীমচা কৌই। ননাই ঐগী মিংদি ভদ্র কৌই" সাহেবনা মমিং মথা লোয়না ইশিল্লে। পৈশা খর পুথোক্লুনা ভদ্রদা পিরে। অদুগা হায়রকই, " ভদ্রসিং, নঙ ঐগী য়ুমদা খর খর লাকউ, অদুগা ঐগী য়ুমদা লাই য়েকত্তু ঐনা নঙগী পৈশা পীগনি" হায়দুনা সাহেব ময়ুম মকম তাক্লগা য়াম্না থুনা তূই অদুগা লোয়ননা মকম অদু থাদোকপ্রে।

মতম খর হৌপ্রে। ভদ্র মেজর মেক্সরেল সাহেবকী য়ুমদা লাই য়েক্লি। নোংমা সাহেবনা ভদ্র য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্রশিং নঙ মকম অসিদা অসুম লৈরবদি নঙগী নহৈসি অরেম্বদা মাঙবা ত্তারে অদুনা নঙ কলিকতাদা য়েকপা খোৎপা অসি নিংথিনা

তম্মু। ঐগা লোয়ননা কলিকতা চৎলসি হায়বা নহাক য়ানীং-লত্রা ?" সাহেবনা মাবু মুংশিবিবগী মতৌ অতুদা ভদ্রনা খুম্মী, "সাহেব, ঐগীদি লাইবক কবনি।"

হয়েংদি ভদ্র সাহেবকা লোয়ননা কলিকতাদা চৎকনি হায়বদি তাবদা ভদ্রগী ইমুং মমুং পুম্নমক শাউনরে। অতুম ওইনমক মাগী চৎনবা থোরাং পুম্নমক্তি লোইরে। মাগী পলেম পম্হৌ অনিনা মচা মুংশিবগী মৈনা ইমুং-মমুংদা ঙাঙবা শকপা হৌরক্লে। হন্দক ভদ্রনা কলিকতাদা চৎকদৌরিবসি. মশানা মমঙ থিজবা চৎলিবনি. কর্ম্মগী শেল তাঙ্গু হায়দুনা ঙাঙবা শকপা অসি লেপ্তে। অতুম ওইমক ভদ্র সাহেবকা লোয়ননা কলিকতাদা যাত্রা তৌগ্রে। মোইথাপ ইমুং মমুংগী ঙাঙবা শকপা, ওৎ-নৈবা খাঙবা ঙমদবদগী মপামদা চৎতুনা লৈগ্রে। য়ুমগী অহলনা য়াদবগী মরোল অমা, মপুরোইবা লৈত্তবগী মরোল অমা; চাকম থককম, তৌকম খঙদনা চিন্তাগী পোৎলুম পুদুনা মতম থর রানা লেনথি। তৌকম খঙদ্রবী, অহল লমন্না ইম্হোক্রবী মোইথাপ্না মীয়া মীচৈ কয়া খাঙবা ঙমদদুনা মপাম লমদমদা হৌজ কয়া চেন্দূনা খাঙলবস্থ হেক্রুমক মতম লৈরগা মপুরোইবগী ময়ুমদা মরাকই।

অয়ুকী পুং ১১ দা মেজর মেক্সরেল সাহেব, ভদ্র মখোয় অনি কলিকতাদা তেক্ত কায়দনা থুংঙরে। সাহেবনা মখোয় অনিনা লৈনবা কাটর অমা থিরে। কাটর অদুদা মখোয় অনি চাখিন-থকখিনদুনা মতম থনা লৈরে। সাহেবনা ভদ্রগী লাই য়েকপা ভম্রবা তমফমশঙ কম্না থিরি। সাহেবনা ভদ্র য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র সিং, নঙ মফম অসিদা লেঙদনা লৈরম্মু; ঐ ঙহাক্তং চৎ-থোক্লগে।" "ভদ্রনা কনি, সাহেব" হায়দুনা কাটর মম্নুং অদুদা মতোমতা লৈহৌই। সাহেবনা ঙহাক্তং চৎলুগে হায়রগা লাকমন্দবা অদুদা ভদ্রগী পুক্নিংদা চিংনবা পোক্লে। ঙহাক অমুক ময়েংই, লাক্লে, ঙহাক অমুক থোক্তুনা য়েংই, লাক্লে। ঙহাক পুক্লোই অমা অনি হৌজিনগ্রে। মদুক্তাওবা সাহেব মরাক্লে। মমৈথংদা ভদ্রনা য়েংবু য়েংউখিগে থন্দুনা মপান থোক্তুনা মথং—মথং কাটর মঙা তরা লাম্থোক্লক্লে। হায়গী কাটর অদু ঙমা য়েংই, থিফম থংলে। থাঙৈশেংনা ভদ্র লম্মু রুরে, চৎফম থঙদে। অমদা চঙই ইমান্দা মায়ৈ। মদুদা খেন্নরিবা কায়বরু কাটর নম্বর অদুজনি। মতম অসিদদি ভদ্র লোন লিস্থ খঙদ্রে লাইরিকস্থ হৈজবনিনা নম্বর মদুস্থ খঙদে। ভোকম খঙরদুনা "জায় কৃষ্ণ" হায়দুনা থোক্লবা অমা লাক্লগনি থন্দুনা লম্থী অদুনা লৈরিবা মথৈ পঙচত্তা চংলে। মমৈথঙদা মীয়াম তিম্না কৈথেল যৌক্লে। মফম অদুদা লোলস্থ-লিস্থ খঙদবনিনা হংফমস্থ খঙদরে, হক্তিনফমস্থ

খঙদদুনা লৈরে। মুমিৎ তাশিল্লক্লবা ফাওবা কৈথেল মনুংদা অদুম কপ্তুনা লৈরে। অহিং অদুমক্তু কৈথেল মনুং অত্তদা ৱানা লেপ্লে। মিকপ অমা ফাওবা মিৎ উইশিনবা য়াদদুনা ৱানা নোং ঙানবা ঙাইদুনা লৈখি। নোংপোক থংবা মাইকৈদগী কোরৌহনবগী মশেক্লা থর থর মঙাল পীরক্লে। মাগী পুক্লীংদা খজিক্কুং মুংঙাইবা পোকচরে। নিত্তি নাইবা কাঙবুনা ঙস্তা হৌগৎলদুনা মাগী মাগী মথৌ তৌরি। কোরৌহনবস্তু লৈজবা মঙালগা লোয়ননা তরং তরং ছুমদোক্লক্লে। মদু কাওবা ভদ্র লম্বী খঙনবগী উপায় উরক্করে। মাগী ৱাখলদা চপয়ুংনা থল্লে, "ঐদি মফম অসিদা অসুম শিবা তারেদনা," মুমিৎ নিনি শুজিল্লক্লে ভদ্রনা তৌফম চাফম খঙদনা কৈথেল মনুংদা লৈরকপা।

অসোমদা সাহেবনা হল্লকপদা ভদ্র লৈরমদবা উবদা মপুক্লীংদা চিংনবা পোকই। মফম থরদা চক্তুনা থিবদস্তু থিবা খঙদ্রে। মহাক্লা মবুক্লিংদা মওল মওল খনবা হৌরক্লে। মমৈথংদা সাহেবনা খল্লি শোয়দনা ভদ্রনা মাগী খোঙ্জুল লীরমগনি। সাহেবনা শগোল গাড়ী অমা তোংলগা ভদ্রবু মফম থরদা চত্তুনা থিরক্লে। মুমিৎ নিনি শুজিল্লক্লবা ফাওবা থিফম খঙদ্রে। সাহেবনা অমুকস্তু খল্লি কৈথেল হায়বসি মীয়াম ত্তিনবা মফমনি, মদুদা খঙবস্তু য়াই হায়দুনা শগোল গাড়ী অদু কৈথেল্লোমদা থৌজিল্লক্লে। সাহেবনা হংনা হংনা লাকপদা তারে নিপা অমা নিনি শুরে কৈথেল মনুংদা কপ্তুনা লৈরকপা। পাউ অসি তাবদা সাহেবনা খুদক্কা খল্লি মহাক অদু শোইদনা ভদ্রসিং ওইরমগনি। মহাক্লা

শগোল গাড়ী অদু পরপ-পরপ কৈথেল মমুং তান্না থৌজিল্লে। ভদ্রু কৈথেল মমুং অদুদা য়াম্না নুংঙাইতনা ৱানা ফমদুনা লৈরম্মী। সাহেবনা মনাক্ তান্না চঙশিল্লে। ভদ্রুনা সাহেবপু উবদা অঙকপা অমসুং হরাওবদগী মপী তারকই। সাহেবনা ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্রু সিং, নং করিগী দমক মকম অসিদা ৱানা খাঙল-ল্লিবনো ?" ভদ্রুনা খুম্মী, "সাহেব এনা সাহেবপু থিজরকপদা লম্বী লম্মুক্রুদুনা মকম অসিদা লৈজরম্মীবনি। লোলস্থু খঙদবনিনা কনাদস্থু হংকম খঙদে।" সাহেবনা হায়রকই, ভদ্রু সিং লম্বী খঙদ্রবদি করিগী চৎলুরি? মতুংদদি চৎপা তারবস্থু খঙনা চৎকদবনিকো। "চৎলসি" হায়দুনা মাগী শাগোল গাড়ীদা তোংখৎমিন্নখ্রে। মখোয়না লৈরিব কাটরতুদা য়ৌবে। সাহবনা হায়রকই "ভদ্রু সিং নংনা করিগুম্বা মতুংদা চৎথোক্কে হায়রবদি য়ুম অসিগী নম্বর অসি মওং মতৌসি মুন্না য়েংউ।" মতুংদদি ভদ্রুস্থু নম্বর অদুগী মওং মতৌ নিংথিনা খঙবা ঙমলে।

মতম খরস্থু কৌখ্রে। সাহেবনা ভদ্রবু লাইয়েকপা তম্নবা তম্ফমশঙ থিদুনা তমহল্লে। তম্ফম শঙ অদুদা অহানবদা ভদ্রবু কয়াম য়াম্না হৈরে হায়বগী চাংয়েং ওইনা করিগুম্বা লাই খরা য়েকহল্লি। ভদ্রুনা লাই অদু য়াম্না নিংথিনা য়েক্লে। মচু মমেল থানবা মঙোন্দা রং খরস্থু পী। ভদ্রুনা রং অদু ফজবা ৱাৎলি হায়দুনা মান্না পোৎ অমগা পোৎ অমগা য়ানশিন্নদুনা শেমলে। থোকহন্নীংবা মচু পুম্নমক থোকহল্লে। অস্নুম্না অমগা অমগা য়ানশিন্নগা অমকপা মচু অমুক ওইহন্দুনা রং থারে। মাগী

অদুগুম্বা মতৌদু, উবদা তম্বীরিবা ওবা অদু কাওবনা মাবু চাননা কিরে। মাগী মগুন অঙকপনি, হায়রে, অসুম তৌনা মহাক লাই য়েকপা তম্লক্লি। লোলনিসু খর খর খঙলক্লে ঙাংবসু খর খর ঙম্লক্লে।

নোংমা মেজর মেক্সরেল সাহেবনা মহাকদা হায়রকই, "ভদ্‌ সিং ঙসিদি ঐখোয় অনী জঙ্গলদা শা কাপ্লসি।" মহাকনা খুম্মী, "সাহেব জঙ্গল হায়বদু ঐসু অমুক্তা চৎলুদি। চৎলুসি লম য়েংবা ওইনা।" অদুদগী মখোয় অনি শগোল গাড়ী তোংলদুনা নোংমৈ অমা য়াল্লগা লাক্লে। মখোয় অনিনা লম্বীগী নীংথিজবা, জঙ্গলগী ফজবা, লমহাঙ-তুহাঙ পুম্নমক য়েংনা য়েংনা লাকপনা শূক্লা চৌরবা জঙ্গলগী মনাক নকশিল্লক্লে। মখোয়না লাপতক্লা তমথিরবা, খুদোংথিনিঙাইগী মশক ওইরবা হূইথৌ শঙ্গু অমা উরক্লে। করম্না তৌগনি, করম্না জঙক লানশিল্লগা শা কাপকনি খন্নদুনা ঙহাক চপ লেপ্লগা লৈরে। সাহেবনা মরু লুকথরগা করম্না তৌসিগে খল্লে। মমৈথংদা সাহেবনা ঙসাই পুরকপা করু হাল্লবা নোংমৈ অদু তনলৌ লৌথোক্লে,। অদুগা তমথিরবা হূইথৌশিং অদুনা লৈবা মায়কৈদা থক থক কাপশিনখ্রে। অঙকপনি! অমুক খপ্পদা ৩/৪ দগী তাদনা শি, অদুবু শির শিরগা হেন্না হেন্না চোংথোক্লকই। হাৎল হাৎলগা হেন্না মশীং য়াম্না মখোয়বু তম্না হোৎচিল্লক্লে। মখোয়না পুরকপা নোংমৈ মরু পুম্নমক্তু কাপ্পদা লোইখিগদৌরে, অমা অনীতা ঙায়শিল্লক্লে। মখোয়গী উপায় উরক্তরে। করম্মো হূইথৌশিংগী মকমদা মখোয়গী

থরায় মাঙবা তারে খন্নরে। মেজর মেক্সরেলনা রাখল ভৌরগা ভদ্র য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্রসিং, কান্নদরে ঐখোয়গী থৌনা পাঙ্গল পুম্নমক ফুদোকউরবস্থ ঙম্বগী আশা উদে। তমথিরবা শাশিং অসি হন্‌বা লৈতে। ঐখোয়না হৌজিক তুং হন্না চেন্নবস্থ, মখোয়দি মন্নামনিনা ঐখোয় অনিবু তান্নদুনা অদুম্মক খুদক্কী লোইথোকপ্রনি। ভদ্র সিং ঐখোয়নীগী থরায় কন্নবা শগোল অসিমা থাদোকপ্রসি।"

"য়াম্না ফনি, সাহেব" হায়দুনা মবাম্নী চঙদুনা শগোল অমা থাদোকপ্রে। অঙকপা জীবনি হূইথৌ হায়বা জীবসি। মীফাওবা পুময়োৎ য়োক্তুনা চাবা ঙম্বা জীবনি। হূইথৌশিং অদুনা শগোল অমা শেক্তুনা চারিবৈঙদা শগোল অমা অদুনা কম্না ঙমজবী থাদুনা চেলহৌদুনা উচিল নাচিন্না মখোয় অনিগী থরায় কনজহৌরে।

( ৪ )

কোরৌহনবনা নোংচুপ চীংয়া পাংলকপা মতম অসিমক্তদা ভদ্র তেক্ত কাইদনা মনিপুর সনা লৈবাক্তা থুংলরে। মাগী তালোই মোইথাপ্না পোৎ-চৈ পুম্নমক মৈ-মুং ওকচদুনা ইমুংদা পুশিনজরে। হুরাউ-মুংঙাই ঈরোয়নবা মোইথাপ চাক ঈশিং হোৎনজপ্রে। মৈরো থুবী, অথুবা নংবী মোইথাপ্না হিদাক ঙাম্বক অমা অনীগী মনুংদা চাক ঈশিং হোৎনজবা লোইরদুনা হুরাউনা রারী-রাতায় শাদুনা চামিন থকম্নিন্নক্কে।

নোংঙাল্লগা মানা ভৌপদবা ক্লোনবী পুম্নমক ভৌরগা মাগী মখৌ লাইয়েকপদা হোৎনপ্রে। ভদ্রনা মতম থরা থাদোকউরবা

ফিভম্ কাম্নরবা য়ুম-কৈগী মওং ছুরগা মপুক্লীংদা মুংশিক্স পোকই।
মতম অসিদা লৈকায়গী অহল মীয়াই চন্নবী অমথক অঙাং অমা
মমাঙদা খারদুনা চংলকই। ভদ্রনা কৌরকই, "ইন্দ্রাল, নাকপি-
রিদনা? অহল অদুনা খুমই, "হোয়নে" ইদুংঙো লঙকৈ চংলুবদি
অনা-অয়েক করিস্থ য়াওরক্কেদনা? ভদ্রনা খুম্মী,- "ইন্দ্রাল করিস্থ
থোইদোকপা অনা অয়েক য়াওজরক্কে।"

ইন্দেক ভদ্রনা কলিকতাদা লাইয়েকপা তম্বা চংলুবদা
হৈজবনা হেনমনথিবনা তম্বগী মতম লোইদনা থোক্লক্কে হায়বসি
মাইকৈ মরিমক্তা, পানা খুদিংমক্তা শীনবা থুংনা ঙাংনরক্লে।
অমগী মচিন্দগী অমা অস্থম য়ৌনখিদুনা পাউসি মহারাজ চূড়াচান্দ
গী সনা নাকোং য়োরে। শ্রীযুৎনা মনাই মশনশি দ। ভদ্রগী মরি
মখোঙ হংবীদুনা সনা কোনুংদা কৌখৎখি হায়। অদুদগী শ্রীযুৎকী
সনা য়াথং ক্ষংলদুনা ভদ্র সনা কোনুংদা লাই য়েকপা খোৎপগী
থবক তৌজরে। মসিগী মরম খুদিংমক মেজর মেক্সরেল সাহেবনা
শীনবীবনি। ভদ্রনা সনা কোনুংদা লৈনা—লৈনা মখল মখলগী
লাই য়েকপা হৌরক্লে। লাইশিং অদুগী মচু মমেনস্থ রংনা মকম
চাননা থাই। মতম অদুদদি রংসি ম.ণপুরুদা ইরৈ লৈরমদে,
লৈবদি লৈরে। ভদ্রনা উনা রানাগী মহিদগী লোরগ. শেস্থ। রং
অত্ত্ব উরগা মী পুম্নমক ঙক্লে। পোৎ অমগা, পোৎ অমগা হেক্সা
তিনশিন্নরগা থোকহন্নীংবা মচু অত্ত্ব হেক্ষা থোকহল্লি। অস্থম
তৌনা সনা কোনুংদা কাথোক—কাশিন তৌনা ময়ুমদস্থ মী
কয়াগী মূর্ত্তি য়েকপা হৌরক্লে। মতম অদুদা মণিপুরদা লাইয়েকপগী

মশীং য়াম্নমদে। হৈরে হায়দুনা লৈরবা মী অদুনা য়েকপা লাইগা ভদ্রনা য়েকপা লাইগা কৈদৌঙৈদস্থ লাম্বা* তৌবা য়াদে, মরম অসিনা মতম অদুগী লাইয়েকপদি ভদ্রনি হায়নৈ।

মহারাজ চুড়াচান্দনস্থ ভদ্রবু থম্মোয় শেংনা মুংশিবিখি। মুংশিবিবতা নত্তুনা অচানবা মনাইস্থ ওইখি। ভদ্রগী ইঙাও ঙাওরবা অচম্বা পূকচেল উবদা অমুক্কা হেন্না মুংশিবিখি। ইচম চম্না ঙাওরবা ভদ্রগী থম্মোয়দা মহারাজবু চান্নরবা মরুপ অমগুম্না খন্দোক্নুনা মকুপকী মকমদা ওইনজবা, নাউথি শাজবদু মহা-রাজগী মকমদা তৌখি। মহারাজনা মনাই অচানবা ভদ্রবু মতম অয়াম্বদা লোয়নদুনতা লৈ। শ্রীযুৎকী অরুবা থবক অয়াম্বদা ভদ্র য়াওদবা লৈতে। শ্রীযুৎনা করিগুম্বা মকম অমদা খোঙদোয়গদবা লৈরবদি ভদ্রবু হান্না কৌদুনা সনা খোঙলোয় ওইমিন্নৈ। অসুম তৌনা লৈরকপনা ভদ্রনা সেবক ৺কলাচান্দগা লোয়নরক্লে। কলাচান্দনা মাগী অচানবা সেবক ওইরক্লে।

মতম খরস্থ হৌখ্রে। ভদ্রগী অহানবা মচা ওইনা মমোম অমা ফংজরে। মোইথাঙ্গা রাজোলশঙদা য়াতাখিবদগী মহাক্কী থবকস্থ হায়নীংঙাই লৈতনা চিনশিল্লক্লে। সনা কোম্নুং কাবা ফাওবা ঙমশিল্লক্লে। কাদবা নুমিৎনা য়ামশিল্লক্লবদা শ্রীযুৎনা মনাই থাদুনা ভদ্রবু কৌহল্লি। অসুম্না রানা রানা লেল্লকপনা অঙাং অসিস্থ পুংকক চাউরক্লে। থরোগুম্না ঈংনা নীংথিজৈ হায়দুনা মমোমগী মিং থরো হায়না মিংথোল্লে। পলেম-পম্পৌ অনিনা লৌনম ফংজবা মমোমবু লুনা চান্না তৌজৈ।

শরৎ ঋতু হৌখ্রে। হেমন্ত ঋতু চঙলক্লে। উপাল-রাপাল পুম্নমক ঋতুরাজ বসন্তবু রানা ঙাইজরক্লি। দেবী পূজাগী মতম য়ৌশিল্লক্লে। ভদ্রগী থবক্তি অকোম্বা লৈতে। দেবী শাননবগী-দময়ক সনা কোম্নুংদা কৌখৎখ্রে। থোইদোক্লা অকে-অমৌগী ভাব য়াওদ্রবা ভদ্রনা খ্বাইদগী হেন্না হৈনবা ফিজেৎ হায়রবসি নীংগ্রী শেৎপা অসিনি। নীংগ্রী থোক শেৎচিল্লে, ফুরিৎ মকক অমা লীৎশিল্লে, হীদাক ঙাম্বক চাউনা হাল্লগা মৈখু রা—রা কারদুনা হীদাক থক্লা—থক্লা সনা কোম্নুং কাখৎলক্লি। অউবা মীপুম খুদিংমক্লা ইঙক—ঙক্লা য়েংনৈ। ভদ্র মখোয় অদুগীদমক থোই-দোক্লা থৌশারুদে; মশাদা করিমতা ইকায়বীদে। অদুম্মক হীদাক থক্লা—থক্লা লাকপনা সনা কোম্নুং য়ৌরে। সনখোঙদা ঙাক্লম্লিবা সিফাই; মন্ত্রিনচিংবা পুম্নমক্লা ভদ্রবু মশক খঙবা ঙাক্লা ওইবনা তরাম—তরাম কৌই। মখোয়না ভদ্রবু উবদা নোক্লিংবনসু খাঙবা ঙমনদ্রে।

মখোয়গী মরক্তগী কনাগুম্বা মচিন য়াওবা অমনা হায়রকই; "ওঝা ইবুংঙো।" ওঝাগী ফীভম মুর্ত্তিসি ওস্থোক্লা ফজখ্রেদা, ভদ্রনা থৌশাদনা খুমই, "হোয়নে ইবোশা, পঙতৌ তৌরিবা হায়বদুনি।" সনা কোম্নুং মনুংদা চঙখ্রে। হৌনবী ব্যাবহার তৌদুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনসু তরাম—তরাম মনাইবু ওকপীরে। মাগী সেবক কলাচান্দসু সনা কোম্নুংদা খুংলরে। দেবীগী মূর্ত্তি শাবা হৌরে। শারমদাইদা ভদ্রনা লৈবাক মতুম মঙাখক লোরে। দেবীগী চপচানা কমুং, কাংথোল, কোল-লীক পুম্নমক শুনা লাঙউী।

লাঙলিবা খুদিংমক হয়েং দুর্গা পুজা লোইরগা ভদ্রগী য়ুমদা পুরক্লুনা মানা লোইনা লৌই। অসুম্বা দেবীগী মূর্ত্তি অসি কম্না শাগৎলক্লি। কোম্নুংগী লম্পাক হাইদৎখিবগী নাপী-শীংনাং অকঙবা পূরুমক অদু লোৌরগা লৈপাক্লা তোৎশিন্নরে। মাগী সেবক কলাচান্দবুসু, তাউ হায়দুনা তাকল্লে। দেবীগী কীভম মূর্ত্তি পুন্নমক মানা মওং তানা শেল্লে। অসুম তৌনা সনা কোম্নুংদা হক্কৎ—হন্দা কাদুনা দেবীগী মূর্ত্তি অদু শাবা লোইশিল্লক্লে।

( ৫ )

হন্দক মরক অসি শ্রীয়ুৎকী সনা পুক্লিং ইরাঙ লাঙই, সনা পুক্লিংদা মওল—মওল খল্লি। মোমোন নোকপা মায়থোঙতনা লৈতেংলবা মহারাজ চুড়াচান্দনি। শ্রীয়ুৎনা হীয়াং-হিরেন তাম্নদুনা লৈবাকী কুম্মৈ তোগে হায়দুনা সনা পুক্লিংদা চপয়ুংনা খল্লে। তোগে হায়রবতা ঙম্নবা শ্রীয়ুৎনা হন্দক হীয়াং-হিরেন তান্নবগীদমক লৈবাক মচা পুন্নমক খঙহল্লে। "করম্লো! কনানা হিয়াং-হিরেনগী মকোক পাংলহনগনি? কনানা শেম শাহল্লগা থিং নিংথিজগনি সনা পুক্লিংদা খল্লি। মমৈথংদা সনা বুদ্ধি তোরগা খল্লি, "এগী কারীগর ভদ্র লৈনা; মাবু শেম-শাহল্লবদি মফজগনিসে।" অসুম্না শ্রীয়ুৎনা মনায় মশাল থাদুনা ভদ্রবু কৌখৎহল্লুরে। সনা য়াথং কংলদুনা ভদ্রসু সনা কোম্নুংদা থুংলরে। শ্রীয়ুৎনা হৌনবী ব্যবহার

তৌদুনা খুরুমজৈ। শ্রীযুৎনা মনাই অচাম্বা ভদ্রদু য়েংলগা হংলকই, "ভদ্র, নঙ হীয়াং হিরেনগী মকোক অসি উনা পানবা ঙমগদ্রা?" ভদ্রনা মপুক্রিংদা মোমোন নোক্লগা, মপানদি থোক্কনা, য়াম্না চীংলেম্না পাউখুমজরকই, "আজ্ঞাবু শ্রীযুৎকী কৃপা লৈরবদি ননাই ঙমজগনি, পানজগে।" শ্রীযুৎনা মথা ভানা ভাকপীরকই, "করে অদুদি ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিবা ওইসনু; নহাক শোয়দনা ঐগী হীয়াং-হিরেনগী মকোক অসি শাবো। নঙগী ঐনা মতীক চাবা অরামল পীগনি।"

শ্রীযুৎনসু মওং অসুম্না শাউ হায়দুনা সনা য়াথং ভাকপীদে। করম্নো! করম্বা মওংদা শাগনি হায়বসিগী ম্নাখন্দা ভদ্র, ঙহাক মরু লুকথরগা থনবা হৌদ্রে। মমৈথঙদা ভদ্রগী বুদ্ধি লাক্লে। মপুক্কি দদি মানা শাগদবা চীংলাইগী মকোক অদুতা চপ য়ুংনা থনদ্রে। অদুদগী শ্রীযুৎনা অচৌবা, চাউরবা উজাও অমা পীরে। ভদ্রসু সনা য়াথং মতুং ইন্না চীংলাইগী মকোক শাবা হৌরে। অসুম্না ভদ্রনা চাউরবা উজাও অদু য়ান-য়ান্দুনা নিত্তিগী শাবা হৌরকপা মমি তম্লকপা অঙকপনি। য়েংবতদা অকিবা পোকই অঙকপা মওংনি। নোংমা নোংমগী য়াশিল্লকুনা চাউরবা উজাও অদু অকিবা কংলবা চীংলাইগী মওং অমা তারক্লে। মথং মথং শেম শাদুনা মচী মম্না পানশিল্লক্লে। নোংমা নোংমগী কিভম হোংজিল্লক্লে। মুপী অঙাং পিকথম্না মানা শাক্লিবা চীংলাই অদু কোয়শিন্দুনা য়েংই, বামোন লৈকাই থাঙপাৎ মপান্দগী অহল-লমন, অঙাং-মুপী থরদি নিত্তিগী ওইনা মাগী চীংলাই

শাবত্ন য়েংবা লাকই। অম্বুম্বা মথং মথং মচি ময়া পান্নকপদগী মচি লোঙহন্দুনা ইতোপ তোপ্পা, হান্নদগী খংওন হেক ওন্নকপা মূর্ত্তি অমা পুথোক্লে। থান্নেশেংনা অকিবা শককম অমা থোক্লে।

মীদি তত্তুনা অতুম্মক পুংকোয় কোয়শিন্দুনা য়েংলি। মখোয় খুন্নিংমক্কী থম্মোয়দম্স মূর্ত্তি অদুবু উবদা অকিবগী মমি তারক্লে। অকিবগী শক্তম লৌরক্লবা মূর্ত্তি অদু পুম্নোই লোইরবা মতুংদা অমুক হিরুবাকলোমদা মীমকপু উবদা হেক্তা লাক্লগদবগী মওং মান্নবী, তমথিবীগী শক্তম লৌরবী, হিংচাবীগী ফিভম মূর্ত্তি ওইনা মশম মনা ইকা ফনা পান্দুনা অমা অমুক পান্‌শিল্লে। পুম্নমক শেম শাবা লোইরদুনা রং মচু মমেল পুম্নমক মফম চানা চানা থাজিল্লে। অকিবগী মূর্ত্তি, শক্তম অমা ওইনা চোংথোক্লুনা লৈরম্লে। পুম্নমক লোইরবা তুংদ শ্রীযুংনা সনা মিংয়েং তাবিরে। ফজরে খল্লদুনা সনা পূক্লিং পেঙ্গরে। থীন্দনা হীয়াং হিরেন তান্ননবগীদমক মনাই-মশন, অঙম-অথোগা তান্নদুনা শেম শাদুনা খোন্নাং পুম্নমক লোইরে।

সনা য়াথং লাওথোক্লে। লাক্লিবা অহানবা থাগী তাং ২ অসিদা শ্রীযুৎ মহারাজগা তোমচৌ সেলুংবগা থাঙ্গপাৎতা হীয়াং হিরেন তান্নগনি হায়দুনা লৈবাক য়া-য়া লাউনরে। অসাম রাইফলসকী কেপ্টেন; কমাণ্ডেন্ট, জমাদার, সুবেদার, সিফাইনচিংবা পুম্নমক বার্ত্তোন তোরে। মীরৈবাক্কগী অচৌ অশাং কয়াম্ন সুংঙাইরবা হীয়াং-হিরেন তান্নবগী কুম্মৈ অদু য়েংলৈ। হীয়াং-হিরেন তান্নবগী খোন্নাং পুম্নমক লোইরবা মতুংদা চুড়াচাঁন্দনা হীয়াং অমদা তোংলে;

সেন্দুবনা হীয়াং অমদা তোংলে। অঙম-অথৌ, অচৌ অশাং পুন্নমক শুনা তিরে। প্রজা ভাবোক, মুপী অঙাং, পুন্নমকসু তিন্নরে। পুমলাঙ হেক লাঙলদুনা কুম্মৈ অদু হোৌগদৌরে।

ঙহাক্কী মথুংদা নোংমৈনচিংবা কাপ্তুনা হীয়াং-হিরেন থারে। অয়েংবা ভাবোক পুন্নমক্কী থম্মোয়দা কনানা হেন্নগন্না নীংনদুনা মহৈ-মহৈ থম্মোয় নীক-নীক লাওনদুনা, মপ্পা কাদুনা য়েংনৈ। মায়কৈ মরিমক্কগী হেন্নে হায়দুনা পঙলাউ লাউনরে। অসুম তৌনা মহারাজ চূড়াচান্দ, তেংমচৌ শেলুংবা, মথোয় অমীনা হীয়াং-হিরেন অদু ঙহাক পুন্নোই কন্না তান্নরক্লে। অরাবা অমনা তোমচৌ সেলুংবদগী মহারাজ চূড়াচান্দগী হিয়াংনা হেনগত্তুনা হীয়াং হিরেনগী হিথুংকম য়েৌরে। মুংচাইবা অমনা মহারাজ চূড়াচান্দগী হীয়াংনা তোমচৌ সেলুংবগীদগী হেনগত্তুনা পম্থুংকম য়েৌরে। অসুম তৌনা মহারাজ চূড়াচান্দনা হীয়াং-হিরেন থোইরে হায়দুনা লৈবাক কুম্মৈ ওইদুনা পুমলাঙ হেক লাঙই। অকীবা, অঙকপনা থল্লবা হীয়াং অদু অহানবা হেক উবদা ভাবোক কনা-'মত্তসু মনাক্তা চঙবা ঙম্মদে, চাননা কিনৈ।

অসুম্না হীয়াং-হিরেন তান্নবা লোইরবদা অসাম রাইফলসকী কমাণ্ডেণ্ট, মীরৈবাক্তগী লাকপা অচৌ অশাংশিংনা শ্রীযুৎকী মকমদা হীয়াং-হিরেনগী মকোক, চীংলাই কনানা শাবনো হান্নুনা হল্লংলকই। অচৌ অশাং পুন্নমকী থম্মোয়না থঙনীংবগী রাথলগা ঈরোয়ননা হংলকপা রাহং অত্তুদা শ্রীযুৎ মহারাজসু থোইদোক্না চাউথোকচনীংবগী মওংদা থুম্নকই—, "অসিগুম্বা ঙক্লবা অকীবা

পোক্লখা হীয়াং-হিরেনগী মকোক চীংলাই হিরুবাকী হিংচাবীগী শক্তম অসি অতৈ কনানস্থ. শাবা নত্তে, ঐগী-ইনাই অচানবা কারীগরনি লাইয়েকপনি। "মমিংনা ভদ্র কৌই।" অচৌ-অশাং পুম্নমক্না ভদ্রবু মশক খঙজগে, য়েংজগে হায়রুনা য়েংশি খঙবিখি। অচৌ-অশাং পুম্নমক্না মানা-মানা ওম্বা দান খরা-খরা ভদ্রদা পিবি। শ্রীযুৎনস্থ ভদ্রগী মতিকচাবা শেল; মনা পিবিখি। ভদ্রনা শেনফমশিং অদু লৌশিজরুনা পুজয়কই। মানা চৎনা চৎনা মবুক্লিংদা মওল মওল খল্লি; "শেনফম অসিনা ঐনা কবি তৌগনি?" মতোমতগী মবুক্লিংদা মতোমতা য়ারেপ তাজরুনা শেনফমদু পুরুনা লাক্লে। অমুম তৌনা ভদ্রনা শেনফম অদু পুরুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। অচৌ-অশাং, প্রজা, ভাবোক পুম্নমকস্থ কুপ্মে লোইরহুনা ময়ুম মাইকৈ পাংনক্লে।

## (৬)

চহি খরা হৌক্লে। হৌজিক ভদ্রগী মচা তরেৎ শুরে। মযোম খরোগী মথঙদা চাউবী পোকই। অদুদগী মপারী নিংথেম কংজরবা মতুংদা থংন-থংননা মযোম পিক্ল, কাম্মুবী, ইবেম-পিশক পোকই। অদুগী মতুংদা ইতোন তোনবা ওইনা মপারী মশি কংজখি।

সনা কোম্সুংদি অরেপ্পা লৈতনা ইতৎ হেক ভত্তনা কায়। করিগুম্বা মতমদস্থ অচিনবা থবক লৈরবদি মুমিৎ মরি-মঙানি হেক্তা কাদে, অস্থুম্মা ভদ্রনা মুমিৎ মরি-মঙানি কাশিল্লক্লবদি শ্রীযুৎনা মনাই মশল থাদুনা হেক্তা কৌহল্লি।

ঙসি মরি-মঙানি শুরে। ভদ্রনা সনা কোম্সুং কারক্লবসিদস্থ জুরার কম্মা শাম্নথৎলক্লি, নোংমত্তা লেপ্তুনা। অস্থুম তৌনা শাম্নরকপনা মাঙলমদবস্থ মাঙশিল্লক্লে। মাগী তালোই মোইথাপনস্থ অস্থুম মপুরোইববু শাম্নগস্থু হায়না থাম্নম্বদগী য়ারক্লবদুদদি গতি লৈত্রদুনা শাম্নয়ো হায়দুনা মানা শেঙ্গাও থূদাংদা য়ান্দুনা মতুং ইল্লগা শাম্নহল্লে।

শ্রীযুৎনা ভদ্রবু উদবদা ইমুং হেক মুংঙাইতরে। শ্রীযুৎনা মপুক্লিংদা খল্লী, "করি তৌগ্রবা জাৎনো? মানা কারক্লিবসি ঙসি মরি—মঙানিরোম শুজিল্লক্লে।" অস্থুম্মা সনা বুদ্ধি তৌরগা মনাই থাদুনা ভদ্রবু কৌহনব্রে।

ভদ্রস্থ জুরারগী শেলনা মাঙশিল্লকপনা গতি, উপাই লৈব্রক্তে। থাদোকপা য়াবা শেল মথৈস্থ থাদোক্লে। পোৎ-চৈ পুরগা কনাগী ময়ুমদা শাম্নবা চৎসিগে খল্লি। তাক্তা অসিমক্তদা ভদ্রনা হম্না য়েংখোকখিবদা খোঙ্গাল্লোমদা শ্রীযুৎকা মনাই চঙলকপদু উরকই, ইথৌ খৌশাদনা মতোমত্তা শোম্নাংননা হায়রকই, "লাক্লেনে নিংথৌগী মনাই অসে। করিবু ওইব্রিগবা, সৈত্য! তনগ্রেদা।" অস্থুম লেপ্তুনা চঙশিল্লকপনা নিংথৌগী মনাই অদু ভদ্রগী নাক্তা থুংলরে। ভদ্রনা হাইকেত্তুং য়েংলগা ইথৌ খৌশাদনা

কৌরকই, "হা ! কৈদৌবা লাক্লিবনো ? করম্বা সনা য়াথং লৈ-বগে ? নিংথৌ মনাই অদুস্থ য়াম্না নোল্লুরা হায়রকই, "ওঝাবু, মনাই ঐ শ্রীযুৎকী সনা য়াথং পুদুনা লাকচবনি। শ্রীযুৎনা ওঝাবু উদবা ঙসি মরি মঙানিরোম শুজিল্লক্লে। অনা-অয়েক্লা য়াওররা ? করিগুম্বা অনা-অয়েক য়াওরবদি শ্রীযুৎনা সনা কোম্মুং কারক্কবা য়াদে হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরকই।" শ্রী-যুৎকী সনা য়াথংনি হায়বদুদা ভদ্রনা শোল্লাংননা হায়রকই, "হোয়নে, ঐদি ঙসি মরি মঙানি অসি থবক্লা থবক চিনবনে, ইশানগা ঙমদবনে সনা কোম্মুং কাবস্থ ইঙম ঙমজদৌদ্রে ; সনা চরন্দা ঙাকপীয়ু হায়না হঙ্গৎপীয়ু। ঙসিদি ঐস্থ চাক চথোম অমতং চারগা সনা থোগল য়োক্তরক্তে হায়নস্থ তম্বীরম্মু।"

ভদ্র মাগী তালোই য়োইথাপ্পা থোং-থাক্কুনা লাংজবা চরাদু চাজরে। হিদাক ঙান্থক অমা থক্কবা মতুংদা সনা কোম্মুং কারনবা শেম শাজরে। থোইদোক্লা অকে-অমৌ য়াওদে। মাগী মস্তকপা কৈক্তোমদু কৌতক্লা শেৎচিল্লে। সনা কোম্মুং কাবদা ভোইনা লিৎপা ফুরিৎ মকক অদু লিংশিল্লগা সনা কোম্মুংলোমদা যাক্লা ভোরক্লে। লেপ্তুনা চৎশিল্লকপনা সনা কোম্মুং য়োরে। শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা মনাইবু উবদা ইহান হাম্না কৌবিরকই, "ভদ্র, নঙ য়োরক্লেদনা ! য়াম্না ফুরে, ঐস্থ নঙবু ঙাইদুনা লৈরমলিবনি. ইবো ঐনা নঙবু কৌবগী মরমদি অসিনি; হয়েংগী নুমিৎ অসি থাবানস্থ কৈ, নুমিৎস্থ কৈ। অদুনা নঙ হয়েংদগী হৌনা লোইরাংদা চৎলো, অদুগা ইবুধৌ থাংজিঙ হয়াওবগী লাইস্নুং য়েক্কুনা ইবুধৌ থাংজিংগী থোগাল লৌজুরো।"

"আজ্ঞা, শ্রীযুৎকী সনা য়াথং কোজ্ঞা থোং মনাই শোই-দনা মোইরাং চৎচগে" খুম্নকই ভদ্রনা। মনাই-মশন ঙহাক পুঙ্গোই রারী রাতায় শান্নরবা মতুংদা ভদ্রনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎ-চরকই, "আজ্ঞা, করিগুম্বা হয়েং অসিনা চৎপা তারবদি চৎন-নবা থ্যোরাং লাওজরুখিগে, সেবক সাখা থরম্ব জোয়নজনিংই।" শ্রীযুৎনা মথা তানা তাকপীরকই, "ফরে, ফরে, অদুক নয়ান-য়াইদা য়োঙ্গরুচো ; অদুগা শেম—শাজরুরো।"

ঙহাক পুঙ্গোই মতুংদা নয়ান-য়াইদা য়োরে। কিরোম্নচিংবা হোংদোকচরগা ভদ্রনা মাগী তালোই মোইথাপ য়েংলগা হায়রকই, "অতো, ঐম্ন হয়েংদগী হোনা মোইরাংদা ইবুধৌ থাংজিং হরাওবগী য়েকপা-খোৎপগী থৌগল তৌরুচো হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরে মোইথাপ্না ঙক্না হংজরকই, "কয়া কুইনা চৎকদৌরিবনো ? কনাগা খোঙলোয় ওইবিগদৌরিবা ?"

মোইথাপকী রাঁহং অদুদা হাইফেত্তং নোক্নগা খুম্নকই, "হেরা, কয়া কুইনবু চৎলগবনো ? থা ২/৩ মঙাইদনা, সেবক কলাগী লোয়নবা হায়বদুনি।" থাঙ্গেশংনা মানা মোইরাংদা চৎকদৌ-রিবসি থা অমা ফানা লৈগদবা থবক নত্রে।' অদুক মোইথাপ্তা করেন্নবা ওইনা হায়বনি। অমুম্না ঙহাক রারী শান্নরম্নগা কলাগী য়ুমদা পাউ হায়বা চৎত্রে।

নোংঙাম্লে। নোংথি নোংমংদবনা অতিয়া অসি তশেং তশেংলি। ভদ্র হিদাক ঙাম্বক অমা থরুদুনা সেবক কলাবু

ঙাইরি। ঙহাক্কী মমুংদা কলাচান্দ লাক্লদুনা পুবা মাবা লাই-য়েক্লবা মপোক্‌—মচৈ খরা কলাচান্দদা পুহল্লগা সনা কোম্মুংলোমদা যাত্রা তৌরক্লে।

সনা কোম্মুংদা থুংলয়ে, শ্রীযুৎপু থুরুমজয়ে। সনা মাথং মতুং ইন্না মোইরাং যাত্রা তৌরক্লে।

মহৌশাগী থুংশেমতনা থল্লবা মোইরাং লমদম য়েংবদা মিং-কম হোংবা য়াদনা নিংথিজৈ। ভগ্র মাগী সেবক কলাগা লোয়ননা মোইরাং লমদম য়ৌদুনা ইবুধৌ থাংজিঙগী লাইমাঙদা থুংলুরে। ইবুধৌ থাংজিঙ হরাওবগী থৌগল তৌবা কাঙবুশিংগা উনদুনা বারী বাতায় ঙহাক শানরবা মতুংদা চাক ঈশিং হোৎনদুনা চারে। মহৈ মহৈ বারী-বাতায় শামিন্নদুনা লমশাং লাকপগী অরাবদু ঙহাক কাউথোকচৈ। নুমিত্তুমা ইবুধৌ থাংজিঙগী লাইমাঙদা পোথারে।

নোং ঙাল্লে। ইবুধৌ থাংজিঙগী থৌগল লাংগল তৌবা কাঙবুশিংগা বা—তানদুনা য়েকপা খোৎপা তৌদুনা থৌগল তৌরে। অমুত্তা নুমিৎ তরানিরোম য়েকপা খোৎপা তৌদুনা থৌগল তৌরম্লগা মরান-য়াইদা অমুক হল্লক্লে।

ঝুলোনগীদমক ইরাং লাঙনরে। কুমশি কুম অসিদি শ্রীযুৎকী শাগৈগী ময়াম্বুং মোইরাংখোমদা লৈবা হৈনৌ মখোং তাবা স্নাখ্বা য়াইমা হায়রগা খ্বাইনা খঙনবা মাগী, হাওবম সুবেদারগী, তোমচৌ সেলুংবগী, বামোন পরিক্ষাগী, খুল্লক লৈরক্কী লাইশিং পুন্নমকস্তু ইনৌ নৌনা শেম শাগৎনগদৌরে।

ভদ্রনা খল্লি, "কুমশি কুম অসিদি শেম শাগদবা লাইশিং অসি মকম মরি মঙা শুরি, সেবক্ সাথাস্নু লৈতে, কলাচান্দ মতোমতনি। মকমশিং অসি অমা ফাওবা থাদোকপদি য়াদে। করম্নো ? "কনাগীদা হান্না তৌসিগে ?" অস্নম্না ঙহাক পুক্তোই খল্লবা মতুংদা কালাচান্দ মপু মনাই তানজুনা হাওবম সুবেদার-গীদা ইহান হান্না তৌরসি লেপ্লরে। মপু মনাই অনি চঙজুনা চফু অকাইবা, অহোবা থিরগা থুগায়রগা চেগাই মচেৎ খরা শেম্লে। পোৎ অমগা অমগা য়ানশিন্নজুনা রং শেম্লে। তক্লগা শেম্বা য়াবনা শেম্লে। পুমমক লোইরবা মতুংদা মপু মনাই অনিনা শেম্লিবা চেগাই মচেৎশিং অতুদা লোইনা হাপচিল্লজুনা তয়ারিদা থমগ্রে।

নোং ঙাল্লে। ভদ্রনা মাগী সেবক কলাবু মাঙ্গোল উখোং-তেন্দা ঙাজুনা ঙাইরি। ঙাইন্না ঙাইনা মবুক্লিংদা মওল মওল খল্লি। "ঙরাংদি মক্লিঙৈদা য়োৌরক্কনি হায়বনিনে, করি তৌগ্রবা

জাৎনো ?" খঙ্গানরিঙৈ তাঙ্গা অসিমক্তুদা কোম্হোঙলোমদগী কলা মাগী ওঝানা ঙাইরম্লগনি হাইদুনা পরপ-পরপ চঙশিল্লকই। খুনা য়াংনা চঙশিল্লক্তুনা মাগী ওঝাবু খুরুমজরগা কৌজরকই, "ওঝা, ওঝানা হায়্না ঙাইদুনা লৈবিরম্লে।" ভদ্রনা মথা তানা হায়রকই, "অতো, নঙ য়ৌরক্লেদনা। ঐদি ঙসাইনা নঙবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবনি। ঙরাংদি ঙস্তা, মম্লিঙৈদা য়ৌরকনি হায়-রম্লগা লাক্তিবসিবু করি তৌপ্রবা জাৎনো খলবু খল্লুরবনি।" কলানা খুমম্রিঙৈদা ভদ্রনা মথা তানা হায়রকই, কাম্নদে, ইবো মতমসিদি খেঙপ্রে। হিদাক লাংথক পুম্নমক শংবাই মনুং অসিদা লোইনা য়াওরবনি ; পুথোক্লো, চৎননবা তৌরসি।" কলানা শংবাই অদু মকোক্তা খোঙ্গৎলদুনা মপু মনাই হাওবম সুবেদারগী ময়ান-য়াই তাম্না খোঙশাল্লক্লে।

লেপ্তুনা থাংজিল্লকপা খোঙথাংনা কোরৌহম্বনা মাগী লৈজবা মশেক মঙানগা লোয়ননা ওরং তরং হুমদোক্লকপা তাঙ্গা অসি-মক্তুদা মপু মনাই অনীমক হাওবম সুবেদারগী ময়ান-য়াইদা থুংঙুরে। মপু মনাই অনিমক হাওবম সুবেদারনা তরাম তরাম ওকপীরে। ঙহাক য়ারী রাতায় শানরবা মতুংদা শেমজিন শা-জিনগদবা লাইশিং অদু পুথোক্তুনা শেম্বা শাবা হৌরে। অসুম্বা মপু মনাই অনিনা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা মুমিৎ নিনি চঙনা শেম শারে। ভদ্রনা কলা য়েংলগা হায়রকই, "অতো, নঙ ঙসিদি অম্বা য়েংহৌরো, হয়েংদি ঐসু অচিম্বা থবক অমা লৈ। লোই-পাদবসু খক্তিক্তা মঙাইরে। হয়েং অসি নঙ থব লোইথোক্লম্মু, ঐনা লাক্লগা অক-ফক্তা য়েংলগে।"

নোং ঙাক্লে। কলাচান্দ মতোমতা লোইশিন্দবা লাইশিং অদু পুথোকচল্লনা মাগী ওঝানা তাক্লম্বা মতুংইন্না, কন্না শেম শাবা হোৎনরক্লে। কোরৌহংনা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লবা মতম অসিমক্তদা হাওবম সুবেদার মরানয়াইদা থুংঙরে ; কলাচান্দনা মতোমতা হোৎনরম্বহ্ উবদা হংলকই. "ইবো, নঙগী ওঝা ঙসিদি লাক্লবরা, করি তৌরে ?

ঙসিদি ওঝাগী অচিনবা থবক অমা লৈরে, মীগী পীদবা য়াদবা লাই থরম্ লৈরে হায়দুনা লৈহৌরে হায়দুনা কলানা খুম্মী। সুবেদারনা হায়রকই, ফরে. ফরে।"

কলাচান্দসু মাগী ওঝানা তাক্লম্বা মতুংইন্না লোইশিনবা য়াবা মথৈ লোইশিল্লগা মুমিৎ তাবুম তাবুম তৌরকপা মতম অসিমক্তদা মরান য়াইদা খোংশাল্লক্লে।

ইনুং তনঙাল ঙাল্লগা ভদ্রনা মাগী সেবক কলাচান্দগা লোইননা হাওবম সুবেদারগী মরানয়াই তান্না খোঙশাল্লক্লে। মপূমনাই অনিনা রারী শানা. শানা লাকপনা হাওবম সুবেদারগী মরানয়াই য়ৌথিবা থঙহৌদে। ঙরাং কলানা লোইশিল্লম্বা অদু য়েংই। ভদ্রনা মাগী সেবক কলাচান্দ য়েংলগা হায়রকই, "ইবো. নঙগীসি রাশি রাৎলেনে।" "ওঝাবু" নোল্লক্লা খুম্মী, কলাসু। অদুদগী ভদ্রনা তুরি তনপায় পায়থৎলগা রাশি রাৎলে হায়বা মকম অদুদা কিৎ কিৎ নমই। মানা অসুম্না নম নম্লগা নম্লীবা মপাক্তু রাশি কন-কন চোংথোক্লকই। ভদ্রনা লাই য়েক্লি শেমজিল্ল শাজিল্লি হায়দুনা অঙাং অহল অনি অহুমদি লেপ্তনা ময়েংই।

অসুম্না মপু মনাই অনিনা হাওবম সুবেদারগী লাইশিং শেমজিন শাজিণ্না লোইরদুবা মখোয়গী মতিক চাবা ফুরাময় লৌরে।

নোংমা হৌখ্রে। নীনী চনবা মুমিৎ অসিমক্তা মৈইরাং-খোমদগী শ্রীযুৎ মহারাজ চূড়াচান্দগী শাগৈগী ময়াম্নুং থোকপা হৈনৌমখোং 'তাবা স্নাথ্বা য়াইমা হায়রগা থ্বাইনা খঙনবগী সনা য়্রাথং ফংলদুনা ভদ্র মপু মনাই অনিমক ময়াম্নুং য়াইমগী মরান য়াইদা খোঙশালক্লে। ঙহাক পূঙ্গোইগী মথুংদা মপু মনাই অনিমক ময়াম্নুং য়াইমগী সঙ্গাইদা থুংলদুনা সনা চরন খুরুমজরে ? ময়াম্নুং ভদ্রনা য়াইমদা হংগৎচরকই, আজ্ঞা, কম্নস্বা সনা য়াথং তকপীগবা ?" ময়াম্নুং য়াইমনা তনথুম খুম্বীরকই, ইবো, ঐনা নংবু কৌবগী মরমদি অসিনি। হন্দক্কী ঝুলোন অসিগীদমক ঐগী লাইশিং অসি নংনা থর শেমজিন শাজিল্লো, অনৌবা য়েকপা মতুংনা য়েকউ হায়দুনা কৌবনি।"

ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞ, ননাই ঐ হয়েংদগী হৌনা থৌগল্ তৌজরগে, ঙসিদি ইরান য়াইদা হনজখ্রগে।"

ময়াম্নুং য়াইমগী য়াথং ফংলদুনা ভদ্র ময়াম্নুং য়াইমা খুরুমজরম্রগা মরান য়াই তম্লক্লে।

মপু মনাই অনিগী লেপ্তুনা থাংজিল্লকপা খোংথাংনা মরান য়াই য়ৌক্লে। ভদ্রনা কলাচান্দ য়েংলগা হায়রকই, "ইবো, নঙ ঙসিদি মরান য়াই থর খেংনা হল্লো হিদাক লাংথক শেম্বা য়াবা থরস্তু শেম্মু অদুগা চেগাই মচেৎশিং অসিদা হাপচিল্লু। হয়েংদি মশিগা নঙগা পুগদবনি।" কলাচান্দনা হিদাক বুং পুম্নমক

অমগা অমগা য়ানশিন্নদুনা শেয়্রে। পুন্নমক তয়ারিদা থয়গা মাগী ওঝাবু খুরুমজরগা মরান য়াইদা খোংশানখ্রে।

নোংঙাল্লগা তয়ারিদা থনমবা হিদাক লাংথক রংনচিংবা য়াওবা চেগাই মচেৎশিং অদু খুম্ময়াক অনিদা অনিথোক্লা হাল্লে। খুম্মোক অনী অদু ভদ্রগী মচা নিপা অতোনবা মনিনা অমা পুরে; কলাচান্দনা অমা পুরে। মখোয় অহুম ময়াম্বুং য়াইমগী মরানদাই তাল্লা খোঙশাল্লক্লে। ময়াম্বুং য়াইমগী শঙ্গাইদা থুংঙরে। ময়াম্বুং য়াইমসু খুরুমজরে। মপু মনাই অনিমক সনা য়াথং মতুং ইন্না য়েকপা খোৎপা হৌরে। মুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়ৌবা মতমদা ময়াম্বুং য়াইমা লেংথোকপীরক্লুনা মপু মনাইনা য়েকলিবা অদু সনা মিৎয়েং তাবিররে। ময়াম্বুংনা ভদ্র য়েংলগা হায়বীরকই ভদ্র, ঙসিদি নখোয় চাক ঈশিং চাবা হন্নসু মুমিৎসু লৈশিল্লক্লরে অসিদা অসুম চারসিদনা? মুমিদাংবাইরমদা হল্লো।" ভদ্রনা খুম্মী: ননাই ঐখোয়দি ইয়াদা য়াজরে। ময়াম্বুং য়াইমনা মথা তানা হায়বীরকই, "অদুদি ইবো কয়ে, চাক ঈশিং অদুক চানবা থৌরাং তৌরো। চাক চথোম অমতং অদুক চাথোক্লগা অমুক হোৎনর-সিদনা? ভদ্রনা নোল্লুক্লা খুম্মী, "আজ্ঞা" মপু মনাই অহুমমক চাক ঈশিং চাবা লোইরদুনা মথৌদা মমায় ওনশিনখ্রে। কোরৌ-হন্বসু নোংচুপ চীংয়াদা লোৎখ্রে, গোবিন্দগী থান আরতিগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ খুদিংদা তপ্না তপ্না শন্দোক্লি। অসিগুম্বা মুমিদাংবাইরম মতম অসিদা ভদ্রনা সেবক কলাচান্দগা মচা মুপা মণিগা লোয়ননা ময়াম্বুং য়াইমগী শঙ্গাইদগী ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

নোং ঙাল্লে। কলাচান্দস্থ মাগী ওঝাগী মরানয়াইদা থুংঙরে। ভদ্রনা কলাচান্দ য়েংলগা হায়রকই, "ইবো, ঙসিদি নঙ ময়াম্বুং য়াইমগীদা, চৎপা য়াওরস্থু, পঞ্জাবী স্নাগীদা চত্তুনা হোৎনরুরো। ঙরাং ঐখোয়গী তুংদা লাকুনা য়াম্না লুনা হায়রম্মী হায়। হিদাক লাংথক পুবা য়াবা পুরো। ঐনা মণি পুরগা ময়াম্বুং য়াইমগীদা লোইথোকউরগে।"

কলাচান্দনা খুমই, "ওঝা, ওঝানা ফগনি হায়বদু তৌজরমগে।" ঙহাক রারী রাতায় শানরবা মতুংদা কলাচান্দস্থ হিদাক লাংথক পুবা য়াবা খর পুরগা পঞ্জাবী স্নাগীদা চৎখ্রে। ভদ্রস্থ মচা মুপা মণিবু হিদাক লাংথক পুহল্লগা ময়াম্বুং য়াইমগী মরানয়াই তাম্না খোঙশাল্লক্লে।

সোমদা ময়াম্বুং য়াইমনা খোয়ানা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ভদ্রনা ময়াম্বুং য়াইমা খুরুমজরে। ঙহাক রারী রাতায় শানরবা মতুংদা ভদ্রস্থ মাগা মথৌ হোৎখ্রে। ঙহাক পুল্লোই লৈরগা ময়াম্বুং য়াইমনা সনা মিৎয়েং তাবিরগা ভদ্র য়েংলগা হায়বীরকই, "ভদ্র, ঙসিদি নপা নচা য়ুমদা চাক চাবা হল্লগনু ঙা থোংলগা পীজরগে।" ভদ্রনা খুমই, "আজ্ঞা ঙা থোংবা পীজবিগদবগী শরুকপুদি থাংজিং ইরোনবা অহাউবা ওইনা পীজবিয়ু।" ময়াম্বুং য়াইমনা মথা তান্না হায়বীরকই, "ইবো, নঙ থাংজিং ইরোনবা অতুবু কয়াম স্নাস্রদি চাবা ঙমগনি?" ভদ্রনা খুমজরকই, "আজ্ঞা, ননাইনা চাবা ঙমজদবসি থাংজিং ইরোনবা অহাউবদু চাইশেল অমগদি চাজবা ঙমগনি।" অদুদগী ময়াম্বুং য়াইমনা মনাই মশল থাদুনা

মোইরাংখোম কৈথেলদগী থাংজিং লৈহল্লুরে। অতুগা পুজারীদা সনা য়াথং তাকপীদুনা মপা মচাগী থাংজিং ইরোনবা অমা য়াম্না হেক্তা হাওননবা তৌহল্লে। ঙা অথোঙবা অমত্তু তৌহল্লে। পুজারীনা চাক ঈশিং হোৎনবা লোইরদুনা সনা য়াথং মতুং ইন্না ইরোনবা অদু চাইশেল অমা থম্না হাপ্লে। ঙা থোঙবা অদুত্তু মপা মচাগী নিংথিনা হাপ্লে। মপা মচা অনিমক ঈরু-মাইথজদুনা চন্দোন-চরা থিজিল্লরবা মতুংদা পুজারীনা অরাৎ-অপা হাপ্তুনা চাক চারে। মপা মচানা চাবা অদু ময়াম্মুংনত্তু সনা মিৎয়েং তাবি, হংবিরকই, "ভদ্র, করি করি হাপহনখোগে?" "আজ্ঞা, পুন্নমক ওকচরে।" ভদ্রনা খুম্মী।

হায়বগা তৌবগা মাম্নরবা ভদ্রনা ইরোনবা চাইশেল অদুমা মপা মচা চঙদুনা লোইনা লেমহন্দনা চাথোক্লে। থাংজিং মরু অমতা ফাওবা মাঙহন্দে। মানা তুপ্পগী মকুতনা পুখম অমা থল্লি। মপা মচা অনিমক্ক চাক ঈশিং চাব-থকপা লোইরদুনা মখোয়গী মথৌনা অমুক পুক্লিং চঙখ্রে। "মতম লৈশিল্লক্তরে, ঙসিমক লোইরো" হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরে। কোরৌহনত্তু নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লে। ভদ্র মহু ফাওবা খুথাদে। নিংগ্রি তাখৎপা হায়বসি হৌনশানি। কোরৌহনবগী মঙাল লৈশিল্লক্ত্রবদুদদি উশিল্লক্ত্রে। ময়াম্মুং য়াইমনা মৈ ভুনথান থানগৎপিরে। অম্মুন্না মপা মচা কন্না হোৎনদুনা মুমিদাং কৈথেন থম্নবা মতম অদুমক্তদা লোইজরে। সনা মিৎয়েং তাবিরে। অয়েকমল মতিক্ক চানা পীবিদুনা মপা মচা ময়ানয়াই তান্না খোঙশাল্লক্লে।

শ্রীগোবিন্দগী মশাইগোন, সনা কোম্মুংগী অরাংপা লৈতে, অদুম্মক নিংথিজে। লুক আরতিগী শরিক খোঞ্জেলতনা তপ্না-তপ্না মায়কৈ খুদিং শিনবা থুংনা শন্দোক্লি। অসিগুম্বা সুংশিরবা মতম অসিদা ভদ্র সনা কোম্মুং য়্যৌরক্লে। মান্দোপ মমুংদা মাগী সেবক কলাচান্দগা লোয়ননা কাখৎচরে। হিদাক লাংথক পুম্নমক মাগী সেবক কলাচান্দনা পুথোকচদুনা লাইয়েকপা হৌরে। ঙহাক পুঙ্গোই লাইয়েক্লবা মতুংদা শ্রীযুৎকী মচাইবুংঙো, মচাইবেম্মশিং অদু অঙাং শেন্নবা মুপা অদুনা পুদুনা লাক্লগা ভদ্রগী লাই য়েক্লিবা মনাক্তা থাদোক্লরে। মচা ইবুংঙো, ইবেম্মশিং অদুদি অঙাং ঙাক্ত-নিনা ভাব তাদে। মখোয়না মখল-মথেলগী রংশিং অদু উবদা পামই, পায়দুনা শান্ননীংই। থিংবা য়াদ্রবা অঙাংগী রাথলনি। নীংবগা তৌবগা মান্নরবা অঙাংশিং অদু ভদ্রগী লাই য়েক্লিবা মনাক্তা খর খর চঙশিনগ্রে। মখল মথেলগী রংশিং অদু উবদা অঙাংশিংগী থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা অপাম্বা পোকই। খুদক্তা রংশিং অদু অঙাংশিংনা পাইদুনা শান্নরক্লে। ভদ্রনা কনা খামই, অদুবু পায়মু হায়বা য়াদ্রবা অঙাংশিংনা পায়দুনা হৈদোক্লে। ভদ্রনা অঙাংশিং অদুবু হিদাক হৈদোকই হায়দুনা খঙলাও লাওই। ভদ্রগী খোল্লাও তাবদা অঙাংশিং অদু কিবনা কপ্পি। অঙাং শেন্নরিবা নিপা অদুনা অঙাংশিং অদু থেমই, ঙমজরিবা মথৈ থেম্লে, অদুবু তোকউ হায়বা ময়াদ্রে। অঙাং শেন্নরিবা নিপা

অতুগী উপাই লৈত্রে। মখৈথংদা অঙাং শেম্নরিবা মুপা অদুগী উপাই লৈত্রদুনা অঙাংশিং অদু সনা নাক্তা পুরে। শ্রীযুৎনা অঙাং শেম্নরিবা অদুদা হংলকই, "কররিগীনো অঙাংশিংনা কম্লি-বদি ?" অঙাং শেম্নরিবা অতুনা য়াম্না কিনা খুমজরকই; "আজ্ঞা, নচা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা অঙাং ঙাক্তা ওইবনা ওঝা ভদ্রগী লাই য়েককম মনাক্তা চঙঙদুনা ওঝাগী মখল মথেলগী রংশিং অদু পাইদুনা শাম্নবদগী হৈদোকউরে। মতুদা ওঝানা রং হৈ-দোকই হায়না লাওরকপদগী কপখিবনি। ননাই ঐনা কনা কন্না থেমজরে। অতুবু তোকউ হায়বা ময়াদরে। শ্রীযুৎনা মনাইগী য়াতু তাবদা মায়থোঙ হাইকেৎ লাংশিল্লগা, শাওশিন্নরদুনা ভদ্রগী নাক্তা পরপ পরপ সনা খোঙদোইরক্লে। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র, নঙগী হিদাক অদু কয়া য়াম্না মমলনো ? নঙনা হিদাক হৈদোকই হায়দুনা লাওরকপদগী অঙাংশিং অসি হৌজিক ফাওবা কপ্প থেম্না য়াদ্রে। নঙগী হিদাক অদু ঐনা লৈবীরগা লোইরেদনা, কররিগীদমক অঙাংশিংবু লাওদুনা কপ-হল্লিবনো ?" ভদ্রনা শ্রীযুৎ মহারাজনা শাওরে হায়বসি খঙলে। হায়হোরগে হায়বগী মতাগুম্না য়াম্না চী লেম্ন হায়রকই, "আজ্ঞা, নুংঙাইজরে সনা য়াথং তাকপীবা। নচা ইবুংঙো, নচা ইবেম্মা পুম্নমক ইতৎ তত্তুনা থাজিনবিরকউ, শ্রীযুৎনা ইতৎ হেক তত্তুনা লৈবিগে হায়দুনা সনা য়াথংবু তাকপিরবদি ননাই ঐগীদি লাইরক্ক ফবনি।" শ্রীযুৎনা ঙসাই মথৈ শাওশিন্নরম্বা অদু ভদ্রগী য়াঙাঙ তাবদা মপুক্লিংদা নোকচখি। সনা পুক্লিংদমু মখা তানা হাইকেৎ

খল্লি, "ভদ্রমা হায়রিবসি চুম্মী। নিত্তিগী অসুম্মা হৈদোক্লবদি মিত্তিগী লৈবা ভাবনি।" ঙহাক সনা পুক্লিথুনা রাখল তৌরগা শ্রীযুৎনা অঙাং শেম্নরিবা নুপা অদুদা ওনশিন্নগা সনা য়াথং তাকপীরকই, "খঙলেদনা, মতুং মনাউদি ভদ্রগী লাইয়েকফমদা অঙাংশিং পুশিল্লুনু। ঐগা মাগা ঙাঙনবদা ফাওবা মানা চুয়বা হেক্তা ঙাঙই। করিগুম্বা অঙাংশিং পুশিল্লরবদি হৈদোক্লবসু হৈদোক্লবসু ইচা ইবুংঙো ইবেম্মাশিংদা লাওরোই, হিদাক লৈয়ু হায়দুনা চক্ত তৌরক্লনি। ভদ্রগী চক্ত পুবা থাংবা ঙম্বা নত্তে। শ্রীযুৎকী সনা য়াথং মতুং ইন্না অঙাং শেম্নরিবা নুপা অদু মতু দা অমুক হন্না ভদ্রগী লাই য়েকফম নাক্তা অঙাং পুশিনশিদে।

মতম থর হৌথ্রবগী তুংদন। টিকেন্দ্রোসিং, (খ্বাইনা স্নাখ্বা মচা হায়না শকখঙনবা) মনাই মশন থরনা থৌগল তৌদুনা য়াকাইরক্লে। মচা ইবুংঙোসু হৌনবা মতুং ইন্না স্থর্যদেববু খুরুমজরে। ঙহাক লৈরগা মাগী লুনা চান্না লাত্তুনা থমজ্জরবা দামুদোয় হায়না মিংথোম্বা ঈশ্বর অদু'নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না ঙসিসু মন্দির মনুংদা চঙদুনা ঈশ্বরবু খুরুমজনবা হোৎনরি। অঙকপনি! মচাইবুংঙোনা ঈশ্বরবু খুরুমজগে হায়না নোম্ব্রকপদা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি অদু লৈবাক্তা উপশিন্দুনা মখুৎ নাম্না তেক্লুনা লৈরম্নে। মবুক্লিংদা মওল মওল খল্লি, "তৌরিবা মতৌসি করিনো? করি খুদমনো? হা গোবিন্দ করি থোক্লগবা!" মচা ইবুংঙোমা ঙহাক রাখল তৌরগা মনাই থরসু নুপী অঙাং কৌশিন্দুনা মতৌ অদু য়েংহল্লে। ময়াম পুম্নমক মতৌ অদু

উখৗদা ঙক্লখি। কনা মক্তা পায়রক্লু মাইবা, পাজি য়েংহনখিসি, করি খুদম ওইরিগবা হায়দুনা কনামতা শোকহন-পায়হন্দনা মন্দির মমুংদা খোঙ লোনশিন্দুনা থমে। মচাইবুংঙোস্ত অঙকপা, অকিবা মওং, থৌদোক অদু উরবদা তুমিন্না কমদুনা লৈখোকপা ঙমজে। মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লে।

মমৈথংদা সনা বুদ্ধি তৌরগা মনাও ইবুংঙো শ্রীযুৎ মহা-রাজ তাক্তবা য়াদবা নত্তে খল্লদুনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎচরে। মনাও ইবুংঙো শ্রীযুৎনস্তু ময়াম্বুংগী মপাউ মতুংইন্না সনা খোঙদোই-বিরক্তুনা মন্দির মমুংদা তৌরম্লিবা অকিবা, অঙকপা ফংলবা মওং, থৌদোক অদু স্না মিৎয়েং তাবিখি। মচাইবুংঙোনা মনাও ইবুংঙো শ্রীযুৎ মহারাজ য়েংলগা হায়রকই, "মনাও ইবুংঙো, হন্দক ঈশ্বর অসিনা তৌরিবা মতৌ অসি করিনো ? ননাই ঐ ভাব তাবা ঙমদে। করি থোক্লগবা ? করি খুদম ওইরিগবা ?"

"য়াম্বুং ঐস্তু ভাব তাদে। ঈশ্বরনা ওইরিবা ফিভম অসি মাইবা-মাইবী কৌরগা অদুক লাই-পাউ তাবা হায়বদুনি।" শ্রীযুৎ মহারাজনা শোম্থাংননা শোল্লকই, "করিস্তু শোয়বা ঙাম্না থোক্তবা ওইরম্লবদি ফগনিদা। হা গোবিন্দ, নঙনা তম্না হায়-বদুনি।" ময়াম্বুংনা মথা তানা হঙ্গৎচরকই, "সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। নাম্না শোইরবা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি অসিবু ননাইনা করম্না লাৎখিনি ? ঈশিংদা থাদখিবনা ফরোইদ্রা ?"

"য়াম্বুং কনানা খঙগনি ? তম্না ঙম্না নত্তে। ঈশ্বর অসি য়াম্না লুবা লাইনি। অদুনা মাইবা-মাইবী অমুক্তং য়েংহনখিসি।

মনাও ইবুংঙো, শ্রীযুৎকী ৱা অদুদা ময়াম্বুংস্থ য়ারে। মন্দির অদু খোঙ লোনশিল্লগা কনাগুম্বা অমা কাওবা চঙহন্দনা থম্লে। অস্থুম তৌনা সুমিৎ খৱ চুপ্না থম্লে। থিম্বা য়াবা নত্তে খন্দুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা কোনুংগী মাইবী, লোয়শঙগী মাইবা-মাইবী কৌখত্তুনা মন্দির মমাঙদা লাই-পাউ তারে। লাই-পাউ অদুদগী খঙলে, মদুদি থোইদোক্না শোইবা ভাস্বগী খুদম নত্তে। চুমতা করিগুম্বা ক্ষিভম অমা লৈখিবনা ঈশ্বরগী মূর্তি অদু কায়রকপনি। লাইজ ইরোম্মুংদা লংথগে হায়বদু মাবু লংথবীগসু। মাগী তেক্লবা মখুৎ অদু শমজিনবীরগা হান্নগী মতৌগুম্না তৌবিয়ু, হায়দুনা মাইবীনা লাইগী লাই-পাউ তাকপীরক্লে। মনাও ইবুংঙো শ্রীযুৎনা লাইগী লাই-পাউ তারবদা ময়াম্বুং য়েংলগা হায়রকই, "য়াম্বুং ঈশ্বর অসিগী তেক্লিবা মখুৎ অসি শমজিনহল্লসি, অদুগা ইনৌ নৌনা নিরুপন তৌরসি।" ময়াম্বুংস্থ মনাও ইবুংঙো শ্রীযুৎকী ৱাঙাঙ তাবদা য়াম্না সুংঙাইজরে। শ্রীযুৎনা সনা বুদ্ধি তৌরগা খল্লি, "হন্দকী ঈশ্বরগী মখুৎ অসি কনানা শেমজিন শাজিনহনসিগে? মমৈথংদা সনা বুদ্ধি তৌরগা খল্লকই, "ঐগী কারীগর ভদ্র হেক্তা কৌরগা মাবু শেমহন শাহল্লগে।" শ্রীযুৎনা খল্লকপগা মনাই অচানবা ভদ্রবু কৌরুনবা থাগ্রে।

সোমদা ভদ্রনা মাঙ্গোলদা কয়দুনা মখল মথেলগী রংশিংনা মমাঙদা পরেং শানা কোয়শিল্লগা করিগুম্বা মূর্ত্তি অমথক কয়া রং থাবা হোৎনরি। মচিন্দদি ময়েক থোক্তবা শুরদা ঈশৈ ঙংলি। মরক মরক্তস্থ মাগী হৈনবী ওইনা মতিল শিংৎপগী মওং ওইনা

কামথোকই। মতিলদি য়াওদে। ভদ্রনা হায়কেৎ য়েংথোকখিবদা নিংথৌ মনাই অদু পরপ পরপ চঙশিল্লকপা উরক্লে। হন্না য়েংথোক্লে, খঙশিন্নদনা মানা ঙংলিবা ঈশৈ অদু ময়েক্তি থোক্তনা খোক্তেল খর কনখৎলক্লে। নিংথৌ মনাই অদুনা মানা লাক্লিবসি উত্রমান্নে খল্লদুনা মহাক্না কৌরক্লে, "ওঝা"। ভদ্রনা হায়কেত্তুং য়েংলগা হায়রকই, "অতো লাক্লিবরা ? কম্মু, কম্মু করি থবক্তীনো ? করম্বা সনা য়াথং লৈবগে ?" নিংথৌ মনাই অদুস্মু মতা চারে খন্দুনা সনা কোম্মুং কারক্তবা য়াদে হায়দুনা সনা য়াথং তাক-পীরকই।" ভদ্রনা হায়রকই, "অদুদি অতো, নহাক খর হাল্লম্লো। ঐস্মু য়েক্লিবা খরসি লোইশিল্লগা লাক্লগে।" অদুদি খর হাল্লম্লগে হায়দুনা নিংথৌ মনাই অদু সনা কোম্মুং তমশ্লে।

খান আরতিগী মতম য়োশিল্লকদোরে। ভদ্রনা মতমসি হেনখিগদোরে হায়না সনা কোম্মুং কাননবা শেম শাজরে। খোই-দোক্লা অকে অমোগী ভাবস্মু লৈতে, মশাদা খোইদোক্লস্মু নাঞ্জদে। মস্তক তৌরবা ফৈজোম অমা কৌতক্লা শেৎচিল্লে। ফুরিৎ অমা লীৎশিল্লে। হিদাক ঙাস্থক চাওরবা অমা হাল্লগা থক্লা থক্লা সনা কোম্মুংলোমদা যাত্রা তৌরক্লে। লম্বী চৎনা-চৎনা অদুম্মক থকই। অচৎ অওক পুম্নমক ঙক্লা ঙক্লা য়েংনহোই। মাগী মশাদদি খোইদোক্লা থৌশাদে নাচুংবিদে। মওং খঙবা মীদি তুমিন্না ওঝাবু কৌদুনা লৈহৌই। কনাগুম্বা অমুক্তা উত্রিবা মশক খঙদবা মীনদি মাগী মতৌদু অঙকপা অমা, ময়ামগা মান্নদবা ফীভম অমা ওইনা উরবনি। কনাগুম্বনস্মু মাগী মতৌদু উবদা

নোকপদি নোক্লীং, নোকপদি য়াদদুনা মচিন মেন-মেন্দুনা খাওনৈ। অম্মুম তৌনা লেপ্তুনা হিদাকী মৈখুদু য়া য়া কামদুনা থক্লা, থক্লা সনা কোন্নুং য়োশিল্লক্লে। শ্রীযুৎ মহারাজস্মু মনাই মশলশিংনা থৌগল তৌরদুনা পোথারি। ভদ্রনা ইমুং মত্তম খেওজিল্লক্লে হায়দুনা সনা নাক্তা পরপ পরপ চওশিঙ্গরে, শ্রীযুৎপু থুরুমজরে। শ্রীযুৎনা ভদ্র য়েংলগা সনা য়াথং তাকপীরকই, "ভদ্র, নও য়োরকপা য়াম্না করে। ঐস্মু নওবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবনি।

"আজ্ঞ" নোল্লুক্লা ভদ্রনা খুম্মী। শ্রীযুৎনা মথা তানা য়াম্ন চীং-লেম্না সনা য়াথং তাকপীরকই, "অতো, য়াম্মুং ইবুংঙোগী লুনা-চাম্না থমজবা, নিত্তি মুমিৎ থুদিংগী সেবা কংজবা ইবুংঙো অদু অওকপা থৌদোক অমা ওইনা থোক্লে। ইবুংঙো মাগী মূর্ত্তি অদু অঙ্গ-ভঙ্গ ওইরম্লে। মখুৎ নাম্মা তেক্কুনা লৈমায়দা উপশিন্দুনা লৈরম্লে। ঐখোয়স্ত করম্লো, করি থোক্লগবা খন্দুনা য়াম্না য়ানরম্মী। অদুবু করিস্মু থোইদোকপা কত্তবা থুদম নত্তে হায়রে। ইবুংঙো মাগী তেক্লিবা মখুৎ অদু অমুক নৌনা শমজিল্লগা নিরুপন তৌবা তারে। নহাক ঈশ্বর অসিগী তেক্লিবা মখুৎ অসি শেমজিন-শাজিম্বা ঙমগদ্রা?" ভদ্রনা য়াম্না নোল্লুক্লা খুমজরকই, "আজ্ঞা, শ্রীযুৎকী সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াবা নত্তে। শ্রীযুৎকী কৃপা লৈরবদি ননাই অদুক হোৎনজগে।" শ্রীযুৎনা মথা তানা তাকপীরকই, "অদুদি ইবো, ঙসি অসি মুমিৎস্মু তাশিল্লকদৌরে। নরান য়াইদা হল্লো। হয়েংগী মুমিত্তগী হৌনা হৌরো।"

নোং ঙারে। ভদ্র মহৌশাদগী হৌনা য়াহৌ অতুম্মক ঙল্লি। ঙসিস্থ মহৌশাগুম্না ঙম্না হৌগৎলি। কোরৌহনবনা তরং তরং হুনদোক্লকপা মতম অসিদা ভদ্রনা ঙসাইমখৈ ঝাখল অমদা উংহুনা লৈরম্বদগী জ্ঞান খংতা তারকই, খল্লি মপূক্লিংদা, ঈশ্বর অদু য়াম্না নুবনি হায়নৈ। করিগুম্বা ঐনা মহাক্কী মখুৎ অদু শেমজিন শাজিল্লুবদা ফত্ত-মুংদা থোক্লবদি করি? হুম, মদুস্থ পাক তৌব্‌ যাবা নত্তে। মাইবা-মাইবীনস্থ ফত্ত-মুংদগী খুদম নত্তে, শেমশিল-শাজিল্লুবদা করিস্থ অকায়বা লৈত্তে হায়। মদুনা করিস্থ ফত্ত-মুংদা থোকনি হায়বা থাজদে। অস্থম্না মতোমতনা মতোমতগী পূক্লিং থেমজিঙহুনা ঝারেপ লৌজরে। কান্নদে, ঐনা মসিদা অস্থম খল্লুহুনা।" ঈশ্বরনা তম্বা অমা শোইদনা লাক্লগনি খন্দুনা ভদ্রনা মাগী য়েক্কদবা লাইদা মপূক্লিং থমদুনা করিগুম্বা মূর্ত্তি অমা য়াম্না কম্না য়েকপা হৌথ্রে। ঙহাক য়েক্লে। সনা কোন্নুং কাবগী মতম ওইরক্লহুনা মথৌ থারে।

থোইদোক্লা অকে অমৌ য়াওব্রবা ভদ্রনা মাগী মস্তক তৌরবা ফৈজোম অদু ইশম হেক শম্ন, কৌতক্লা শেৎচিল্লে। ফুরিৎ মকক অমা লীৎশিল্লে। চন্দোল-চরাদি য়াম্না ফজনা মথিল্লি। কোম্নু'লোমদা যাত্রা তৌরক্লে। লেপ্তনা থাংজিল্লকপা যোঙথাংনা সনা কোন্নুং য়ৌরে। শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা মনাই ভদ্রবু য়েংলগা ঙাকপীরকই, "ভদ্র, নঙ য়ৌরকপা য়াম্না নুংঙাইরে। ঐস্থ ঙাইহুনা লৈরম্লিবনি। চৎলো য়াম্নুংগী শঙ্গাইদা য়াম্না থুনা ঈশ্বরগী কীভম কায়রবা মখুৎ অদু শেমজিল্লুরো।

সনা. য়াথং কংলদুনা ভদ্রনা শ্রীযুৎপু খুরুম্নগা সনা কোমুং থাদোক্লুনা ময়াম্বুংগী সনা শঙ্গাই তাম্না খোঙশাল্লক্লে।

ময়াম্বুংগী সনা শঙ্গাই য়োরে। নিংথৌ মচা ওইবগী করিমত্তা রাক্তে। মনাই মশল ওয়া লৈ। ময়াম্বুং ইবুংঙো মনাই মশলশিংগা লোয়ননা সনা শঙ্গাই মাক্লোন্দা ফমদুনা, হিদাক থক্লুনা, হিদাকী মৈথু রাংনা রাংনা কামথত্তুনা করি-গুম্বা রাথল অমা থন্দূনা লৈরম্মী। ভদ্রনা সনা নাক্তা চঙ-শিন্দুনা সনা চরন খুরুমজরে। ময়াম্বুংনস্থু তরাম তরাম ওকপীরে। অদুগা সনা য়াথং তাকপীরে, "ভদ্র, থৌম্নমুসি, ঈশ্বরগী মূর্ত্তি অসি শেম্নসি।" মপান্দা পুথোক্লসি হায়নদুনা মনাই মশল থরগা লোয়-ননা পুথোক্লে। ভদ্রনা ঈশ্বরগী তেক্লিবা মখুৎ অদুগী নাপ লৌরদুনা শেম-শাবা হৌরে। অসুম্না মতম থর চঙনা শেম শাদুনা হান্নগী ফীভম অদু চপ-চানা তারে। ইনৌ নৌনা রং থারে। হান্নগী ফিভম অদু করিমতা কায়দ্রে। ঈশ্বর অদু অমুক ইনৌ নৌনা নিরুপন তৌদুনা লাৎচরে।

কোরৌহন্নবস্থ লৈজবী মঙাল কুদোক্লুনা নিংথিজন্নবা মন্দিরগী অয়ঙবা মতোনমক্তদা লৈশিল্লি। গোবিন্দগী শরিক খোঙ্গেলঙনা মায়কৈ খুদিংমক্ক শীন-থুংনা শন্দোক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মহারাজ চূড়াচান্দ সনা ফীজোল হোংদোক্লগা মন্নুং চঙনবগীদমক মনাই মশম্মা থৌগল তৌরি।

ভদ্রস্থ সনা কোন্নুং থৌগল তৌবা ওইনা লাই য়েকপা কারক্লি। শ্রীযুৎকী মওং মতৌশিং অসি ভদ্রনা মমিৎ হেক কুপ্তনা য়েংজৈ। মপুক্লিংদদি মখল্লী. "ঙসিদি শ্রীযুৎকী ফীভম অসি হেক্তা ময়েক্লগে।" কায়বগা তৌবগা, নীংবগা মান্নরবা ভদ্রনা শ্রীযুৎনা মন্নুং চঙলমদাইগী মওং মতৌ পুম্নমক চে মচেৎ অমদা ফজনা য়েক্লে। শেমজিন শাজিনবা য়াবা মথৈ শের্মজিন্দুনা থম্ন-জিনখরে। মথং মথং মানা য়েকদবা লাই মথৈ য়েকপা হৌরে। চেগাই মচেৎ, কেগাম মথুমতনা পুমকোয় কোয়শিল্লগা মশাগী ওইবা অচাবা তূরি অমা পায়রগা ভদ্রনা ময়াইদা লৈবা অদু অউবা মীপুম খুদিংনা ঙহাক্তং ওইরবস্থ ভদ্রগী মফমদা মীৎয়েং চঙলমদবা য়াওরোই। অসিগুম্নব নিতি মুমিৎ খুদিংগী লৈরবা শকফম, মোমোন নোক্তুনতা লৈবা, মচিন্দস্থ ময়েক য়াওদ্রবা সুন্নদা ঈশৈ অদুম্মক ঙংলি। ঙসিদি মোমোন নোকপা মায়থোঙদা নিতিগা মান্নদবা শকফম অমা তাই। থাজৈশেংনা কনাগুম্বা অখণ্ড অদ্বৈতনা য়েংলবদি খঙবা ঙমগনি, মদুদি—মাগী মায়-থোঙদা তারিবা নিতিগী মান্নদবা মমি অসি করিস্থ নত্তে, ঙস্যাই

মানা য়েকখিবা মূর্ত্তি অতুগী নোক্লিংবা অমদি শ্রীযুৎকী ফীভম শ্রীযুৎনা খঙলগা করি হায়রকদবা হায়বগী লাঙতকুবা রাখলগী মমিনি।

হিদাক ওাস্তক অমরোমগী মতুংদা শ্রীযুৎ মনুংদগী লৈঙ-খোক্লক্লে। সনা ফীজোল হোংদোক্লে। শ্রীযুৎনা কমকম লাংদা কমপ্রবা মতম অতুদা ভদ্রনা শ্রীযুৎ নাক্তা চঙশিল্লগা ভক্তি কৎচতুনা ওসাই য়েকখিবা মনুং চঙবগী ফীভম য়েকপা চেমচেৎ অত্ শ্রীযুৎতা কৎচরে। খুদক্তা শ্রীযুৎনা তনলো লোরগা সনা মিৎয়েং তাবিরে। শ্রীযুৎনা সনা মিৎয়েং হেক তারুবদা মনুং চঙবগী ফীভম ওইরম্লে। মপুক্লি'দদি মোমোন নোকচৈ, মপান্দি খোক্কে, ভদ্র য়েংলগা কল্লপ হায়রকই, "ভদ্র নঙনা তৌরিবসি করিনো? অসিগুম্বা ফীভম অসিবু য়েকপা হৌনব্রা? হৌজিকমক শেগাইখো।" ভদ্রনা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়রকই "আজ্ঞা, থৌগল্লোন কায়বদি তারগব্রা? ফীভম অসিবু করি কাইবগে? শ্রীযুৎনা নমুং চঙবগী ফীভম অসি ননাই ঐখোয়দনি উজবা; করিগুম্বা অরাপ্পা মকমদগী শ্রীযুৎকী সনা খোগন ফংজদবা মীশিংনদি ফীভম অসি উদেদো। অতুনা য়েক্কুনা থম্লবদি লেঙদনা লৈরে। "মখোয়স্থ উজবা য়াইদনা।" শ্রীযুৎনা মোমোন নোক্লগা মথা তানা হায়রকই, "ইবো নঙনা হায়বা চুম্মীনে। নঙনা হায়ব-গুম্না করিগুম্বা ঐনা মনুং চঙবগী ফীভম অসি অরাপ্পা মকমদগী অঙম-অখৌ, অচৌ-অশাং পুম্নমক্তি খঙলরোই। য়েক্কুনা থমহোবা হায়বুদ্রদি লেঙদ্রবনি। চুম্মী, নঙনা হায়বা পুম্নমক।" অদুম্বা

মনাইবু শাওবগী মহুত্তা থাগৎ য়াহৈ হায়দুনা পুক্নিং থৌগৎপি। শ্রীযুৎনা মথা তানা মনাইবু মুংশিনা হায়বিরকই, "ভদ্র, হয়েংদি নঙস্থ কংজাম্বা সুবেদারগীদা চাক চাবা চৎলুসিদনা?" "আজ্ঞা, ননাইগীদি লাইবক ফবনি।" অস্থুম্না ঙহাক সনা থৌগন তৌরম্লগা মরানয়াইদা হল্লক্লে।

অমম-অঙান শিন্নরে। নোংপোক থংবা মায়কৈদা ঙঙ্গাম্নবা মচুনা তাইবং মালং শীম্লক্লে। য়াহৌ ঙম্বা পোম্বী চেক্লাশিংস্থ মচিজ্ঞাক থিবা কোইপাই পাইনরক্লে। ভদ্রস্থ নিত্রা দেবীগী তম্পাক্কগী য়াকাইরক্লে। ঙহাক পুক্নোই অমগী মতুংদা লাই য়েক্লবা পোৎ-চৈ পুম্নমক পুথোকচদুনা লাই য়েকপা হৌখ্রে। মচিন্দদি তত্তনা ঈশৈ অত্রুম্যক ঙংলি, ময়েক্তি থোক্কনা, মরক্ মরক্তুস্থ মতিল শিৎলি। ভদ্রনা লাই য়েক্লা-য়েক্লা খল্লি, "ঙসিদি শ্রীযুৎনা চাক চাবা চৎলুসি হায়হৌই। হুম, ঙসি ঐ চৎলরোই, চৎপা তারবস্থ মওং অমা ভোগে।" অস্থুম্না মানা য়েক্লিবা লাই অদু ঙহাক য়েক্লম্লগা পীকখ্রবা ঈরু-খুদৈ মচা অমা শেৎলগা লৌখাও ফুরিৎ অমা লিৎলগা চন্দোল-চরা ফজনা থিল্লদুনা সনা কোন্নুং কাখৎলক্লে।

সনা কোন্নুং য়ৌরে। শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা মনাই ভদ্র য়েংলগা হায়বিরকই, "ভদ্র, ঙরাং চাক চাবা চৎলুসি হায়বদুদি নঙদি কৈদৌরে? চৎলসিদনা?" ভদ্রনা খুমই, "আজ্ঞা, ননাই ঐ চৎচররোই।" শ্রীযুৎনা মথা তানা হায়রকই, "করিগীনো, ভদ্র নঙনা চৎচররোই হায়রিবদি?" ভদ্রনা খুম্নকই, "আজ্ঞা, থাম্না থৌগল্লোন কায়বা তারগদ্রা? ননাইনা শ্রীযুৎকী থোঙলোম্ন

ওইজররোই হায়জবগীসু নৎচদে।” শ্রীযুৎনা মখা তানা হায়-বিরকই, “অডুদি ইবো, হায়মুনে, হায়মুনে, করিগীনো ?” ভদ্রনা য়াম্না নোক্লক্লা হায়রকই, “আচ্ছা, চাক চাবা চৎপদা লেৎন-চানবা কি রোল লৈজদে। অডুনা চৎচররোই হায়বনি।” শ্রীযুৎনা হায়বিরকই, “হেক্সা ইবো, অডুগীদমকপু করিগী চৎলোইদৌরিবনো? লৈত্রগা ঐনা পীনিদনা।” “কনা, কনা লৈ ? ভদ্রগী মুগা কৈজোম পুথোক্লকউ হায়না সনা য়াথং তাকপীরকই। শ্রীযুৎকী য়াথং কংবদা মনাই মশনশিংনা মুগা কৈজোম, ইম্নবা ফিরোল পুম্নমক ভদ্রদা পী। ভদ্‌সু শ্রীযুৎকী সনা য়াথং মতুং ইন্না ফিরোলশিং অডু হোংদোকচরে। অমুম তৌনা শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচান্দ, মনাই অচানবা ভদ্‌ অমদি মনাই-মশনশিং থরগা লোয়ননা কংজাম্বা সুবেদারগী মরানয়াইদা চাক চাবা লেংতক্লে।

শ্রীযুৎ লেংলকপগী হৌনবী চপ চানা লাংলম্মী। সুবেদারগী মরানয়াইগীসু রাৎপা লৈতে হায়বা য়াই। হৌনবী ব্যবহার তৌডুনা শ্রীযুৎপু ওকই। অসুম্না চাক-ঈশিং চাবা থকপা লোই-রবা মতুংদা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা কংজাম্বা সুবেদারগী মরানয়াই থাদোক্লম্লগা সনা কোনুংলোমদা যাত্রা তৌরক্লে।

লম্বী চৎনা চৎনা ফাগী জোগাই তৌনডুনা সনা কোনুংদা য়ৌরক্লে। মনাই মশল পুম্নমকসু মথুম মযুমদা হল্লক্লিবনা হল্লব্রে। শ্রীযুৎকী থৌসল তৌডুনা লৈহৌবনা লৈহৌরে। ভদ্‌সু শ্রীযুৎপু খুরুম্লগা মযুম মাইকৈ পাংলক্লে।

ভদ্র লম্বীদা চৎনা-চৎনা, মওল, মওল খনবা হৌরক্লে। শ্রীযুৎনা পীরিবা মুগা কৈজোম, ইনফিনচিংবা ফি-রোল পুন্নমক অসি চাননা মরৌরগে মখল্লে। অসুম তৌনা লেপ্তনা লাকপনা খঙহৌদনা মরানয়াইদা য়োরে। ভদ্রগী লৈতেং থোইনা য়াওদ্রবা লৈবাক্তনা লৈরঙ তাখৎলগা শেম্বা, য়ুম্বী মখোঙ অমনা মী অমনা কোনবা থুংদবা য়ুম অসি নিতিগী উদবা কনাগুম্বশিংনা চাননা য়েংলবদি ইতোপ তোপ্পা ময়ামগা মান্নদবা ফীভম অমা ওইনা উগনি। মাঙ্গোল কাচিনগী মচী মচীদা লাই য়েক খোৎপগী রং হাপ্পবা পাত্র, চেগাই মচেৎ, কেগাম মখুম অমসুং কৌতানা থম্না লৈ। অসিগুম্বা য়ুম অসি ঙাকশেম্বা ওইনা হৌদোং ৩/৪সু লৈ। শল-ইরোইসু য়াত্তনা লৈ। অসিগুম্নবা মহাকী তোপ-তোপ্পবা য়ুম অসিদা থুংঙরবা অসিদা মফি—মরোম্নচিংবা পুন্নমক হোংদোকচরে। হিদাক ঙাম্বক অমা থক্লগা ঙাইহাক পোত্থাজরে।

## (১০)

মুমিৎ থরনি হৌগ্রে। ভদ্র সনা কোন্নুংদা কাদ্রে। য়ুমগী থবক ইনথাং শূ-নোমদুনা লৈথোক্লে।

ঙসিগী অয়ুক অসিসু হান্নগুম্না নীংথিজরি। অয়ুক অসিদা শ্রীযুৎনা মওল-মওল খনবা হৌরক্লে, "করিনো ভদ্র হায়বসিনা তৌরিবসিবু? ফি-রোলকা অমত্তা থিল্লক্তে। সনা কোন্নুংদা কারক্তবসু ফনা মকুইরে।" শ্রীযুৎনা ঙহাক মরু লুক্রা বাখল

তৌরগা মনাই কৌশিল্লগা তাকপিরকই, "অতো, ভদ্রনা সনা কোম্মুংদা কারক্তবসি ফনা মকুইরে। ঙসিদি খর কৌরুচো, অদুগা মানা নহাল চাক চাবা চৎপদা শেংখি-ইনখিবা ফিরোলশিং অদুস্থ খর লৌরুচো।" শ্রীযুৎকী সনা য়াথং ফংলবদা মনাই অদু ভদ্রগী মরানস্থাইদা খোঙশাল্লক্লে।

অকে-অমৌ য়াওদ্রবা চেগাই মচেৎ, কোতা মখুম, কেগাম মখুমতনা ইকোয় কোয়শিল্লগা ভদ্রনা ময়াইদা পোৎয়োনবীগুম অচাবা তুরি অমা পায়রগা লাই য়েক্তুনা লৈরি। চম্মা, শিংনা ঙাওরবা ভদ্রনা মোন্দা নুংঙাইনা ময়েক য়াওদ্রবা স্তরদা ঈশৈ ঙংদুনা লাই য়েক্লি। মরক-মরক্তস্থ হৈনবী অমা ওইনা মতীল শিৎলি। তাঙ্গা অসিমক্তদা নিংথৌ মনাই অদু ভদ্রগী মরান-য়াইদা য়োরক্লে। লেপ্তুনা ভদ্রগী নাক্তা চঙশিল্লক্লে। ভদ্রস্থ ইথৌ থৌশাদনা হাইফেক্তমক কৌই, "কৈদোবা লাক্লিবা? ফম্মু, ফম্মু।" নিংথৌ মনাই অদুস্থ নোল্লুক্লা খুমই, "ওঝা, শ্রীযুৎকী সনা য়াথং পুদুনা লাকচবনি।" ভদ্রনা মথা তানা হংলকই, "করস্থা সনা য়াথং ওইরিগবা?" নিংথৌ মনাই অদুনা খুমকই, "ওঝা, ওঝানা সনা কোম্মুং কারক্তবা অসি ফনা কুইরে; করস্থা অনা-অয়েক য়াওবগে হায়দুনা হংবিরকই। অদুগা অমনা কংজাম্বা স্তবেক্তাবগীদা চাক চাবা চৎপদা, শেং চাখা ফিরোলশিং অদুস্থ পুরকত্ত হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরকই।" ভদ্রনা মোমোন নোক্লগা খুমকই, "করি হ্লানো শ্রীযুৎনা তাকপীরকইবত্রবো? ভদ্রনা পীরবোই হায়রকই হঙ্কৎপিয়ু।" ফন্না হায়রবা কাওবস্তু

ভদ্রনা পীয়ু হায়বা ময়াদ্রবদা গতি লৈত্রত্নুনা নিংথৌ মনাই অদু সনা কোম্নুংলোমদা খোঙদোইখ্রে। নিংথৌ মনাই অদুনা চৎপ্রবগী তুংদা ভদ্রনা মপুক্লীংদা মওল মওল খল্লি, "ঙসি অসিদা শ্রীযুৎনা ফি-রোল অসি চাননা পীদবা য়াদে হায়রবদি কনদোবা! হেরা, ঙন্নবা হেক্তা খুল্লগা লোইরে।" অস্তম্না মতোমতগী পুক্লিংবু মতোমতনা রারেপ লৌজরগা মাগী লাই য়েকপা অদুদা মপুক্লিং ওনশিল্লগা লাই য়েকপা কৌখ্রে।

ভদ্রগী তালোই মোইথাপস্তু ইমুংগী থবক ইনথাং লোইশি-ন্নবা হোৎনরি। মচিন্দস্তু চোইত্রং—পাওং পঙাঙ ঙাঙলি। থোই-দোক্লা নুপী অমা ওইবগী তপচ নৌজবতু হৈজদে। ঙাঙনা ঙাঙনা ইমুংগী থবক ইনথাঙ লোইশিঞ্জরে। চাক-ঈশিং হোৎ-নজরে। ভদ্রস্তু মাগী হৌনবী তৌগদবা থবক ইনথাং লোইশিঞ্জরগা ঙহাক পোত্থজরে।

নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় যৌবা মতমনি। সনা কোম্নুংগী থৌগল-লাংগনশিং মনাই মশনশিং থম্না তিল্লি। মাগী মাগী মথৌ তৌনবনা তৌনৈ; শ্রীযুৎকী থৌগল তৌবনা তৌরি। ইমুং মন্নুংগী থবক ইনথাং নোম্বনা ইমুংগী থবক ইনথাং নোম্লি।

শ্রীযুৎকী মনাই অদুস্তু সনা কোম্নুংদা যৌরক্তুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরক্লে, অদুগা হঙ্গৎচরকই, "আজ্ঞা থৌগল্লোল কায়বা তায়গনি? ভদ্রনা ফিরোল পীয়ু হায়বা য়াদে। ননাইনা ফনা কন্না হায়রজে, অদুবু অরেম্বদা তারে। মানা শ্রীযুৎতা পীরবোই হায়না হঙ্গৎপিয়ু হায়না হায়রকই।" মনাইগী বাদু হেক তাবদা শ্রীযুৎ

মহারাজনা মায়থোং হায়কেৎ লাংশিল্লগা শাওনা হায়কই, “করিগী মানা সনা য়াথং থওইদনা পঙাঙ ঙাঙলিববু ?” মখা তানা শ্রীযুৎনা সনা য়াথং তনপী পীরকই, “হৌজিকমক চৎলু খিল্লগনু। ভদ্রদু সনা কোংনু কারক্তবা য়াদে হায়য়ু।” শ্রীযুৎকী সনা য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌ মনাই অদু ভদ্রগী মরান য়াইদা খোংশানখ্রে।

নুমিৎনা কোকতোন চপ য়ুবা মতম্মী। নুংশানগা চপ য়ুংনা শাগৎলক্লবা মতম অদু ফাওবা ভদ্রসু নখুৎ থাদে। অতুমু মাগী লাইয়েকফমদগী কৌগৎলক্লে। তঙ্গা অসিমক্তদা নিংথৌগী মনাই অদু অমুক লাক্লে। ভদ্রনা খল্লি, “করিগীনো তৌরিবসি ? হৌজিক্তা পীরঃরাই হায়না চৎখ্রগা অমুক তনলাক লাক্লিবাসিনদি শোয়দনা শ্রীযুৎনা ঐবু কৌরুচো ক্রগা চৈরাক পীনবগীদমক্তা লোবা লাক্লম্বসু য়ারে।”

নিংথৌ মনাই অতুনা লেপ্তুনা থাংজিল্লকপা খোঙথাংনা ভদ্রগী নাক্তা থুংঙরে। ভদ্রনা হান্না কৌরকই, “হন্দক্না করি করম্বা সনা য়াথং তাকপিরকই ?” নিংথৌ মনাই অতুনসু অতুম্মক চীং লেপ্পা খুল্লকই, “ওঝা শ্রীযুৎনা সনা কোনুংদা কারক্তবা য়াদে হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরকই।” সনা য়াথং অনিরক শুরবা অতুদদি ভদ্র লৈথোকপা য়ারক্লে। অকে অমৌ য়াওদ্রবা, চয়বা, শম্নবা ফিজেওনা লৈতেংজদুনা শেৎচিঞ্জরে। নিংথৌ মনাই অতুগা লোয়ননা সনা কোনুংদা যাত্রা তৌরক্লে।

মথোয় অনিনা বারী বাতায় শানা শানা লাকপনা মতম

খরদংগী মতুংদা সনা কোন্নুংদা থুংঙরে। শ্রীযুৎপু খুরুমজরে? শ্রীযুৎনা মনাই ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র, করিগীনো নঙনা সনা য়াথং থওইদনা ফি রোল পীরক্তবদি ?" ভদ্রনা য়াম্মা নোল্লুক্না খুম্মী, "চুম্মি, আজ্ঞ, ননাইনা থৌগল্লোন কায়বা তারগদ্রা ? অস্সুম তৌবনি, শ্রীযুকী কৈজোম ইনকিশিং অসি শ্রীযুৎকীনি। ননাইনা শেৎচরে, মপুগী ফিমল খুনবদি কায়দবত্রা হায়না খঞ্জে। অদুগা অমনা ননাইনা শেৎলু চাজরুবা ফি-রোলশিং অসি শ্রীযুৎনা করম্না থোনগনি? থৌগল্লোল কায়বা তারগদ্রা খন্দুনা ননাইনা পীজখিদ্রবনি।

শ্রীযুৎ হাইফেত্তুং ঈকাই, য়াম্না চীং লেম্না মোমোন তৌরগা হায়বিরকই, "চুম্মিনে, ইবো নঙনা হায়বা।" লৌজরো, লৌজরো হায়দুনা পীথোকখ্রে। অস্সুম তৌনা ভদ্রনা ওল্লে পাল্লে তৌদুনা ফি-রোলশিং অদু লৌজহৌরে।

( ১১ )

ঙসিদি ভদ্র মাগী মস্তকপা কৈজোম অদু ইথৌ থৌশাদনা থুপচিল্লগা কৌতর্না শেৎচিল্লগা কোন্নুং কাবগী মতম ওইরক্রদুনা থুনা য়াঙনা সনা কোন্নুং কাখৎলক্লে।

শ্রীযুৎ মহারাজনা ঙরা দগী হৌনা সনা পুক্রিংদা মনাই ভদ্রবু লরুগে খন্দুনা লৈরক্লবনি। শ্রীযুৎনা মচাইবেম্মা তন্ফাস্না, ছাংবী মহারাণী অমদি মনাই মশন পুম্নমক ঙম্না সনা নাক্তা লাকউ হায়-

তুনা সনা য়াথং তাকপীরে। সনা য়াথং ফংলবদা মনাই-নশন পুম্নমক ঙন্না সনা নাক্তা ফম্নরে। পুম্নমক শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। মনাই মশন পুম্নমক মহৈ মহৈ মপুক্লিন্দা খম্নে, "ঙসি অসিদা শ্রীযুৎনা কৌবিবগী মরম অসিবু করি ওইরিগবা?" মহৈ মহৈ মপান্দি থোক্তনা মপুক্লীংদা খম্নে, চিংনৈ। ঙাংবী মহারাণী, মচাইবেম্ম তন্ফাস্নাস্ন মপাইবুংঙোনা কৌবগী মরম খঙদবনিনা করিবু ভোগদৌরিবনো হায়দুনা মপুক্লীদা ইরাঙ লাওনরে। শ্রীযুৎনা মনাইশিংদা ওনশিল্লগা হংলকই, "ঙসি ঐগী ইনাই ভদ্র কাররুব্রা? মনাই অমনা খুম্লকই "আজ্ঞা, ওঝা ভদ্র ঙহাক ওইরে সনা কোন্নংদা য়েৌরকপা।" অদুদি ইবো, থীল্লগনু, মাবু ইনাক্তা থুনা কৌশিল্লকউ" হায়দুনা সনা য়াথং তাকপিরে।

শ্রীযুৎকী সনা য়াথং ফংলদুনা ভদ্র থুনা য়াংনা মফিমরোলগীদমক থোইনা খল্লদনা, থোশারুদনা, মাগী কৈজোম মশুকপা অদু থুগ্লগা কোদক্না শেৎলদুনা অদুম সনা নাক্তা চংলক্লে। কৌনবী ব্যবহার তৌরদুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎ মহারাজনস্ন নিতি খুমিৎকুম্না সনা মীৎয়েং তাবিরে। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু উবদা মোমোন নোক্লগা লক্নরগে খল্লদুনা সনা য়াথং তাকপিরকই, "ভদ্র নঙ জগোই শাবী, ঈশৈ শকপীশিংগী হারমনিয়ম খোংবা য়াম্না ভোইনা চৎলি হায়না তায়। অদুনা নঙগী হারমনিয়ম অদু লৌরুচো থীল্লগনু। হৌজিকমক চৎলু। ঙসিদি নঙগী হারমনিয়ম অদু খোংদবা য়াদে।" ভদ্রনা য়াম্না নোল্লুক্না খুমজনকই, "আজ্ঞা, ননাইগীদি হারমনিয়ম লৈজদে।" শ্রীযুৎনা

থঙনা খঙনা মোমোন নোক্লগা মখা তানা হায়কই, "অদুদি ইবো, নঙগী নশাদা য়াওরিবা অদু হৌজিকমক খোংঙু। ময়াম পুম্নমক মদুতবু তাগদবগী হৌজিক ঙাইদুনা লৈরি।" ভদ্রনা খুরুমজরকই, "আজ্ঞা, ননাই ঐগী ইশাদা য়াওরিবা হারমনিয়মদি অসিনি" হায়দুনা মখুৎ অনিনা য়েৎ-ওই চঙদুনা মনাতোন পায়খৎলক্লে। মতৌ অদু উবদা শ্রীযুৎ, ঙাংবী মহারানী, মচাইবেম্মা তম্ফাসনা, মনাই-মশন, থৌগল-লাংগন পুম্নমক ইঙক ঙক্লরে। পুম্নমক্লা মাতবু চাগদৌবগী মওংদা য়েংনরে। অদুদগী ভদ্রনা মনাতোন অদু পায়খৎলগা ওইথংবা মখুৎনা খৎলদুনা খোংবা হৌরক্লে। শ্রীযুৎ মহারাজ ঙাংবী মহারানী, মচাইবেম্মা তম্ফাসনা অমদি মনাই মশন পুম্নমক নোকপা হৌরক্লে। ভদ্রনা অসুম্না মনাতোন অদু পায়শিল্লগা খৎলকপা খুৎখৎ অদু উবদা ময়াম পুম্নমক খর খর নোক্লম্বদগী রাম্বা রাম্বাদুনা নোক্লকলে। কনামত্তা অপম্বা, অথৌংবা পীবা ঙমদ্রে, ভদ্রদি হাইক্কেত্তমক নোকই। মাগী খোংলিবা মনাতোন অদু অদুম্মক থোম্বাং নাইনা হারমনিয়মগী মওংদা কন্না খোংগৎলক্লে। ওম্বোক ঙম্বোকপা খোম্বাংদা. মওংদা খোগৎলক্লে।

সনা কোম্নুং মম্নুংদা মথৌ তৌরিবা মনাই মশন পুম্নমক তারক্লে। ভদ্রনা শ্রীযুৎকী সনা নাক্তা মনাতোন খোংদুনা কুম্মৈ তৌরি হায়দুনা ময়াম পুম্নমক চঙশিক্লে। চঙলক্লিবা পুম্নমক ভদ্রগী মতৌ উবদা পুমঙক উকপ্রে। ওঝা ভদ্রনা অসুম্না তৌবসি অমুক্তা ঊজদি, থেংনজদি হায়দুনা মহৈ মহৈ মপুক্লিংদা খম্নবদগী

মপানথোক্লা হায়নরক্লে। "ওঝা ভদ্রদি ঐখোয়দি লাইয়েকপদনা ফাওবরা হায়ববু নৎলমদে। অস্তুক কুইনা সনা কোম্মুংদা লৈরকপদা ওঝাগী ঙসিগী অসিগুম্বা অঙকপা মওংসি অমুক্তা থেংনজদ্রি।"

শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা মখা তানা সনা য়াথং তাকপীরকই, "ভদ্র, ইবো, তৌখো। নবেম্মা মহারনী, ইচা তম্ফাসনা নঙগী নাতোম্মা হারমনিয়ম খোংবগী কুম্মৈ অসি য়াম্না থরায় তাজনা য়েংলি, তান্নি।" শ্রীযুৎনা তাকপীরকপা অদুদা ভদ্রনা হায়দগী হেন্না কন্না মতোন অদু তৎলসনু হায়বগী মওং তৌদুনা মওং মওংগী তানমেন হাপ্পুনা খোংগৎলক্লে। মতৌ অদু উবদা ময়াম পুন্নমক পুক্লি তিংনা নোকপদগী হাইগৎলকপা ঙম্মদে। শ্রীযুৎ মহারাজ, ঙাংবী মহারানী, মচা ইবেম্মা তম্ফাসনানচিংবা পুন্নমক ভদ্রগী অসিগুম্বা মতৌ অদু উবদা থাঙবা ঙমদদুনা হৌগৎ-হৌগৎ চেক্লোক্তুনা মচি-মচিদা নোকপা থাঙনখ্রে। অস্তুম তৌনা ঙহাক খোংলম্লগা ভদ্রগী নাতোনগী কুম্মৈ অদু ময়াম ওনশিন্নখ্রে।

শ্রীযুৎ মহারাজনা ভদ্রবু য়েংলগা হায়কই, "ইবো ঙসিদি নঙগী কুম্মৈনা ময়াম পুন্নমক নুংঙাইহল্লে। নঙগী নথৌ লাইতিন য়েকপস্থ তোক্লো। ফরে, পুন্নমক ছুটি ওইরো। অদুগা ঙসিগী নঙগী মরবাক জগোই শাবগী হারমনিয়ম খোংবগী দক্ষিনা কয়া লৌগনি?" মচা ইবেম্মা তম্ফাসননস্থ মরক থৎলগা হায়রকই, "হো ইপু, নঙগী হারমনিয়ম খোংবগী দক্ষিনা কয়া লৌগদগে ভদ্রনা খুম্নকই, "ইবেম্মা, মচাইবেম্মনা পীবিগে থম্মীরিবা লুপা

৫০/১০০ অদুগুম্না শ্রীযুৎ পীবিগনি তাকপীখি।" ভদ্রনা চান্নান হায়জিল্লক্লে। শ্রীযুৎগী মপুক্লিংদা খল্লি, "ঐনা ঙসি মাগী দক্ষিনা অসি তৌরবদি য়াম্না তৌ হায়রকপা তারে। অদুনা রানী তৌহল্লগে।" শ্রীযুৎনা ঙাংবী মহারানীনা লুপা খরদু পুথোক্লুনা ভদ্রদা পীরে। "সনা ইবেম্মা, শ্রীযুৎনদি য়াম্না পীবিরগা ইবেম্মনা ননাইগী দক্ষিনা খজিক্কা পীবিবা হায়দুনা কাগিগী মওংদা। ভদ্রনা রাণীদা হঙ্গৎচরকই। মহারাণীনা হায়রকই, "ওঝা, মতুংদা অমুক হাপ্পা হায়বদুনি।" অসুম্না ফাগি তানদুনা তোক্লে।

মতম খর হৌখ্রে। কোরৌহনবসু লৈজবা মঙালগা লোয়-ননা তাইবং পানবা ফাওরক্লে। ঙসিসু ভদ্র মহৌশাগুম্না থোই-দোক্পা অকে-অমৌ য়াওদনা থুনা য়াঙনা সনা কোম্নু·লোমদা যাত্রা তৌরক্লে। লেপ্তনা থাংজিল্লকপা খোঙথাংনা সনা সোরোক তুংওইনরক্লে। সনথোঙ লানশিল্লক্লে। সনা কোনু·দা য়োরে। শ্রীযুৎ মহারাজ মনাই মশম্না খোগল তৌদুনা লৈরম্মী। ভদ্রনা হোনবী ব্যবহার তৌদুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা তরাম তরাম কৌবিরকই, "ভদ্র, নহাক লাক্লেদনা? "ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞা।" "নহাকী নচান্নুপা নিংথেম কৌবা অমা লৈ হায়বদু মশক য়েংগে; অমুক্তা পুরকউ;" হায়দুনা সনা য়াথং তাকপীরে। ভদ্রনা খুমজরকই, "আজ্ঞা, ননাইগা চয়েংগী মুমিৎত্তা ননাই ইচাদু শোয়দন পুজরক্কে।" শ্রীযুৎনা মখা তানা তাকপীরক্লে, "ফরে, ইবো, অদুদি নঙসু নথৌ তৌজ-রুরো।" ভদ্রসু শ্রীযুৎপু খুরুমজরম্লগা মাগী মথৌ তৌফম মান্দোপ তান্না থুনা য়াঙনা খোঙশাল্লক্লে।

ভদ্রনা মপুক্রী'দা মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি, "শ্রীযুৎনা ঐগী ইচা নিংথেম কৌই হায়রগা য়ানীংদবা উৎলিবসি কঁরিগী ওইরিগত্রা ? ইচাবু মশক য়েংবীগেস্ সু তাকপীরকই।" ভদ্ খম্নী'ঙাই খন্না খল্লে। মাগী মথৌ লাই য়েক্লিবা অদুদা অমুক শুনশিনল্লে। ভদ্গী সেবক কয়াস্সু লাই য়েপ্রিবা অদুদা য়াওরি। ভদ্রনা মাগী সেবকশিং য়েংলগা হায়রকই, "ঙসি শ্রীযুৎনা ঐবু কৌবগী মরমদি অতৈ করিস্সু ওইরমদ্রে, ঐগী ইচানুপ নিংথেম্মু কংলক-ইনে, মহাকপু সনা কোন্নুংদা পুখৎলকউ, ইচাগী মশক্তু মঙ্গিংগা চানদ্রা সনা মীৎয়েং তাবিগে তাকপীরকই।" সেবকশিং অদুনা হায়রকই, "ওঝা, শ্রীযুৎকী রাখল অমা লৈরমগনি। অদুনা সনা মীৎয়েং তাবিগে হায়বিরক্লিবনি।" অস্সুম তৌনা মহৈ মহৈ ঙহাক পুম্নোই অমমুক লাই য়েক্লগা মযুম মায়কৈ পাংনা খোঙশারক্লে।

নোং ঙাল্লে। নোংখি নোংমংবা অমুক ওইবনা কোরৌ-হন্বস্সু লৈচিল্লক্তা লোৎখিদুনা মাগী লৈজবী মঙাল উৎলক্লে। ভদ্রনা মচা নিংথেম য়েংলগা হায়রকই, "ইবো, ঙসিদি ইবানী সনাকোন্নুং কারুবা তারি। শ্রীযুৎ খুরুম্মুসি। শ্রীযুৎনা নঙবু পুবিরকউ, ইচাগী মশক য়েংগে তাকপীরকই। ঐনস্সু হয়েংগী সুমিত্তা ননাই ইচা অত্তু শোয়দনা পুজরকে খুম্নম্মী।" নিংথেম মপাগী রাতু তাবদা করিবু ওইরিগত্রা খল্লি। অঙাংগী রাখলনা খুম্নকই, "হোয়, তাতোন, চৎলুসি। ঐস্সু সনা কোন্নুংদা চৎ-নিংই।" ( ভদ্রগী মচা পুম্নমক মঙোন্দা তাতোন ঙাক্তা কৌই। ) মপা-মচা মকি-মরোল হোংদোক্লদুনা সনা কোন্নুংদা কাননবা শেম শাদুনা সনা কোন্নুং তম্না যাত্রা তৌরক্লে।

মপা মচা বারী শানা শানা লাকপনা সনা কোমুং য়ৌরে। মপা মচা অনিমক হৌনবী ব্যবহার তৌহুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা শংত্রিক য়েংলগা হংবিরকই, "ইবুংঙো, নঙ লাইরিক কয় য়াম্না তম্লে?" নিংথেম্না শ্রীযুৎপু ক্কিনা য়েংলগা নোল্লুক্না খুমজরকই, "ননাই ঐ মৈনার ক্লাস ফাওবা য়ৌরে। শ্রীযুৎনা হায়রকই, "য়াম্না তম্লেদনা; অদুদি ইবো, ঐ থবক অমা পীরগেদনা।" ভদ্রনা মরক থৎলগা হঙ্গৎ চরকই, "আচ্ছা, ননাইসি অঙাং খরা ওইমল্লি, থবক তৌহনখিরোই খঙ্গে।" শ্রীযুৎনা মথা তানা নিংথেমলোমদা ওনশিন্দুনা হংলকই, "মুপামচা, নমিংদি করি কৌই?" নিংথেমনা য়াম্না কিন্না খুমজরই, "ননাই ঐগী মিংদি নিংথেম কৌজে।" মতু হেক খুম্লকপদা শ্রীযুৎনা হায়রকই "হায়, ইবো, নঙগী নমিং "নিংথেম হায়বসি কোমুং মমুং অসিদা কৌবা য়াদে। কোমুং মমুংদা কৌবা য়াবা মিংদি অমা থোল্লগে।" নিংথেম তুমিন্না অদুম্মক তানা তায়। শ্রীযুৎন হাংরকই; ইবুংঙো নঙগী মিংদি "কমু" কৌকো হায়না মমিং থোম্বিরে। অদুগা অমুকম্তু মথা তাক-পীরকই; "নঙগী মিংসিদগী হৌনা ইস্কুলদসু অদুম্মক কৌহল্লুকো। ইস্কুলগী বোয়দা ইরিবা নমীং অতু কালু ওন্থোকউ।" অসুম তৌনা মপামচা শ্রীযুৎপু খুরুম্লগা মযুম মায়কৈ পাংলক্লে।

নোংঙাল্লগা নিংথেম্না ঙবোং অমা ইল্লগা খুদৈ মচা অমা শেৎলগা লাইরিক খরা নাকন্দা চপ্লগা ইস্কুল কাখৎলক্লে। বাবুপারাগী মনাক্তা লৈবা ইস্কুল অসি নিংথেমগী য়ুমদগীদি

খোইদোক্লা নক্লবা নত্তে। খোঙনা চৎপনি, মতম খরদি অত্ত-ম্মক চঙই। মানা লেপ্তুনা চৎশিল্লকপনা ইস্কুল য়োরে। নিংথেম্না ওঝাবু খুরুমজরগা হংগৎচরকই, "ওঝা ইবুংঙো, ঙসিদি ননাই করিগুম্বা খরা হংগৎচগে।" "করিনো? নিংথেম, নঙনা হায়নীংবা অত্ত হায়য়ু" হায়বীরক্লবদা নিংথেম্না হায়রকই, "ওঝা ইবুংঙো, অসিনি, ঙরাং শ্রীযুৎ মহারাজনা ননাই ঐবু সনা কোম্মুংদা পুবিরকউ হায়দুনা ননাই ঐগী ইপাদা সনা য়াথং তাপীরকই। মদুদা ননাই ঐস্তু ইপাগা লোয়ননা সনা কোম্মুংদা চৎচরুই। শ্রীযুৎনা ননাই ঐ ক্লাস কয়াদা তয়ে হংবিরকই ননাই ঐনা মৈনার ক্লাস ফাওবা তমজরে খুমজৈ। মদুদা শ্রীযুৎনা থবক অমা পীরগে তৌরো হায়না তাকপী; অদুবু ননাই ঐগী ইপানা অঙাং ওই-মল্লি হায়দুনা য়াদ্রে। মদুতা নত্তুনা নানই ঐগী ইমীং করি কৌবগে হংবিরকই। ননাই ঐস্তু তশে'বদু তাকচৈ। মদুদা ঐগী মিং নিংথেম হায়বসি কোম্মুং মমুংদা কৌবা য়াদে, কালু কৌ হায়না শ্রীযুৎনা তাকপীরকই। মসিদস্তু নত্তুনা ননাইগী মিং অসি ইস্কুলদস্তু কালু কৌ, বোয়দা লৈবদুস্তু কালু ওম্মোকউ হায়না সনা য়াথং তাকপীরকই।" নিংথেমগী রাকৎ অসি তাবদা ওঝা পুন্নমক খন্নরে, "ঐখোয়না মাগী মিং অসি ওম্মোক্তবদি রা খোক্লরগনি।" অসি খন্নরদুনা নিংথেমগী মিং রেজিষ্টারদা "নিংথেম" হায়না ইবত্ত ককথৎলগা "কালু" হায়না ইশিল্লে।

ভদ্রগী য়ুমদা শ্রীযুৎ মহারাজগী পুলিসশিংনা ভদ্রগী তরুক-শুবী মচানুপী ইবেমপিশক কোয়বা ইতৎ-তত্তনা চঙলকই। ভদ্রনা পুলিসশিং অদুদা চঙলকমু. পামদে হায়দুনা ইতৎ-তত্তনা হায়হুনা মখোয়বু চঙহন্দে। ঙসিদি পুলিসশিং অদুনা ভদ্রবু খঙহন্দনা লোম্ন হুবান্দুনা চঙলক্লে। পুলিসশিং অসিনা অস্নম্না হূরান হূরান্দুনা চঙলকপসি ভদ্র খঙলমদবদগী খঙলক্লে। চাননা শাওরে। মপূক্রিংদা খল্লী, "করি উপায় লৈরি? করি তৌরগা পামজদ্রবা পুলিসশিং অসি চঙহল্লোই।" খনবগা তৌবগা মাম্নরবা ভদ্রনা শাওনা মফি তনহোং হোংদোক্লগা, থুনা য়াঙনা সনা কোন্নুংলোমদা তমখ্রে।

শাওনা-শাওনা খোঙকাপ লাউনা, লাউনা থাংলকপনা ঙহাকী মনুংদা সনা কোন্নুংদা থুংঙরে। শ্রীযুৎপু খুরুমজরগা য়াম্না শাওবগী মওং ওইনা হঙ্গৎচরকই, "আজ্ঞা, ননাইনা করি শুম্বা পেন্দবা অমত্তা সনা চরন্দা হঙ্গৎচগে।" শ্রীযুৎনা হংবিরকই; "করি হায়নিংবা হায়য়ু। হায়য়ু তাসি, করি নিঙবা থুংদরে।" ভদ্রনা পুক্নৌ-বারোনা খুমজরকই, "আজ্ঞা, ননাই ঐগী য়ুমদা শ্রীযুৎকী পুলিসশিং অসি ইতৎ হেক তত্তনা চঙলকই। ননাই ঐনা পামজদে, লাকমু হায়দুনা তৎতনা হায়জে। অদুবু হায়জৈ হায়বত্তু মঙায়; হূরান-হূরান্দুনা হেক্তা মরাকই। শ্রীযুৎনা

সনা য়াথং তাকপীদুনা ননাইশিং অসি চঙবা থিংবিদ্রবদি, ননাই ঐনা শ্রীযুৎকী সনা থৌগল তৌদুনা ননাই ওইরিবসিদি করিমত্তা কাম্নদ্রে।" সোমদা কোয়বা চৎলুবা পুলিসশিং অদুনা ভদ্রনা শ্রীযুৎকী মফমদা হঙ্গৎখ্রে হায়বা পাও অসি হেক তাবদা য়াওরুবা পুন্নমক লোত্তুনা লৈনখ্রে।

শ্রীযুৎনা খল্লি, "ঙসি ঐনা ভদ্রগী ৱাকৎ অসিদা করিম্ম তৌদ্রবদি মানা ঐবু শোয়দনা ৱারোঔগ্রগনি" খল্লদুনা শ্রীযুৎনা ভদ্গী মমাঙ অদুদা পুলিসশিং অদুগী মমিং মথা পন্দুনা খরা কৌরে সনা নাক্কা, পুলিসশিং অদু য়াম্না নোল্লুক্না সনা নাক্কা পরেং শানা লেপ্লরে। শ্রীযূৎনা পুলিসশিং অদুদা ওনশিল্লগা হংলকই, "নখোয় কনা কনানো ভদ্রগী য়ুমদা কোয়বা চৎলুই হায়বদু?" পুলিসশিং অদুনা "ননাই ঐখোয়দি য়াওজদে, চৎচরুদে।" খুমই। অদুদগী শ্রীযুৎনা কাম্নরোই খল্লদুনা ইশম শাম্না ভদ্গী মমাঙ অদুদা সনা য়াথং তাকপীরকই, "ঙ্করে, ঙসিদি ঙসি ওইখ্রে। মতুং মনাওদি নখোয় খুদিংমক ভদ্গী য়ুমদা চৎলুবা, কোয়রুবা য়াদেকো। করিগুম্বা সনা য়াথং হীঙ্কোক্কুনা চৎলুবা থোক্লবদি দণ্ড চাউনা পীগনি।" ভদ্রস্থু শ্রীযুৎপু খুরুম্নম্নগা হাইক্কেৎ নুংঙাইনা মরাময়াই তম্লক্লে।

মতম খরদি ভদ্রগী য়ুমদা পুলিস অমা ফাওবা চঙবা ভম্নদ্রে। অদুবু ঙসিদি ইখঙ খঙহৌদনা শিব-নাবা কিদ্রবা, মৈতৈশিং চঙদবা পুলিস অমনা ভদ্রগী মচানুপী ইবেমপিশক পুদুনা চেনখ্রে। মচানুপী চেথিবা অসিদা ভদ্রগী তালোই মোইথাপস্তু

হায়নিঙাই লৈতনা য়ারে। ভদ্রস্থ থিবা য়াবা মখৈ থিরে অনকপা মফমদদি মকংদ্রে। চেনখিবা মখোয় অনিমক মমা মপা অমদি মখোয়বু থিরিবা খুদিংমক্লা ফংদনবা কম্না লোৎপা হোৎনরি। মখোয় অনীনা খম্নরে মতুদি মখোয় অনিনা মনিপুরদা লৈরবদি শ্রীযুৎকী মনাই-মশন, পুলিসনচিংবা য়াওনা মায়কৈ শীন্না থুংনা শন্দোক্লুনা থিরগা মখোয়বু ইরায় লায়না ফাগ্র-গনি। মসি খল্লদুনা মনিপুর থাদোক্লুনা ব্রহ্মারোমদা খোঙশাল্লক্লে।

ভদ্রনা মচা মুপীগী লৈফম খঙদ্রদুনা সনা কোম্লুং তম্লক্লে। ভদ্রনা ফিংনা চঙলকপা উবদা শ্রীযুৎনা হাম্না হংবিরকই, "ভদ্র, করিগীনো নঙনা ঙসি হাথু হাথু ফিংনা লাকপদি?" ভদ্র ফিংনা অদুম্মুক খুমই, "আজ্ঞা, ননাই ঐগী ইচানুপীবু শ্রীযুৎকী পুলিস অমনা পুদুনা চৎখ্রে। করি তৌনি সনা য়াথং তাকপীরো? শ্রীযুৎনা মনাইবু থেমজিনবা ওইনা হায়বিরকই, অদুদি, ইবো য়াবা হৌনদে। ফাদোকসি হায়থরা করি তৌসিগে?" ভদ্রনা হায়রকই, "আজ্ঞা, পুলিসতু ননাই শুকপাম পামজদে, ফাদোক-চগে।" শ্রীযুৎনা মথা তানা তাকপীরকই, "ফরে, ইবো অদুদি ফাদোক্লবা ঐনা শোয়দনা তৌগনি। নহার্ক য়ারুগন্থ।" শ্রীযুৎনা পুলিসকী মকোক ওইরিবা অদুদা সনা য়াথং তাকপীদুনা কৌহ-ল্লরে; অদুগা হায়রকই, "নঙগী পুলিসশিং অদু চেক তৌশিল্লু। কনা কনা য়াৎলি য়েংশিল্লু; অদুগা অয়াৎপা মীশক অদুগী মমিং মথা ইরগা ঐঙোন্দা পীরকউ।" পুলিস অদুনা সনা য়াথং ফংলদুনা অপনবা লৈতনা দবল বেঙ্গল খোংগক্লুনা

পুন্নমক কৌশিল্লে। পুলিস ময়াম অদুগী মম্নুংদা অমা রাৎলে। রাৎলিবা মীশক অদু ভদ্রগী মচাইবেম্মা পুখিবা পুলিস অদুনি। পুলিসকী মকোক অদুনা পুলিস অদুগী মমিং মখা ইশিল্লগা শ্রীযুৎকী মফমদা কৎচরে। শ্রীযুৎনা শাওনা সনা য়াথং তাকপীরকই, থীল্লগন্নু। কদায় কদায়দা লৈবগে হায়বদু কুপ্পা থিরো।"

পুলিস ৫/৬ না মনিপুরগী মফম খরদা মুমিৎ ৫/৬ নি চুপ্পা থিরে, মফংবা লৈতে। মখোয়না থিবা ফংবগী উপায় উদ্রবদা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎচরে, "শ্রীযুৎ ননাই ঐখোয়না মফম অয়াম্বদা চত্তুনা কন্না থিবা হোৎনজরে, অদুবু মফংবা লৈত্রে। করি উপায় লৈরি?" শ্রীযুৎনা সূনা য়াথং তাকপীরকই, ইবোশা. অদুদি ব্রহ্মারোদা টেলিগ্রাফ তৌ, মদুদা খঙবস্নু য়াই। ঐনা তাবা পাউদগী হায়রেৎ থাজবা অমা লৈ।" পুলিসকী মকোক ওইরিবা অদুনা মথং মথং ব্রহ্মারোমদা হংনরে। মদুস্নু মফম খঙত্রে।

মখোয় অনিদি মতম অদুদা পলেন লমদম লাম্হোলক্লে, তেংনৌপল লানশিল্লক্লে। অদুদগী অমুক কোংখাম হাওখুন লাম্হোক্লে, মথংদা হৌজিক্কী মতমদা কোন্দোং লাইরেম্বী হায়না খঙনরিবা, মমাঙদৈ শ্রীযুৎকী সনা হাওনা খুনথোং লাইরেম্বী হায়না খঙনরম্বা মপাদু হেন্দোক্লক্লে। মথং মথং তুমু লানশিল্লক্লে। অদুদগী অমুক অক্লো চীং কাখৎক্লে। পুলিস ৩/৪ নদি অরেপ্পা লৈতনা মখোয়বু তান্নরক্লি। হৌজিক ফাওবা মখোয়

মকম অসিদা লৈ হায়বা খঙদ্রি হায়না মথং মথং পাউ পীনরক্লে। পাউদি অরেপ্পা লৈতে, অদুম্মক ইখঙ খঙলৈ।

মখোয় অনিনা অঙ্গো চীং হাইগৎলক্কুনা অঙ্গো চীংগী ময়ায় বঙ্গদা লৈরে। মখোয়না খল্লি, "পন্দুনা লৈবা য়াবা নত্তে।" হৌজিক মখোয়বু অরেপ্পা লৈতনা তানশিল্লক্লি। পম্থবা তৌদনা মখোয়না ব্রহ্মাগী মনুং য়ৌশিল্লক্কুনা নিংথি ভুরেন মপান্দা তারিবা খুন অদুদা থুংগুরে। খুন অদু চেত্তাং কৌই। চেত্তাং খুন্দা সুমিৎ ৩/৪ নি চুপ্পা জহাজ কারকপা ঙাইদুনা লৈরে। মরিনি চম্বা লৈবাকপোকপা সুমিত্তা জহাজ কারক্কুনা জহাজদা তোংলগা মথারোমদা হাইথরক্লে। মোলাইজিলাদা য়ৌরে। মকম অদুদা জহাজ থাংবদা মখোয়স্থ কুমথহৌরে।

শ্রীযুৎকী পুলিস ৩/৪ না মখোয়বু তাল্লকপসিস্থ লেপ্পা লৈতে। মখোয়না মকম অসিদগী মকম অসিদা য়ৌগ্রে, চৎগ্রে হায়বা পুম্নমক কুপ্পা শেম্নদুনা তাম্নরক্লি। অম্থুম্না তাম্নরকপনা পুলিসশিং অদু চেত্তাং থুন্দা য়ৌরে। মখোয়না মকম অদুদা সুমিৎ খরা লৈখোক্লগা মখোয়না চৎখিবা মাইকৈদু কদোমদনো হায়বা পাউদু কুপনা লৌরে। মখোয় অনি মোলাই জিলাদা লৈরে হায়বা পাউসি লোম্না ফংবা পাউ অমগী মতেংনা খঙলে। মখোয়দু থিল্লিবা পুলিসশিং অদুনা শ্রীযুৎতা পাউ তনপী পীরে, "ননাই ঐখোয় হৌজিক তেক্ক কায়দনা চেত্তাং খুন্দা লৈরি। অদুগা চেনখিবা মখোয় অনিদু মোলাই জিলাদা লৈরে হায়বা পাউ ফংজরে। মরম অদুনা হৌজিকমক ঐখোয় মোলাই জিলাদা চৎনবা শেম শাজরে।"

পম্বদনা পুলিস ৩/৪ অদুনা কবো খুললক্ত ফাওদুনা লাক্লগা ৪ নি চম্বা সুমিত্তা পান্দাদা থুংঙুরে। পান্দাদা সুমিৎ নিনি লৈথোক্লগা পাউ লৌরে। মোলাই জিলাদা লৈরে হায়বসি খঙলে।

পুলিসশিং অদু নম্বো য়াল্লদুনা মোলাই জিলাদা যাত্রা তৌরক্লে। মখোয়না মখারোমদা নোংমা চঙনা চৎলগা নিংথি খোঙবান্দা তাবা কেন্তাক হায়বা খুন্দা থুংঙুরে। কেন্তাক হায়বা খুন অসি মৈতৈগা কবোগা য়াম্না তাবা খুননি। মকম অসিদা তারিবা মৈতৈশিং অসি মমাঙউদা অৱানা ফাখিবা মী খরগা, মরম্নাই ললোন ইতিক তৌবদগী মতু-মচা পুশিনদুনা লৈখিবা মীওই ওাক্তনি। পুলিসশিং অসিনা কেন্তাক্তা অহোং অমা লৈরে। নোং হেক ঙানবগা মোলাই জিলাদা যাত্রা তৌরক্লে।

মতম খর হৌখ্রে। ভদ্রগী মচাইবেম্মা, ইবেমপিশক মোলাই জিলাদা নাদুনা লৈরম্লে। চেনবা য়াদবদগী পুলিসশিং অদুগা থেংনরে। মখোয় অনীমক ফারে। ভদ্রগী মচাইবেম্মা ইবেমপিশক্না নাবসি য়াম্না কন্না হেক্তা নারে। অনাবদু পুদুনা চৎলবদি লম্বী লমথাংদা ফত্ত-মুংদা থোক্লবা য়াই খন্নদুনা সুমিৎ ৪/৫ নি চুপনা লাইকন্নদুনা অনাবত্ত হোৎনদুনা লৈথোক্লে। সুমিৎ ৫/৬ নিগী মতুংদা অনাবসি খরা খরা ফরক্লে। চৎপা ঙম্লগনি হায়নদুনা খরা চৎলগা খরা পোত্থা তৌদুনা লাক্লে। অসুম তৌনা পুরকপনা চেতাংদা য়ৌরক্লে। চেতাংদা সুমিৎ ৩/৪

পোথাদুনা লৈথোক্লে। নোংঙাল্লগা অমুক লাকপনা মরিনি চনবা সুমিন্তা অঙ্গো চীংগী ময়ায় বঙ্গালাদা থুংঙ্গরে। অঙ্গো চীংগী ময়ায় বঙ্গালাদা মীনী হুপ্পী লৈথোক্লে। অদুদগী অমুক কুমথরকপনা মরিনি চম্বা সুমিন্তা অঙ্গো চীংগী চীংখোঙদা লৈবা মতাই বঙ্গালাদা থুংঙুরে। মকম অদু য়োৌরবদি তুমু বজার য়োৌগদবা মাইল ৫।৬ রোমদমক ঙাইশিল্লক্লে। মতাই বঙ্গালাদা নোংমা লৈথোক্লে।

নোং হেক ঙানবগা তুমু বজারলোমদা যাত্রা তৌরক্লে। অসুম লেপ্তুনা চৎশিল্লকপনা তুমু বজার য়োৌরে। তুমু বজারদা অহীং অমা লৈরগা পোথা-পোথা লাকপনা তুমুগী লোকচাউ লানশিল্লক্লে। অদুদগী খোংথাঙ হাওখুন্দা য়োৌরক্লে। মথং মথং লাকপনা তেংনৌপল লাম্থোক্লক্লে। হাওখুন মচা পুম্নমক লাম্থোক্লক্লে; অদুদগী মনিপুর তম্পাকলোমদা তম্লক্লে। পলেন থানাদা অহিং অমা লৈরগা, লেপ্তুনা লাকপনা ইম্ফালদা য়োৌরে, সনা কোন্নুংদা থুংঙরে। শ্রীযুৎ মহারাজনা মনাই মশন থাদুনা ভদ্রবু মচাইবেম্মা য়োৌরক্লে হায়দুনা সনাকোন্নুংদা কৌখৎহল্লুরে।

ভদ্রনা মচাইবেম্মা য়োৌরক্লে হায়বা পাউ হেক ফংবগা মফি মরোল হোংদোক্লগা থুনা য়াঙনা সনা কোন্নুংলোমদা তম্লক্লে। ভদ্রনা মচাইবেম্মা ঊরগনি হায়বগী রাখলনা, অমরোমদনা পুলিস অদু শাউনীংবগী সুংনাংবনা সনা নাক্তা মশা পান্দুনা পাইনীংলকই। সনা নাক্তা মানা ঙম্বা উপায়না থুনা ময়োৌরগে থল্লদুনা চেন্না-চেন্না লাকপনা ঙহাক্তী মনুংদা সনা নাক্তা থুংঙরে। লম্বী

অচৎ-অওক্লা ভদ্রগী মতৌবু ঙক্লা য়েংনহৌই। অদুবু ভদ্রদি মচাইবেম্মা উনীংবগী থাখলতনা লাঙতরদুনা মখোয়শিংগীদমক থোইদোক্লা খল্লুদে, নাচুংবিদে।

ভদ্রনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা সনা য়াথং তাকপীরকই, "ভদ্র, নঙগী নচাইবেম্মা য়ৌরক্লে; অদুনা নঙ হৌজিক করি তৌবা পামই?" ভদ্রনা খুমই, "আজ্ঞা, ননাই ঐহাক করিমত্তা পামজদে। ইচানুপী অদুতা পীনবিয়ু।" শ্রীযুৎনা মখা তানা ফাগি ওইনা হায়রকই, "ইবে', কাম্নদেনে। নচানুপীসি মতম খরা চেল্লুরবনি। অদুনা পুলিস অসিদা পীথোকপ্রসিদনা?" ভদ্রনা য়াম্না থাৱৌনা খুমই, "আজ্ঞা, ননাইগী থোগল্লোন কায়বা তারগম্রা? ননাইনা খাইদগী পামজদবসি পুলিস, সিফাইনা মরোইরে, অতৈ অমা লৈত্রে। শ্রীযুৎনা মসিমদি কৃপা তৌবিয়ু।" ভদ্রনা অস্তুক য়াম্না য়ানী'দবগী মও'ডু উবদা শ্রীযুৎনা হায়বীরকই, "ফরে, ভদ্র, নঙগী নচাইবেম্মসি পুত্রনা চৎপ্রোদনা? নঙ করি হায়রি?" ভদ্রনা খুমই, "মত্তনি ননাইনা পামজবস্ত।" সনা য়াথং মতুং ইম্না ভদ্রনা হরাওনা মচানুপীবু পুত্রনা মযুম মায়কৈ পাংলক্লে। নিংথৌগী পুলিস অদুস্থ মতীক চাবা দণ্ডি অদুম্মক ফংজখ্রে।

য়েংবদা মীৎকম হোংদনা নীংথিজরবা সনা শঙ্গায়নি। নিংথৌমচা ১ ওইবগী হৌনবী করিমত্তা বাত্তে। হৈপাল লৈপাল, মনা-মশিংশিংতনা থন্না হৌরবা, চাওরবা ঈংখোলনি। মচি মচিদা হৈপালতনা থন্না হৌদুনা ইংখোলগী ফজব হেনগৎহল্লি। ইংখোলগী মচি মচিদা মথল মথেলগী মনা-মশিং, য়েনশাং-নাপী মরাঙ কায়না থায়। অসিগুম্বা সনা ইংখোল অসিদা ওসিদি ভদ্রগী ইরোইনা চঙদুনা নীংথিনা শেম-শাদুনা থারবা মনা-মশিং য়েনশাং-নাপীদু খর চাথোক্লে। মচাইবুংঙোগী মনাই মশনশিংনা উরক্লে। ইরোই মপু থিগৎলক্লে। ফনা থিরে; মপু খঙদ্রে। মমৈথংদা ইরোই মপী মচা অদু ফাজিন্দুনা থম্লে। ময়াম্বুং ইবুংঙো চুম্ব্রাসিং ময়াম্না সনাখ্বা অহল হায়না খঙনবা ময়াম্বুং ইবুংঙোদা হংগৎলুরে। ময়াম্বুং ইবু ঙো চাননা শাওরে। কনাগী ইরোইনো; হৌজিকমক ফাজিল্লু, থাদোকখিবা য়াদে হায়দুনা সনা য়াথং তাকশিরে। অসুম থিগৎ-লকপদা, মচাইবুংঙোনসু ইরোই মপী মচা অদু ভদ্রগীনি হায়বা খংলে। ময়াম্বুং ইবুংঙো শাওরম্বদগী মপান থোক্লা হায়রক্লে. "করিগীনো মাগী ভদ্র হায়বসিনা তৌরিবসে? নোংমতসু নত্তে ইতং হেক তত্তনা, লোইদি লোইশিন্দনা ইংখোলদা থাজিল্লিবা। মানা তৌগে হায়দুনা তৌরিবা জাৎলা? ঙসিগী সুমিত্তা খঙগনি। কনা-মত্তা ইরোই থাদোকপা য়ারোই।" ময়াম্বুংইবুংঙো কিবদগী কনামত্তা ইরোই অদু থাদোকপা ঙম্রে। মচাইবেম্মশিংনসু মপাইবুংঙোনা

করি হায়রকপি হায়বগী কিংনা মখোয়নস্থ থাদোক্লে। অস্তুম তৌনা ইরোই মপী মচাদু নুমিৎ তারবা ফাওবা ফাদুনা, থাদোক্লনা থম্লে।

অসোমদনা ভদ্রনা মপুক্লীংদা মতোমতা থল্লি, "করিনো ঙসি অসিবু নুমিৎ তারফাওবা ইরোই কারক্লিবসিবু? করি তৌগ্রবা ঙাংনো?" মচাশিংদা হংলে। কনামতা থঙদে, লাক্লে হায়না হায়রে। করম্নো, ইরোই মপীমচা অসে মাঙবা তারব্রা হায়না অমুকস্থ থল্লি। অস্তুম্না থম্ন থম্না মায়কৈ খুদিংদা থিরক্লে। মমৈথংদা মাগী ইরোই মপী মচাদু সনাখ্বা অহলগী ইংখোলদা চঙলুবদগী ফাদুনা থম্লি হায়বা পাওসি তারে! করম্নো হায়না থল্লি, অদুবু হেক্তা ঙম্নবা লৌরুনি হায়দুনা নিংগ্রি থোক শেৎচিল্লগা শাক্লে অমা পায়শিল্লগা পরপ-পরপ, খুনা য়াঙনা সনাখ্বা অহলগী মরান-য়াই তাম্না খোঙশাল্লক্লে।

ভদ্র ইথৌ থৌশাদনা ইরোই মপীমচা লৌগে হায়দুনা সনাখ্বা অহলগী মরানয়াইদা পরপ-পরপ চঙশিল্লি। খুদক অদুমক্তদা সনাখ্বা অহলনা থংলাও লাওরকই, "ইরোই লৌবা য়াদে, ইরোইনা চাখিবা পুম্নমক শিংগদবনি, অদুগীস্থ মথক্তা ইরোই মপুবু দণ্ডি তৌগনি।" থাক্লেশেংনা ভদ্রগী গত্তি লৈরকত্রে। করম্নো ঙসিসি হায়না থম্দুনা ঙহাক মরু লুকথরগা বাখল থনবা হৌখরে। মতম্নদি লেপ্তুনা চৎখিবনা নুমিৎ ফনা থেঙজিল্লক্লে। মদু ফাওবদা ইরোই মপী মচা পুত্রবদি ময়ুমদা হল্লরোই হায়দুনা অতুম ফমদুনা লৈথোক্লে।

ঙহাক পুক্লোই অমরোম ফম্নবা মতুংদা ভদ্র উপায় উবকত্রদুনা

চংলগে হায়দুনা থম্লক্লবা মতম অদুমক্তদা মচা ইবেম্মশিংনা ভদ্রগী নাক্তা চঙশিল্লগা কাপি ওইনা হায়রকই, "হো ইপু, নঙগী ইরোই অসে থাদোকপিরগে ইপুগী নাতোন খোংবা অদু অমুক্তা খোংলম্মু।" মচাইবেম্মশিংগী রাঙাও অদুদা ভদ্র থাঙ্গৈশেংনা থাজরে। মোনোন নোক্লগা হায়রকই, "হোয়নে, ইবেম্মশিং, ইপু নাতোন খোংগে। ইপুগী ইরোই মপী মচাদু থরা থাদোকউনে। ইপুগীসু গতি লৈতরেনে।" মচাইবেম্মশিংনা হায়বা মতুং ইন্না ভদ্রনা মনাতোন অদু মেনশিল্লগা কম্না হোনা খোংলক্লে। মচা ইবেম্মাশিং অদু রা-রা লাউনা নোকচৈ। ভদ্রগী নাতোন খোংবা হায়নরিবনি, হৌবস্ত য়াম্না হৌই। অসুম তৌনা মচাইবেম্মশিংনা ভদ্রবু নাতোন খোংহনবা অদু মপাইবুংঙো সনাখ্বা অহল তারক্লে। সনাখ্বা অহলনা কন্না চৈরক্লে, "তৌরেনে মাগী ভদ্র হায়বা অঙাওবসে। কনা কনানো? ঙসি লৈরম্মু, থঙগনি। মচাইবেম্মশিংদা ওনশিল্লগা অমুক হায়রকই, "থাদোকপ্রোনে মাগী ইরোইসে; তানিংদ্রেনে।" মচাইবেম্মশিংনা মপাইবুংঙোগী রাদু হেক তাবদা পরপ-পরপ চঙশিন্দুনা ভদ্রগী ইরোই অদু থাদোকচরে। ভদ্রনা হায়ফেতুং মোমোন নোক্লগা মাগী ইরোই অদু হোইদোকচরে। মচাইবুংঙোনা ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ইবো থঙলেদনা? মতুং মনাউদি ইরোইদো চঙহল্লকমু। ঙসিদি ঙসি ওয়রে।" ভদ্রসু তুমিন্না ইরোই মপী মচাদু হোয়দুনা মযুমদা সুংঙাইনা হল্লক্লে।

সুমিৎ থরা হৌরে। ভদ্রগী সেবক সাথা থরসু লৈরক্লে। শগোলবন্দগী হুইরেম তোম্বা, ললাবুং মখোঙদগী মাইবম য়াইমা

য়োংলান্দগী কোইকম ভারত, চীংচামথা, মৈস্রাম লৈকাইরকী মৈস্রাম ইবোবী অসিনচিংবা সেবক সাথা থরস্থ মতুং ইরক্লে। ঙসিস্থ ভদ্র থোইদোক্লা অকে অমৌ য়াওক্রবা কপক্রেং কী অমনা কৌদক্লা শেংলগা ফুরিং মকক্ অমা লৌথিল্লগা সনা কোম্মুং তল্লক্লি।

হৌনবী ব্যবহার তৌদুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা মনাই ভদ্রবু য়েংলগা তাকপীরকই, "ভদ্র, নঙ থোইরেন্তাক্তা থবক্তা কৈ কাবগী মতাং, মগুং অহ য়েকউদনা।" ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞা, শ্রীযুৎকী সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াবা নত্তে। ননাই অদুক য়েক্তুনা ময়েংজগে। শ্রীযুৎকী কৃপা লৈরবদি ননাই শোয়দনা ঙমজবস্থ য়াই।" শ্রীযুৎনা মথা তানা তাকপীরকই, "অদুদি ইবো, কয়ে, শোয়দনা য়েক্লোকো।" অস্থুম্ন ঙহাক রারী-রাতায় শানয়বা মতুংদা ভদ্রস্থ মরানয়াইদা কল্লক্লে।

কোয়োহনবস্থ মাগী 'লৈজবা মৈশাগা লোয়ননা কোক্তোন চপয়ুংনা কাথৎলক্লে। কোরোগী মৈশানগা শাবনে, মীপুম খুদিং-মক মশাদা মফি থোঙনবা ঙম্মদ্রে। ভদ্রস্থ খুদৈ মচা অমা য়ানশিল্লগা মাগী লাইয়েককমদা ফমদ্রে। ঙহাক রাথল তৌই, মথুং মশাদি ময়েপ্তে. করিগুম্বা রাথল অমদা উংবনুরা, নত্রগা করম্বা ফিজম ওইরকপনো, রা লান ঙাঙদনা ঙহাক মরু ল কথ-রগা ফুমিন্না লৈদ্রে। কনাগুম্বশিংনা ভদ্রগী অসিগুম্বরা মগুং মতৌসি উরবদি শোয়দনা করি তৌরবনো হায়দুনা চিংনফম থোক্লমলি। ঙহাক মরু লুকথরগা অমুক মোমোন নোক্লগা

মাগী য়েক্লিবা লাই অত্থুদা মপুক্লিং অমুক থম্লে; য়েকপা হৌরে। ভদ্রনা মতোমতা শোৎক্লে, খোইরেন্তাক্তা খম্বা, নোংবান কৈ কাবগী মওং অসি অসুম্না হেক্তা ময়েক্লগে, হৌদোং অচৌবা অমা, অদুসু অশিবা, কৌদোংগা কৈগা মশক মাম্লে চাউথ-দনি থেম্নবা, থম্বা চাউনা নাপ লৌরগা মম্না কবাক খম্বা, মখোঙনা অসুম্না থম্নবা, খম্বা নোংবান হায়বত্থুনা নহালম্বাই ইবুধৌ থাংজিং হরাউবা চৎলুবদা, উম্নকপা শক্তমত্থু লৌরগা মাম্নবা হেক্তা মম্লেক্লগে।"

ভদ্র, ঈরু মায়থকত্থুনা চাক ঈশিং হোৎনত্থুনা চারে। কালেনগী মতম ওয়বনা মীপুম খুদিংমক মশাদা কী থোংনিংদবা মতমনি। চাক চাবা তোকপগী খুদৈ মচা মন্তকপা অচোৎপা অমা মরেংবান্দা য়ানশিন্নগা, হীদাক ঙাস্থাক অমা থক্লগা মাগী সেবক সাখা থম্বা ঙাইরি। ঙহাক্কী মতুংদা সেবক সাখা অম্নাম্বা য়োনবক্লে। অত্থুগা ওজাবু খুরুমজৈ। ভদ্রনা মাগী সেবকশিংবু য়েংলগা-হায়রকই, "অতো, ঙসিদি ঐখোয় থুম্বা, নোংবান্না খোইরেন্তাক্তা কৈ কাবগী মওং অত্থু শক্তম লৌত্থুনা য়েকপা তারি, শ্রীযুৎকী সনা য়াথংনি।" সেবকশিং খুম্নরকই, "ওজানা তৌসি হায়রত্থু, ননাই ঐখোয় তৌজগে।" অসুম তৌনা ভদ্রনা মাঙজোননা থনগ্রবা রাখলশিং অত্থু পুথোক্তুনা সেবক সাখাশিংগা তানরে। ঙহাক্কী মতুংদা ভদ্রনা সেবকশিংদা হায়রকই, "নখোয় ঙসিদি য়েক্লিংবা থম্না অত্থুক য়েক্লগা হল্লো। হয়েংদগী য়েকপা হোৌরসি" সেবকশিংনা খুম্নকই "ওজানা করে হায়বত্থু ননাই ঐখোয় য়াজৈ।" অসুম্না ঙহাক য়েক্লরম্লগা মহৈ মহৈ ময়ুম হম্নগ্রে।

নোংঙাল্লে। লৈচিল-নোংকাই থাংব্রবা অয়ুক অসিদা ভদ্র খুদৈ মস্তকপা অমা শেৎ, খুদৈ মচা অমা ইন, বোরা মচা অমা নাকন্দা য়েপ্ত না হৌদোং অশিবা থিবা অহাংবা লম্বাং তম্লক্লে।

লেপ্তনা চৎলকপনা পোয়োমপাৎ য়োয়ে; কোয়থি থিবা হৌরকই। অদুবু হৌদোং অশিবা অমাকাওবা হুন্দোক্লমদয়ে। অপুম্বা শল-অশিবা, হুই অশিবা, শরু শয়াং ঙাক্তা তাদুনা লৈরম্লে। ভদ্রনা মপূক্লিংদা মওল মওল খল্লি, "হুম। ঐনা খল্লুরিবসিদি শোয়রেদনা। কনানা ঐগীদমক হৌদোং অশিবা, শিবদা ঙাই-রিববু হুন্দোকপিরমগনি? ফরে, ফংদ-ফংদরগা ঐগী হৌদোং ৩/৪ লৈরিবসিগী মমুংদগী অচৌবা অমা নমদুনা ফারগা হোৎনবা হায়বদুনি।" কায়ত্রে খল্লদুনা ভদ্রু থুনা য়াংনা ময়ুমদা হল্লক্লে। ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি, মানা পরপ পরপ লাকপদা শিবদা ঙায়রিবা, চাউরবা হৌদোং অমা থেংনরম্মী। ভদ্রু ইঙক ঙকই, ঙহাক খল্লি, হৌদোং অশিবদু পাক পায়দে। ঙহাক মরু লুকথদুনা খল্লি "হৌদোং অসি শিবদা ঙাইরি। ঐনা থিবসিদা ঈশ্বরনা চানবীদুনা পীবিরমাল্লে। অদুগা হৌজিক হৌদোং অশিবা অসি পুদুনা চৎপদা কনাগুম্বনা উপ্রবদি-করি খনখিগনি?" ঙহাক খল্লবা তুংদা হৌদোং অশিবদু, মানা পুরকপা বোরা অদুনা মী উদনবা য়োমশিল্লে। অদু পুদুনা ময়ুম পাংলক্লে।

অয়ুক অসিদা মাগী সেবকশিংসু ঙম্না য়োনরক্লে। ভদ্রনা সেবকশিংনা হায়রকই, "অতো নখোয় ঙম্না য়োরক্লবনিনা ঐখোয় অমুই য়েকপা এহৌরসি। অতো, নঙনা হীদাক-মুংদাক খরা

পুখোবক্লো।” মহৈ মহৈ লাই য়েক্লবা মপোৎ মচৈ পুক্লমক থাংদো-ক্লবক্লে। মহাক্লা মখা তানা সেবকশিংদা হায়রকই, “অতো, নঙনা থুমন মচা খম্বা শাক্লো। অতো, নঙনা অঙোম মচা নোংবান কোংয়ানবা শাক্লো। কৈজোমশিং অদু কুপ্তা কাওহল্লো। নীংথম শমজিন হাল্লো।” অদুদগী ভদ্রনা ভসাই পুরকপা হৌদোং অশিবদু ময়া কবাক খল্লগা, মকম চানা শেমদুনা থম্লে। হৌদোং মমায় অদু খোইরেস্তাকী কৈগী শক্তম লৌদুনা থুমন মচা খম্বগী মবাই কৈরোইজাশ্বারোমদা ওনশিলহল্লে। ভদ্রনা খম্বা শাহল্লিবা, অঙোম নোংবান শাহল্লিবা সেবকশিংদা য়েংলগা হায়রকই, “অতো, নখোয় হৌজিক মকম চানা লেপ্লরো। নখোয়না হৌজিক লেপ্লিবা শুমাঙ অসে খোইরেস্তাকী পাৎয়াইনি, খম্বা নোংবান কৈ ফাবগী মওংনি।” অমুম্না তা পায়দুনা মকম চানা লেপহল্লে। অদুগা লাপ্তক্লা-লেপ্লগা য়েংলে। য়ারনি হায়বা মতম অদুদা হায়রকই, “নাশা য়াম্লা ফজরে. মাল্লগনি। ঐ হৌজিক য়েকপা হৌরগে।” অদুদগী পেন্সিল মতেক অমা পায়রগা মানা খঙজবা, হৈজবা মওংদা লাপ লৌয়ে। খঙলনি, য়ারনি হায়দুনা ভদ্রনা হায়রকই, “অতো ফীরোল হোং-দোক্লো, য়েক্লবা অমুক হোৎনরসি।” অমুম্না ঙহাক য়েকলমলগা ময়ুম ময়ুমদা হল্লম্রে।

নোংঙাল্লে। ভদ্রগী সেবকশিং খুংলয়ে। ওজাবু মহৈ মহৈ ভক্তি কৎলৈ। অদুদগী সেবকশিং অদু হীদাক হানবল্লা হাল্লে, শম্থি শেংথিবনা শেংগ্রে। অমুম্না ওজাগী ইমুংগী খবক ইনথাং ফাওবা মতেং পাংলম্মী। হীদাক ঙহাক থক্লবা মতুংদা ভদ্রনা মাখী

সেবকশিংদ তাকপীরকই— "অতো, লাই য়েকপা হৌরসিদনা।" লাই য়েরুবা মপোৎ মচৈ পুখোক্লুনা লাই য়েকপা হৌপ্রে। অসুম তৌনা সুমিৎ ১৫/২০ নি চঙনা সেবকশিংগা লোয়নননা য়েকপা লোইশিল্লে। হয়েং সনা কোম্নুংদা পুখৎলগনি হায়দুনা থৌরাং তৌরক্লে।

অঙম অথৌ শুনা তিল্লবা সনা কোম্নুংনি। শ্রীগোবীন্দগী থৌগল তৌনবা অহল-লম্মন পুম্নমক ঙম্না তিল্লরে। সনা শঙ্গায়দা শ্রীযুৎ মনাই মশল, থৌগল-লাংগনশিংগী য়াকায়রোলগা লোয়নননা লেংখৎলক্লে। শ্রীযুৎনা মনাইশিংদা মোমোন নোক্লুনা সনা য়াথং তাকপিরকই, "ঙসিদি নখোয় খরা ভদ্রগী মযুমদা চৎলু, মহাক লাক্তবা য়াদে হায়রু। ঐগী মঙদা মাবু উরম্মী। মহাক থোইরেন্তাক্তা খম্বা নোংবান্না কৈ কাবগী শক্তম য়েক্লিবনি মদুসু লোইরম্বা য়ারে। মদুগী মরমদসু হংলকউ।" শ্রীযুৎকী সনা য়াথং ফংদুনা মনাই অনি ভদ্রগী মযুমদা চৎখ্রে।

সুমিৎ মাঙোল ময়াই য়োৌবা মতমনি। ভদ্রগী সেবকশিংনা শেম শাদুনা য়েকপা লোয়রবা থোইরেন্তাক্তা খম্বা নোংবান্না কৈ কাবগী শক্তম অদু সনা কোম্নুংদা পুখৎলসি হায়দুনা পুখৎলক্লে।

ভদ্রনা মাগী সেবকশিংগা লোয়নননা অয়েকপা শক্তমদু পুদুনা লাকপদা লম্বীদা অচৎ অওক পুম্নমক্তা ঙরা য়েংনহৌই। খম্বা নোংবান হায়বদু অসুম্না তৌরমগদ্রা হায়না শোম্নহৌই। অসুম লেপতনা লাকপনা সনা কোম্নুং য়োৌরে। শ্রীযুৎসু মনাই মশলশিংনা থৌগল তৌদুনা সনা বুদ্ধি তৌদুনা লৈরম্মী। তাঙ্গা অসিমক্তদা

ভদ্রনা সেবকশিংগা লোয়নবা সনা নাক্তা কৎনবা শেম-শারম্মী। শ্রীযুৎতা মনাই অমনা হংগৎলম্মী, "আজ্ঞা, ননাই ওজা ভদ্রনা য়েকপা খোইয়েন্তাক্তা খম্বা নোংবাননা কৈ কাবগী শক্তম অদু পুত্না লাক্লে।" শ্রীযুৎনা মনাইবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র লাক্লে হায়বা ? কদায় মাদি কদায়দা লৈ ? থীল্লগন্নু, হৌজিকমক মাবু কৌশিল্লকউ।" শ্রীযুৎকী সনা য়াথং ফংলদুনা ভদ্র সনা নাক্তা চঙ্ক্রে। হৌনবী ব্যাবহার তৌদুনা শ্রীযুৎপু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনস্থু মনাইবু তরাম-তরাম ওকপিদুনা হংবীরকই, "ইবো, কদায়, কদায় নঙনা য়েকই হায়বা শক্তম অদুদি ?" ভদ্রনা চীং-লেম্না শ্রীযুৎকী কৃপানি, করিস্থ হৈজবা নচ্চদে হায়দুনা সেবকশিংগা লোয়ননা অয়েকপা শক্তম অদু শ্রীযুৎতা কৎশিল্লি। শ্রীযুৎনা অয়েকপা শক্তম অদু সনা মিৎয়েং তাবীরে। অদুগা মখা তানা তাকপীরকই, ইবো, নঙগী অয়েকপা শক্তম অসে য়াম্না ফজরে। খম্বা নোংবান হায়বত্তবু অম্বম্না হেক তৌরিগদ্রা ? ওম্মোক্রম্থ হৈনা য়েকপ্রেদা ভদ্র নঙগী লাইসি করম্না য়েকই ?" শ্রীযুৎকী য়াহং অদুদা ভদ্রনা মোমোন নোক্লগা মানা য়েক্লমদাইদা তৌবা, মাগী সেবকশিংবু নিংথম শমজি চিনহনবা, কৈজোক কুপ্তা কাওহনবা অসিনচিংবা মথং মথং লৌথজরক্লে। শ্রীযুৎনা ইশম শম্না হায়রকই, "ইবো, করে য়াম্না ফজরে, নঙগী অয়েকমম্না কয়ানো ? হায়যু তাশিদনা ?" ভদ্রনা নোল্লক্লা হায়রকই, "আজ্ঞা" শ্রীযুৎনা পীবিবা অদুনা অত্তম য়াজগনি।" অম্বম্না ওহাক বারী বাতায় শান্নরবা মতুংদা সেবকশিংগা লোয়ননা শ্রীযুৎপু খুরুমজরগা মযুমদা হল্লক্লমই।

ওলাংথা হৌগ্রে। নোংজু ঋতুস্ত ময়ায় চনশিল্লক্লে। গোবিন্দগী কাং চীংবগী শেম শাম্নবা শ্রীযুৎনা ভদ্রবু মনাই থাদুনা কৌহল্লয়ে। খুল্লক ইরকীস্থ মহৈ মহৈ ভদ্রবু কৌরয়ে। বামোন পরিক্ষা নিংথেম পুরিৎ, বড়সেনাপতি, ময়ামবুং অহল, ময়ামবুং য়াইমা, কৈনৌ মথোঙ তাবা পুম্নমকস্থ ভদ্রবু কৌনরক্লে। মতম অসিদা ভদ্রগী সেবকস্থ মশিং য়াম্লক্লে। শগোলবন্দগী হুইরেম তোনসিং, লালাবুং মথোঙদগী মাইবম য়াইমা, চীংঙামখা-দগী বামোন ইবোমচা, কৌকরা পুখ্রি মপান্দগী হুইদ্রোম গোপাল চীংঙামখাখুরা মথোঙদগী মৈস্নাম ইবোবী অসিনচিংবা মাগী সেবকশিংবু খুল্লক ইরকী মকম কয়াদা থাদুনা কাংগী লাই য়েকহল্লি: অদুগা মানা য়েংবা কোয়না চৎলি।

ভদ্রস্ত শ্রীধুৎকী সনা য়াথং ফংলদুনা মাগী থানবা লৈত্রবা সেবক মংশতাবম কলাচান্দগা অতোপ্পা সেবক খবগা লোয়ননা সনা কোন্নং চৎলম্মী। গোবিন্দগী কাংদু অহানবা ওইনা ফুট ৮½ পাকপা ১০½ য়াংবা উল্লহু য়েকপা কৌই। কাংগী নাকল অনিনা ফুট ৩০ শাংই। অদুক য়াং চাউথ্রবা কাংগী লাইশিংদু ভদ্রনা নিত্তিগী লাক্কুনা মাগী সেবকশিংগা লোয়ননা য়েকই। নাকল অমদনা ভীম কিচক অনি মল্ল যুদ্ধ তৌনবা, য়েকই। অতোপ্পা নাকল অমদনা হনুমান্না গন্ধ মাদন চীং পুদুনা পাইবগী মওং য়েকই। নাকল অমদনা মহাদেব য়েকই। মরিশুবা নাকল অদুদনা ভীমগা দুর্যোধনগা গদা হাইনবা য়েকই। অদুগী মতোন থংবা নাকল মরিমক্তস্থ য়েকই। অহান্না

নাকলদা গনেশ ঠাকুর য়েকই, অনিশুবা নাকলদা সরস্বতি য়েকই। অহুমশুবা নাকলদনা লক্ষ্মী য়েকই; মরিশুবা নাকলদনা দুর্গা য়েকই। অসুম তৌনা ভদ্রনা কাংগী লাই য়েকপসি মীপুম খুদিংমক ঙক্না য়েংনৈ। পুম্নমক য়েকপা লোয়রগা রং থাবগী মতাঙদসু অউবা মীপুম খুদিংনা অঙকপা পোরক্লে। বাং চাওব্রবা ফুট ৩০ বাংবা কাংগী লাইশিংদু রং থাবদা ভদ্রনা অপীকপা বা অপাংবা অমা থিরগা বা অদুগী মখোক্তা থোরি অমা কিশিল্লে। অদুগা মতোন্দা অচৌবা শঙ্খ অমা পুনশিল্লি। অদুগা মথুৎ অনি চঙনা চিংখৎ চিংথ তৌদুনা থাই। অসিগুম্বা ভদ্রগী অঙকপা রং খুত্থাসি কনাগুম্বশিংনা উবদা চাননা ঙক্লে। চেদ য়েকপা ফাওবা মওং তাবা ঙম্নদবা অদুদা ভদ্রনা বাশাং অমা পায়রগা মহাদেবগী মমীৎ, ভীমগী লুহুপ, হনুমানগী মমিৎনা চিংবা পুম্নমক ফজনা রং থাই। অসুম্না মাগী সেবকশিংগা লোয়ননা সুমিৎ ২০ নিরোমগী মনুংদা কাংজাও অদুগী লাই পুম্নমক য়েকপা লোইখি।

## ( ১৫ )

মতম থর হৌখ্রে। ভদ্র নোংমতা শংবা লৈতে। পোথারে পোথানা ময়েকই। ময়ুমদা লৈনা লৈনা হাওবন সুবেদার, তোমচৌ সেলুংবা, আজ্ঞা পরিক্ষা, থাংজম মনিকচান্দ মেম্বর মোংজম তিলোক, শ্রীয়ুৎকী ময়ামবুং বড়সেনাপতি, মম্বামবুং

য়াইমা টিকেন্দ্রসিং অমদি শ্রীযুৎকী কোটো পুম্নমক ভদ্রনা মথং মথং য়েক্লম্মী। শগোলবন্দা লৈবা পণ্ডিত অতোমবাপু শার্ম্মাগী কোটোস্থু য়েক্লম্মী। পণ্ডিতকী মচানুপা অমা শিবগী মমীৎ উইশিল্লবা কোটো অদু ভদ্রদা মচাগী উইশিল্লবা মমিৎ অদু পাঙথোকহল্লগা য়েকউ হায়দুনা য়েকহল্লি অদুম্মক মমিৎ পাঙলিঙৈগী ফীবম অদু তারম্মী ৮

অসুম্না ভদ্রনা ময়ুমদা কোবোৎ ১০০/২০০ খিনজিল্লগা কোয়না লাই য়েকপা চৎলি। সনা কোম্নুংস্থু অদুম্মক কায়। ভদ্রনা ময়ুমদা খিন্দুনা থল্লিবসি কৌদনি। শীংয়েন্দি মচেৎ অমা ফাওবা থম্বিদে। থোংলমদাইদা মচাশিংনা হায়, "তাতোন, শীং লৈতে তাতোম্না শীং লৈবিয়ু হায়বা শুকয়া য়াদে, করিনা থোংগদৌরিবনো?" ভদ্রনা হায়রকই, "হেরা, ইবোশা, লৈত্রগা ঐনা থোংগনিদনা।" অসি হায়রগা রাপলদা থাংজো অমা পায়রগা চঙশিনখ্রে। রাপলদগী শনৈবী রাশা মথা তাবা অদু কোকথোং অমা ককলুরগা অদুম্মক শংনা শংনা, মানা চাকথুম চঙদুনা হেক্তা থোংদোকই। অয়াম্বা মতমদ মচাশিংনা থোংবদ মাস্থু চংদুনা থোংমিম্নৈ। অয়াম্বা মতমদ শীং-য়েন কয়া থমদে। অকং অফংবা নোংমগী শম্বল খঙদে, উশা রাশা খঙদে, উনা-রানানা ফওবা থোংই।

খৃঃ ১৯২৭ তা জাল্লি কৌবা সাহেব অমা মণিপুরদা লৈরম্মী সাহেব অসি মতম কুইনা লৈরমদে। মতম খর লৈরম্লগা মকমসিদ শিখিরম্মী। মাগী মুপী মেম অসি সাহেবকী মমীং

লৌরগা জাল্লি মেম হায়না কৌনৈ। জাল্লি মেমনা ভদ্রগী মমীং অসি ময়াম্না হায়নরকপদগী তারে। জাল্লি মেম্না খল্লি; "ভদ্র হায়বা নিপাসি অফাওবা লাই য়েকপা অমনি। অদুনদি লাই শাবস্থ হৈরমগনি। অদুনা মহাকপু মণিপুরগী চৎনরিবা পুম্নমক অসে শাহল্লগে।" ইকুই কুইদনা জাল্লি মেমনা মাগী চমপ্রাসি থাদুনা ভদ্রবু কৌহল্লুরে।

ভদ্রনা মাবু কৌরি হায়দুনা জাল্লি মেমগী বঙ্গলা তান্না লাক্লম্মী। ভদ্রনা চৎনা চৎনা মপুক্লীংদা খল্লি. "ঙসি জাল্লি মেম্না মাগী চমপ্রাসি থারক্লুনা ঐবু কৌররিবসি করি মরমগী ওইরিগবা?" অস্তুম্না খম্না খম্না লাকপনা জাল্লি মেমগী বঙ্গলা য়ৌরে। ভদ্রনা মাবু উবদা সলাম তৌই। জাল্লি মেমস্থ মাবু তরাম তরাম ওকই। জাল্লি মেমনা ভদ্রদা হায়রকই, "ভদ্রসিং ঐন নঙবু কৌবগী মরমদি নঙনা হৈরিবসি য়েকপা-খোৎপগী থবক্তরা? করম করম্বা মওংদি হৈ?" ভদ্রনা খুমই, "মেম সাহেব, ননাই ঐনা হৈজবদি য়েকপতা নৎচদে, শাবা খোৎপস্থ অদুম্মক ইহৈ হৈজৈ।" জাল্লি মেমনা মথা তানা হায়রকই. "অদু ওইরবদি ভদ্রসিং. নঙ মণিপুরগী চৎনবীগী মওং মতৌ পুম্নমক শক্তম্ন শারগা ঐঙোন্দা পীবা ঙমগদ্রা?" মেম সাহেব, ঙমগনি হায়না ভদ্রনা খুম্মী। জাল্লি মেমনা অমুক হায়রকই. "ফরে. ভদ্রসিং, অদুদি নঙ লাইশিং অদু শারো। অদুপা চাউবদি ইঞ্চি ১০/১১/১২ অসিদগী হেলহনগনু। ঐনা লাই অমগী মমল লুপা ৫।৫ পীগনি। নহাক য়ানীংলবরা।

ভদ্রনা হায়রকই, "মেম সাহেব, য়াম্না ফরে, ঐ হয়েংদগী হৌনা মণিপুরগী চৎনবী মওং মতৌ পুন্নমক শুনা শাবা হৌরগে। ঙসিদি হল্লগে।" জাল্লি মেমনসু হয়াওনা হল্লো হায়বীরে। ভদ্র য়াখল খন্না খন্না মযুম মায়কৈ পাংলক্লে।

ভদ্রনা মপুক্লীংদা খল্লি,—"করি, করি হায়া শাশিগে।" মমৈদা মহাক্না অহানবা ওইনা চীংমী হায়া শারগে খল্লে; অদুগা করম্বা চীংমী শাশিগে খল্লি। তাংখুল মুপা অমা শারগে হায়না চপয়ুংনা খল্লে। নীংবগা তৌবগা তাংখুল মুপা, তা পায়বা, মনজন্দা পাই য়ানবা অমা শাগৎপা হৌরে। নোংমদুদা লোইরে। মথংগী মুমিক্তা অমা অমুক শাবা হৌগৎলে। অসুম্না নোংমগী অমা শাগৎ, অনী শাগৎ, অহুন শাগৎ তৌরক্লে। মথংদা মৈতৈ মুপী লোংখোনবী অমগী শক্তম লৌহুনা শাখ্রে। মথংদা ইনচিংবী মুপী অমগী শক্তম লৌহুনা শারে, অদুম্মক মাল্লি, মফজে। মথংদা হাও জগোয় শাবা অমগী শক্তম লৌহুনা শাগৎলে। মথং মথং ভদ্রনা মাগী য়াখলতনা খনজবা ফীভম অদু তাননবা শাগৎলবা মতুংদা মুর্ত্তিশিং অদু রং থাজিল্লে য়েংবদা পীকচরবসু অদুম্মক ফীভমশিং অদু পোপ পোপ তারম্মী।

য়ারনি খন্দুনা ভদ্রনা মুর্ত্তিশিং পুদুনা জাল্লি মেমগী নাক্তা লাক্লে। জাল্লি মেমনা ভদ্রগী অশাবা মুর্ত্তিশিং অদুগুম্বা অমুক্তা উত্রিবনিনা য়েংলগা মোনোম মোমোন নোকই। ঙক্না থোক্লে। জাল্লি মেমনা ভদ্র য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্রসিং, নঙগী মুর্ত্তিশিং অসে য়াম্না ফজরে।" অসিনা করিনো হায়দুনা তাংখুল, তা

পায়বা, মনঙন্দা পাই য়ানবা অদুবু হংলকই। ভদ্রনা খুমই, “মেম সাহেব, মদুনা তাংখুল হায়বা মণিপুরদা লৈবা জাতি অমনি, ত্তা পায়দুনা, মনঙন্দা পাই য়ানদুনা লৈরিবনি।” অদুদগী জাল্লি মেমনা মৈতৈ লোংখোনবী অদুগী মরমদা অমুক হংলকই, “অসিনা করিনো ? করি তৌরিবনো ?” ভদ্রনা মৈতৈ মুপীনি, মাগীসে লোং খোল্লিবনি। লোং হায়বছু অসিনি। মানা তৌরিবসে ঙা কোত্তুনা ফারিবনি তাকই। হাও লৈশাবী জগোই শাবীদুগী মরমদা অমুক তাকই, মৈতৈ মুপীনা ইন-চিংদুনা ঙা ফাবগী মওং অদু অমুক তাকই। অমুক্তা ভদ্রনা লাই অরোইবা খর মেম সাহেবতা পিরম্লগা মাগী পৈশা খর লৌরে। জাল্লি মেমনা ভদ্রদা হায়রকই, “ভদ্রসিং, নঙনা পুন্নমক থুনা শাগৎলগা অমুক পুরকউ। ভদ্রস্থ য়াম্না ফনি মেম সাহেব হায়দুনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

মথংগী নুমিত্তা অরাৎপাশিং অদু শাবা হৌগৎলক্লে। করি করি শাশিগে খল্লে। মানা মণিপুরগী চৎনবীদা অরাংবা থাক ওইরবা পেনা শকপা শারগে লেপ্লে। খনবগা তৌবগা মান্নরবা ভদ্রনা পেনা শকপা, অশৈবগী শক্তম লৌদুনা শাগৎলে। মথংদা মোইরাং কংলৈরোনগী লাইগুম্নবা ইবুংঙো-ইবেম্মা, খম্ব-থোইবী অনিগী শক্তম লাওলক্লে। খম্ববুনা নিংখম শমজি চিনহল্লে। থোইবীবুনা কজেংলৈ হাপ্লগা ময়েক নাইবা ফনেক শেৎহল্লে, জগোয় খুথেক শাহল্লে। অদুগা শন; ইরোই, হামেং, তুই, ঙান্নু, খুমু, কৈ অসিনচিংবা শা পুন্নমকী মুর্ত্তিস্থ শারে। পুন্নমক

লোইরগা রং থাজিল্লগা ভদ্রনা মেম সাহেবকী নাক্তা অমুক. থিল্লুরে। মেম সাহেবনা ভদ্রগী লাই খুদিংমক লৌই। অদুগা মানা ললোনবগী ফীভম অমা চথরে। মূর্ত্তিশিং অদু মানা কলিকতা, বোম্বে. অসামনচিংবা মফমদা অসিদা নত্তনা ইউরোপ ফাওবদা থারম্মী।

অস্থুম তৌনা ভদ্রনা মথং মথং, মূর্ত্তিসিং অসে উনা শাগৎ-লক্লে। শারিবা মূর্ত্তি খুদিংমক মেম সাহেবনা লৌই। হন্দক অমুক ভদ্রনা মৈতৈগী শাগোল কাংজৈ; মৈতৈগী লং নাইবী; মোইথাপ নাইবী, ফিশাবী, ফৌশুবী, ভরেং নাইবী, চেঙ থৈবী হনুবী হনুবা অসিনচিংবা পুম্নমক গুম্না শারে। অস্থুম তৌনা ভদ্রনা মতম খরা মেম সাহেবকী মূর্ত্তীশিং শাদুনা লৈরম্মী।

( ১৬ )

ভদ্রনা জবারনী থবক থাদোক্লকপা অসি চহি২/৩ হায়রক্লে। জবার থাদোক্লকপা অসে অফবা মী অমা ওইরগে, লমচৎ শাজৎ শেমদোক্লগে খন্দুনা থাদোকপা নত্তে। মানা জবার অস্থুম লেপ্তুনা শান্নরকপনা অরৈবা পোৎ মান চাং পুম্নমক কায়দুনা থাদোক্লে। চানীঙাই থক্লীংঙাই লৈশিল্লক্তুরে। মাগী তাপোয় মোইথাপস্থু রাশিল্লক্লে। মপুরোইববু শান্নসু কায়না খাম্নদগী ময়াদ্রবদা মাস্থু য়াওনা অদুদি শান্নরো,—থাক্লো হায়দুনা শেঙ্গাও পায়দুনা মতুং ইল্লি। অরাইবী নুপী নত্তে।

পৈশা লৈশিল্লক্রবা পোৎ-চৈ, মান-চাং মাঙশিল্লক্রবা মতম্দদি মখোয় অনী য়াম্না শাথিনা খৎনরে। লৈকাইগী চৌকিদার কৌহুনা বায়েম্লে। মমৈদা তেশম্নবা ঙমদহুনা সনা কোম্লুং কাহুনা শ্রীযুৎকী নাক য়োরবদা ভদ্রগী তালোয় মোইথাপ্না শ্রীযুৎকী মঙ্গমদা হঙ্গৎলি, "শ্রীযুৎ, ননাই অসিনা তৌরিবসে করিনো? অরৈবা মান-চাং পূম্নমক জুরারদা থাদোকপ্রে। ননাই ইমা ইচা ঐখোয়গী চানীংঙাই লৈত্রে। মাগী ফংলকপা তলবস্থু য়ুমদা য়োরক্কে। শ্রীযুৎনা হন্দক্কগী ননাইগী তলব অসে মশাদা পীনবিরম্নু। ননাই ইমা ইচাদা পীবিরো।" মোইথাপকী বাকৎ অহুদা শ্রীযুৎনস্থ মহুনা চুম্নমাল্লে খন্দুনা থাহুদগী হৌনা মমা-মচাদা, তলব অহু পীরগনি হায়বিরক্লে।

ভদ্রগী তালোই মোইথাপ্না মচা নুপা অতোনবা মনিগা লোয়ননা থা খুদিংগী তলব লৌবা হেক হেক চৎলি। মমা মচানা থা খুদিংগী ফংলকপা তলব অহুনা সনা সণ ২/২ লেপশিল্লে, মতম অহুদা সনা সণদা লুপা ৪.৭৫ পীরম্মী। অস্থুম তৌনা মমা মচানা চহি ২।৩ লৌবা তলবনা সনা লেপশিঙ্গহুনা সনা মোহর ২০।৩০ রোম শুঙ্গরে। মরম অসিদগী ভদ্রনা চহি ২।৩ অসি জুরারগী থবক থাদোক্লকপনি।

অসিগী মতুংদা ভদ্র পৈশা য়াওদনা কোয়থোকপা হৌরে। নোংমনা ঙম্না হেক হল্লকই। নোংমনা তুমিন্না জুরার শান্নকমদা হেক চৎলুই, মাগী মুপী অঙাং তানি, খঙনি হায়হুনা ঙম্না হেক হল্লকই। ভদ্রনা খল্লি, "মমা মচানা লেপশিঙ্গরিবা সনা

অসি য়াল্লে। করম তৌনা সনাসি লৌথোকসিগে।" মপুক্লীংদা অমুকস্থ খল্লি, মমা মচানা লেপশিঞ্জরিব সনা অসি ঐ থম্বিগে হায়দুনা সন অমা অনী কায়থোক্লগা খুৎপায় শেল ওইনব্বগে অদুম তৌরবদি ঐস্থ থবদি মফংবা য়ারেদনা।"

ভদ্র মুমিৎ নীনী হুল্লি, মযুমদগী মপান শুরুথোক থোকতে মাগী য়েক্কদবা লাই অদু য়েক্কুনা লৈথোকই। মানা মুমিৎ ২/৩ মপান থোক্তিবসে মাগী মুপীদা জুরার শাম্লে. মপান থোক্কবা ক ইরে, সনা কোন্নুং কাবা নত্তনা, হায়বা খঙহল্লিবনি, মচিনা থোক্লস্থ হায়। ভদ্রনা জুরার মফমদা লোম্না চৎপস্থ, কোন্নুং কাদবা য়াদে, অচৌনবা গবক লৈ, ওসিদি করিগুম্বা য়েক্কবা য়াদবা লাই অমা য়েকলুবদগী থেঙদোকপ্রে হায়না খুম্বা ওাক্কনি। মোইথাপকী মপুক্লীংদস্থ খল্লি, "ঐগী ইপুরোইবা চহি ২।৩ জুরারগী গবক তোকসি ফরেদা।"

নোংমা তাঞ্জা য়েংদুনা ভদ্রনা মোইথাপ্তা হায়রকই, "নখোয়গী সনাদু কয়া য়াল্লবগে? কদায় পীরকউ। ঐ থম্বীগে। অদুক য়াম্বা সনাদু নখোয়না থল্লবদি শোয়দনা হুরানথিবা তারে।" মোইথাপস্থ মপুরোইবগী বাঙাঙ অদুদা মুপী ওইবগী হৌনবী, মাঙথিগদ্রা অমদি মপুরোইববু থাজবদগী সনাদু মপুরোইবগী মফমদা শিন্নরে। ভদ্রগী মপুক্লীংদা খল্লি, "পঙইদকো, মুপী! ঐনা সনা অদু লোবা য়াননবা, ঐগী জুরার খুৎপায় শেল ওইনগে হায়বগীদমক পীয়ু হায়বনি। নঙনা কয়াদা থাজনা অদুক মতম চঙনা লেপথৎচরক্লিবা সনা অদু পাম্মুবা লেত্তবা ঐদ্বোম্দা শিন্নরি।"

ভদ্‌না মোইথাপতগী সনা মোহর ২০।৩০ মুক অদু লৌশিল্লে, চে মচেৎ অমদা য়োমশিল্লগা ক্তি মচেৎ অমনা কন্না কিশিন্দূনা মাগী ক্টিরৈদা য়েপশিনখরে। সনা লৌশিনবা সুমিৎ অদুমসু মহাক মপান থোক্তে, থংনবা সুমিৎ অদুমসু মপান থোক্তরে। চান্না সাধু খারে।

অদুদগী খরা খরা চৎথোকপা হৌরে। সনাদু সন ২।৩ লৌথোক্তুনা কায়থোকপা হৌরে। সুমিৎ হেক তাবগা চৎথোকপা হৌরে। ওন্না অদুম্মক কল্লকই। অসুম্না নোংমা কাদোক খন্না থেঙলকপা মতমদনা অচিনবা থবক অমা লৈদুনা থেঙদোকপ্লে হায়না খুল্মী। অমুক মানা লাই য়েকপা মতমদা মাগী সনা লৈরিমাল্লে খঙনবা ক্টিরৈদা অদুম্মক য়েপ্পি। অসুম তৌনা মানা চৎথোক্লকপা অসি সুমিৎ ১০।২০ শুক্তিলক্লে।

অদুদগী অমুক সনাদু খন্না কায়থোক্তুনা পৈশা অদু পুদুনা অঙোম নিংথেমজাউগী মযুমদা জুবার শান্নবা চৎলে। অসিদসু পেন্দ্রদুনা কোয়না চক্তুনা জুবার শান্নকমু থিরে। খরা খিৎ চাউনা শান্নবা মফম য়েংদুনা চৎলুরে, য়াওরুরে। নোংমতসু মানা লৌরকপগী মওং উদে। নোংমনা খরা ওন্না, নোংমনা খরা থেঙনা হেক হক্তিল্লকই।

লগাও কন্না খাওগৎনরক্লে। ভদ্রগী তালোয়সু লগাওগী মতম ওইরক্লে হায়বসি থংলক্লে, সনাদু থাদোকখিবা তারে, জুবারগী নিশাদা তাওরবা মীবু থাজবা য়াবা নত্তে খন্দূনা হায়রকই,—"কদায়, এখোয়গী সনাদু পীরো। এখোয় অমুক থমজরগে।"

ভদ্রনা খুম্লকই, "মাঙডুনা তোক্লবা ? করি তৌনগেগে ?" ম্নাওরিনে সে, সে হায়ডুনা সনা খরডু উৎলকই। মোইথাপস্থ ম্নাওরিদনা খনডুনা পীরকউ হায়দে।

অডুদগী ভদ্রনা সনা খরমুক কাম্লথোক্লগা মুমিৎ হেক তাবগা জুবার শাম্নকম থিরে। কনাগী মযুমদা, খরা খিৎ চাউনা শাম্নরি হায়না খন্দুনা। লাকপদা, জুবার শাম্নরুবা মী অমথক থেংনডুনা হংলে, "কনাগীদা শেল খর খিৎ চাউনা থানরি ? মীথিৎনা কনা কনা কমহৌরি ?" নিপা অডুনা খুম্লকই, "ওজা, জুবার চাউবসিদি তুরেল খোংবানগী কোকোবারিদনা শেল মচাউরে। মীথীৎস্থ কহৌই।" হায়রম্লগা নিপাডু হনগ্রে।

ভদ্র থুনা ম্নাঙনা কোকোবারিরোমদা চৎগ্রে মুমিৎ অডুস্থ লগাও হৌবা মুমিৎ হেক থোক্লে। ভদ্রনা সনা ময়োমডু কোকোবারিগী জুবার মকমদা পুম্নপ ওইনা থাদোক্লে। ম্নাওরকপা পুম্নমক লোইরে, থানিঙাই লৈত্রডুনা মাগী সনা য়োমলকপা চে মচেৎ. ফি মচেৎ পুম্নমক অমত্তা মাঙহন্দনা ফুরিৎখাউদা হাপ্লুনা পুরক্লে। ভদ্রনা সনা য়োম্বা ফি মচেৎ, চে মচেৎ অডু পুম্নপনা মতুম তাশিন্নগা ফি মচেৎ অডুনা কন্না পুন্নগা মোইথাপকী মমাঙদা হান্নগী মন্তোগুম্না ফিরৈদা য়েপ্লুনা সনা ম্নাওবগী মওংদা অডুম উৎহল্লি। ভদ্রনা থেঙনা হল্লকপডু মোইথাপ ভাব তারক্লে। শোয়দনা জুবার শাম্নরম্বা তারে হায়না খল্লে। হয়েংদি মানা লাই য়েক্লিঙৈদ তাঙ্গা অমা য়েংলগা মুলহৌরগে নত্রবদি শোয়দনা সনা পুম্নমক মাঙখিবা তারে হায়ডুনা চপ য়ুংনা লেপ্লে।

নোংঙাল্লে। ভদ্র ঙসিস্থ ঙম্না হৌগৎলি মপূক্লীংদদি করি থোক্লগবা মখল্লি। সনা য়োম্বা ময়োম অদু মোইথাপকী মমাঙদা অতুম্মক য়েল্লি। মোইথাপ্পা ঙরাংদগী হৌনা সনা ময়োম অদু মুনহৌরগে খন্দুনা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরিবনি। মানা লাই য়েক্লিঙৈদ তাঞ্জা চারে খল্লদুনা মনাক্তা পরপ পরপ চঙশিল্লগা ফিরৈদগী ময়োম অদু "ঐখোয় থমজরগে" হায়দুনা তাপ চিং-থোক্লকই। ভদ্র খঙপ্রেক খংই। তিংঙক মায়ঙক্লদুনা লৈরে। মোইথাপ্পা ময়োম অদু থোক্লুনা য়েংলে। সনাগী মহুৎতা ক্ষি মচেৎ, চে মচেৎ ঙাক্তা য়োমশিল্লয়ে। মতৌত্থ উবদা মোইথাপ, শাউমনখিবনা বা ঙাঙবা থোক্করে। ওনশিন্নদুনা, খৎনরে। মুপীমক ওইরবস্থ মীনা লাকচবা য়াদবী মোইথাপ্পা লৈকায়গী চৌকিদার কৌরে। চৌকিদার রায়েনবা ঙমদে, সনা কোন্নুং য়োরে। শ্রীযুৎনা মরম পুম্নমক খঙবদগী ভদ্রবু ফাদুনা সনা কোন্নুংদা থম্মে।

( ১৭ )

থা ১/২ সনা কোন্নুংদা ভদ্রবু রারকপা ওইনা থমম্রে। শ্রীযুৎ খঙহন্দনা অযুক নুংখিল ময়ুমদা লৈরে। নুমিদাংরাই হেক য়োবগা সনা কোন্নুংদা হল্লি। শ্রীযুৎনা মতুং মনাউ অমুক তৌদনবা হায়দুনা খাদোকপিরে। অদুবু হৈনখিবা লিচৎ

থাদোকপা য়াদবনা জুৱার থৱা থৱা শান্নবা। নিংথেম ঙসিস্থু ইস্কুল কাপ্রে।

নিংথেম্না ইস্কুল হেক কাখিবগা ভদ্রনা মী ৫।৬ হৌরগা মখোয়গী অশোংবা লৌবুক্ত লোম্না জুৱার শান্নবা হৌপ্রে। পৈশা থানহুনা কন্না শান্নরক্লে। ঙসিদি নিংথেম ইস্কুল থৱা ঙন্না হল্লক্লে। মহাক্না হন্নকপদা মপা লৈরমদে। মান খল্লি, "ঐখোয় তাতোন্না নিতিগী ঐনা ইস্কুল কুম্নকপা খুদিংগী ইতৎ তত্তুনা লৈরমদ্রিবসিবু করিগীনো? কদায়দা চৎলিবনো?" অসুম্না ঙহাক-খল্লগা মমাদা হংলকই, "ইমা, ঐখোয় তাতোন্না চৎলিবসি কদায়-দনো? ঐনা ইস্কুল কুম্নকপা খুদিংগী নোংমতা লৈরমদে।" নিং-থেম্না জুৱার শান্নবা সুকয়া য়াদে; লান শানবা তারে খল্লহুনা মমা-সিনা খুমই, "ইবুংঙো, ইমাদি খঙদে।" মহাক্না শাওনা মমাদা হায়রকই, "ইমা, ঐ ঙসিদি ঐখোয়গী তাতোন ফংনবা থিগে?" নিংথেম মপাবু কোয়চৎ চত্তুনা থিরে। জুৱার শান্নফম, মানা খঙবা মখৈ থুংনা চত্তুনা থিরে, অদুবু ফংদ্রে। মমৈদা নিংথেম্না লৈকায়গী মীশিংদা হংলে। অখঙবশিংনা লোম্না হায়বিরকই, "ইবুংঙো, নখোয়গী তাতোন্দো নঙনা ইস্কুল হেক কাখিবগা নখোয়গী মমাঙগী কৌবাক মরুক অদুদা নিতিগী জুৱার শান্নবনি।"

নোংঙাল্লে। নিংথেম ইস্কুল কাপ্রে, অদুবু শাওনা ঙন্তা হল্লক্কই। অয়ুম হেক য়ৌবগা লাইরিক পরপ পরপ থল্লুরে। মথুত্তা লৈতুম থৱা পায়রগা জুৱার শান্নরিবা লৌবুক তন্না চৎপ্রে। মদু উবদা মমানা হংলকই; "ইবুংঙো, করি তৌগদৌবনো?"

নিংথেম্না, "কৌবাক মরক্তা জুরার লিংলিবসে তানখাইগে।" হায়রম্নগা থুনা চঙশিনখ্রে। মচাগী মতৌদু উবদা মখরায় রারে, খাম্বসু নংহৌদদুনা তিংঙক মায়ঙক্লনা য়েংদুনা লৈহৌরে।

নিংথেম্না লৈতুম মচা অমা থাজিল্লুরে। জুরার শান্নরিব-শিংদু লৈতুম থারকপদুদা খংপ্রেক খংই। মহৈ মহৈ ঙহাক খঙ্গাম্লে, অঙাংসুবীনা ওইরিনি খন্নদুনা মখা তানা শান্নরে। ঙহাক লৈরগা অমুক অমা অনী তোপ তোঁপ থাজিল্লে। অসুম থা-জিল্লক্লবা অদুদদি মহৈ মহৈ হৌগস্তুনা য়েংনরে। মখোয় পুম্নমক নিংথেম্না চৈ অমা পায়রগা লৈরিবা অদু উরে। মখোয় ৫।৬ অদু মমাঙথংবা খোংবাল অদুদা চোংথদুগা মহৈ মহৈ চেন্নখ্রে।

লৈকায়গী মীনা মতৌ অদু উবদা চেন্থোক্লুনা য়েংনৈ। মহৈ মহৈ খন্নৈ, "ওজাগী য়ুমদা সিফাই লাক্লুনা জুরার তান-খাইখ্রেদনা।" খর অমনা হায়, "ওজা ভদ্রগী য়ুমদা সিফাই লাক্লুনা তানখাইগনি হায়বসে ওইথোক্কবনি। মাদি শ্রীয়ুৎনা য়াম্না চানবনি। সিফাই লাক্লুনা তানখাইবা ঙম্নোই।" মরক অসিদা নিংথেম চৈ পায়রগা কৌবাক মরক তাম্না চঙশিল্লক্লে। মহৈ মহৈ ঙাঙনৈ "ঙসিগী অসিদি সিফাই নত্তে, ওজাগী মচা-নিপা নিংথেমনিদনা।" অসুন্না মহৈ মহৈ কুম্মৈ ওইনা য়েংনরম্মী। জুরারীশিংনা মখোয়না শান্নরম্বা তাসকী চৈ, পৈশা পুম্নমক অদু মকম অদুদা হুন্থোক্লম্লে। নিংথেম্না চৈ অদু মৈ থাদোকখ্রে। পৈশা অদুনা পুরক্লে। অদুগা মমান্নবা ৪।৫ হৌরুরে। মমান্নব-শিংগা লোয়নকা থাং-থাঙ্গোল পায়দুনা মানা পুংলবা কৌবাক, নাপী-শিংবীশিং অদু ইহাঙ হাঙনা কোকথোক্লে।

সুমিদাংবাইরম ভদ্র ময়ুমদা হজিল্লক্নে। নিংথেম শাওহুনা লৈরিবনি। মপাবু উবমক্তদা শাউনা হায়রকই, "তাতোন, তাতোম্না অসুম তৌনা জুরার শান্নরবদি মীনা ঐখোয়বু করিমত্তা উৎশিৎলরোই। তাতোম্না শান্নবা অসি তোকপিদ্রবদি, ঐসু য়ুম অসিদা লৈজররোই। লৈকায় অসিগী মমাঙদা ঈকায়জরে। ঐনা থোকপা অমা তৌগ্রগে।" লংকৈ চৎপা হায়বসি মতম অদুদদি য়াম্না বানরম্মী। মচানা সুঙাইতনা হায়রকপা অদুদা ভদ্রনা খল্লি, "ঐনা করিগুম্বা জুরার শান্নবা অসি মতোক্তবদি শোয়দনা মানা থোকপা অমা তৌগ্রগনি।" ভদ্রনা হায়রকই, "চুমই, ইবো, ঐহাক জুরার শান্নবা তোক্লনি। ইচানা মদুগীদমকপু করিগী য়ুম থাদোকদৌরিবনো?"

( ১৮ )

সুম্মিৎ খরনিগী মতুংদা ভদ্র সনা কোন্নুং কারকই। হৌনবী ব্যাবহার তৌদুনা শ্রীযুৎ মহারাজবু খুরুমজরে। শ্রীযুৎনা মনাই ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র, খুন্নু অসি, মখারোমদগী খরা ফবা মচানি। নঙ য়াম্না ফজনা থাক্তুনা য়োকউ। মপুং ফারবা মতমদা অফবা খুন্নুগা তুনহনগদবনি।" ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞা, য়াম্না নুংঙাইজরে।" শ্রীযুৎনা খুন্নু অছু ভদ্রদা পিরবিরে। ভদ্রসু য়েক্নদবা খরা য়েক্লগা খুন্নু অতু পুত্তুনা হরাওনা য়ুমদা হল্লক্নে।

মতম খর হৌদ্রে। ভদ্র সনা কোন্নুং কাথোক-কাশিন তৌরক্লি।

শ্রীযুৎনা হন্নাওনা মনাই ভদ্রদা হংবিরকই, "ইবো, খুনু অদু করম তৌরি ? কন্নাম চাউরে ?" ভদ্রনা য়াম্না হায়জনীংবগা লোয়ননা খুমজরকই, "আজ্ঞা, খুনু অদু য়াম্না চাউরে। মশা মউম্নু য়াম্না কল্লে, য়াম্নদু ফজরে। করিগুম্বা অতোপ্পা মীনকা মকোন্দা মখুৎ থিংজিল্লরবদি, মশানা হেক্ত কল্লি। মতম খরা লৈরবদি তুনব য়ারনি। সনা মীৎয়েং অমুক্তা তাবিয়ু।" শ্রীযুৎনা মখা তারকই, "ফরে, ইবো, ঐ নঙগী য়ুমদা লাকে। অদুগা য়েংলগে।" ভদ্রনা লকপ্পা খুম্নকই, "আজ্ঞা, করি রাবো ? শ্রীযুৎনা লেঙবিরক্লবস্নু ননাই অদুম পুখৎচরক্কে।" শ্রীযুৎনা হায়কই, "করিগীনো ভদ্র ঐনা নঙগী য়ুমদা লাক্কে, হায়রগা নঙনা লাকন্নু হায়রিববু ? নঙগী য়ুমদা লৈরিবা সনা লুপা ময়ামদু লৌখিগনি হায়দুনা তৌরিবরা ?" ভদ্রনা নুংশা থীবগা লোয়ননা খুমজরই, "আজ্ঞা, ননাইনা থোৌগল্লোন কায়বা তারগদ্রা ? ননাইনা থিংজবগী ইতিক লৈজদে। নিংথৌ হায়বসিদি বিষ্ণুনি হায়নৈ। মরম অদুনা নুংশা থিজদুনা তৌজবনি।" শ্রীযুৎনা ইশম শম্না হায়রকই, "ফরে, অদু ওয়রবদি বেরা লৈতে। ঐ লাকনি।" অসুম্না মপু মনাই ঙহাক রারী শান্নরবা মতুদা ভদ্র ময়ুমদা হল্লক্লে।

নুমিৎ নীনী হৌক্লে। শ্রীযুৎ মনাই মশন খরগা লোয়ননা ভদ্রগী ময়ুমদা লেঙলক্লম্মী। ভদ্রনা লাপশিনৈদগী শ্রীযুৎ লেংলকপদু উরম্মী। মহাক্না খল্লি, "শ্রীযুৎ ঙসিদি ঐগী য়ুমদা খুনু য়েংবা লাক্লে, করি তৌসিগ্রে ?" অসুম্না খঞ্জানরিনৈদা শ্রীযুৎ য়োশিল্লক্লে। শ্রীযুৎনা নক্ত-নকশিল্লরবা মতমদা ভদ্রনা

উশিন্নব্রে। তুং ওন্থোক্তুনা মাগী য়েক্লিবা লাই অদুদা মমায় ওনশিল্লগা য়েকশন্নখ্রে। ভদ্রনা খঙশিন্নদবা অদুদদি শ্রীযুৎনা হান্না খংকৌ কৌরকই, "ভদ্র, নঙ ঐ লাকই হায়বা খঙব্রা ?" ভদ্রনা খ:য়েং য়েংথোক্লকই, "আজ্ঞা" হায়দুনা খুমই, অদুগা হায়রকই; "ননাই ঐ লাই অমা কন্না য়েক্লবনা শ্রীযুৎ লেঙ-লকপা উজখৌব্রে, শ্রীযুৎ অসুম্না লেঙবিরকনি হায়বসিদি ননাই থাজরুদে, ৱারৌবিগনু। ননাইনা থৌশাদগী ইতিক করি লৈবগে ?" শ্রীযুৎনা হায়বিরকই, "করে, করে। নঙগী খুনু অদুদি কয়াম চাউরে। কদায়, কদায় ?" ভদ্রনা খুনু অদু পুথোকক্তুনা শ্রীযুৎ সনা মীৎয়েং তাহল্লে। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা তাকপীরকই। "ইবো য়াম্না ফজরে। নঙগী খুনু অসে ভুনবসু ময়ারনি। কন্না থাকউ, ইবো। হোৎনরো।" শ্রীযুৎনা ঙহাক ফল্লগা কোয়না চত্তুনা অসুম য়েংলক্লে। ভদ্রগী লুখুম মপাদা য়াল্লিবা ব্রহ্মাগী থাঙশাং পিথ্রাইনা মখুম পানবা অদুগা দাবু হায়বা মনা, পানবা অমগা লৈবদু শ্রীযুৎনা উরক্লে। শ্রীযুৎনা ভদ্রদা হংলকই, "ভদ্র, নঙগী লুখুমদা য়াল্লিবা পোৎ অনীসিদি কদায়দগীনো ?" ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞা, ননাই ঐগী ইচানুপী থরো হায়বিদুনা পীরকপনি।" শ্রীযুৎনা মখা তানা হংলকই; "অদুদি, ইবো, নঙগী নচা ইবেম্মা থরো হায়বিদুদি কদায়দা লৈব্রে ?" "আজ্ঞা, ননাই ঐগী ইচানুপীদো কবোগী মোলাই জিলা হায়বা অদুদা মপুরোইবগা লৈব্রে।"

শ্রীযুৎনা হায়রকই, "ইবো, নঙগী দাবু অসিগা থাংশাং অসিগা ঐঙোন্দা পীরোদনা ? নঙগী পোৎ অনী অসে ঐ য়াম্না পাম্লে।" ভদ্রনা খুম্লকই, "শ্রীযুৎকী থরায়নদু ভাবিরবদি ননাই ঐ হৌজিকমক কৎচরে।" অসুম্না শ্রীযুৎনা থাঙশাং অদুগা দাবু অদুগা পুরগা ভদ্রগী য়ুম থাদোকক্লুনা সনা কোনুং পাংলক্লে।

সনা য়াথং ফংলবদা ভদ্রনা মাগী খুনু শ্রীযুৎনা পীবিরকপা অদু তুনরগনি হায়না লাউথোক্লে। মীপুম খুদিংদা থুংনা কনা কনানো, মাগী খুনুগা তুনসি হায়দুনা পাউ চেম্থোকই। মমৈদা ভদ্রনা খল্লে,। খিয়াম বৈকুনগী খুনু খোঙজোম্বা. হায়বা তুনব য়াম্না ফবা অমা লৈ হায়। মদুগা হেক্তা তুনরসি হায়রুরগে।

মথংগী নুমিৎনি ভদ্র খিয়াম বৈকুনগী ময়ুমদ চৎলম্মী। বৈকুম্না ভদ্রবু উবদা তরাম তরাম্না "ওজা, লেঙথোক্কনা লেঙ-থোকপিরপদি করি তাকপিগদবা ?" ভদ্রনা খুম্লকই, "অতো, অসুম তৌবনি। ঐগী খুনু অয়োকপা শোইনৌ অমথক লৈ। অদুগা নঙগী খুনু খোঙজোম্বা হায়রিবা য়াম্না ফাওরিবা, অদুগা ঐগী খুনুসিগা অমুক্তা চাং য়েংনসিদনা ? শেল খরা খরসু মথানসি। করি হায়বগে ?" বৈকুন্না নোক্লদুনা খুম্লকই, "ওজা, ননাই ঐগীদি করিসু হায়নীংঙাই লৈজদে। ওজানা ফরে হায়রবদি চাং য়েংনবা হায়বদুনি।" ভদ্রনা মথা তানা,— অতো ; অদুদি কৈদৌঙৈ তুনহল্লসিগে ?" "ওজা. লাক্লদৌরিবা মঙানি পানবা, য়ুমশকৈশা নুমিৎ অসিদা তুনহল্লসি।"

ভদ্রনা সনা কোম্নুং কাড়ুনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎলুরে। শ্রীযুৎনা হায়বিরকই, "অদুদি ইবো, ফরে। নওগীম্তু ওম্বমথৈ থানরো। ঐগীস্থু য়াম্না থানরগে।" ভদ্রনা খল্লি; "করি থোক্লগবা। ঐগী খুম্নু অসে চাউবদি বৈকুনগী খুমুদগী হেল্লি। মী খুদিংমক ঐগী খুনুদা পৈশা থাউ হায়দুনা হেক্না ইনশিল্লগা লোইরে।" খুম্নু তুনগদৌরি হায়দুনা পাউ কোয়চেল চেল্লে। মীপুম খুদিং হায়জিল্লে "ঐগী খুনুদা থাবা পোম্থাদি শুকমাং মাঙলোই।" মাগী বৈকুন হায়বা অদুগী খুনুদি খুবিমুক্না চাউই। ঐগী খুনুত্থ ময়াম্না থাজীদ্রগা য়েংবীবা য়াগনি হায়দুনা মী খুদিং য়েংহল্লি। মী পুম্নগক্না হায় "ওজাবু, চাউবদি মচাউরে ফজবস্থু মফজরে, মরিনদি খঙজদ্রি" ভদ্রনা মাগী খুনুত্থ থাগক্‌না হায়কই, "নাপা ঐগী খুনুসে অচম্বা নত্তে, হৈরোক রাংজিংলোমদগী তুনবদা কাওরম্বা খুনু অদুগী মচামক্নি। হৈরোক্কী মীনা শ্রীযুৎতা কৎলবা খুনুনি। শ্রীযুৎ য়াওনা তুনগদবা খুনুনি। শোয়দনা ওম্নগদবনি। ময়াম পুম্নমক নোং ঙাম্না ঙাইদুনা লৈনরে।

নোংঙাল্লে। নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়োবা মতমদা নাম্বমচুথেক্না মীয়াম তিল্লরে। ভদ্রগী খুনুস্থ, বৈকুলগী খুনুস্থ পুথোক্লক্লে। অস্তুম্না ময়াম পুম্নমক মরাঙ মরাঙ তৌনরিগৈ তাঞ্জা অসিমক্তদা শ্রীযুৎ মনাই মশনশিংগা লোয়ননা লেঙলক্লে।

ময়াম পুম্নমক শ্রীযুৎনা সনা য়াবং তাকপীরকই, "ইবোশা, য়ারে খুম্নু থাজিম্নরো। শ্রীযুৎকী য়াথং ফংলদুনা খুম্নু অনীমক থাজিম্নরে। ভদ্রগী খুনু উবদা ময়াম পুম্নমক হায়নরকই,

"য়ায়রোই। ওজা ভদ্রগী খমুনা চাউবস্থু হেল্লি শাফু কনবস্থু য়াম্না হেল্লে। বৈকুলগী খুম্নু শিবা তারে।" বৈকুলগী খুম্নু অদু পীকইদি হায়ববু হনবগী রা লৈতে। মহৈ মহৈ পৈশা থানবদা লেপ্পা লৈতে। মুমিৎ মাঙোল ময়াম্ন য়োবদগী তুনবন মুমিৎ চপ য়ুংলক্লবা মতম অসিদদি ভদ্রগী খুম্নু চেল্লে হায়দুনা ময়াম পুম্নমক রা-রা নিল্লক্লে। পৈশা থানবা পুম্নমক লৌশিন্নরে। শ্রীযুৎস্থু লেঙক্রে। মহৈ মহৈ খুম্নু ফাদোক্লো হায়্নবক্লে। ভদ্রনা মদু হেক তাবদা লাউরকই, "ঐগী খুম্নু চেন্দে। কনামতা খুম্নু ফাদোকপা য়ারোই।" কনাগুম্বা অমতা খুম্নু ফাদোকপা ঙম্নক্রে। ময়াম পুম্নমক করম তৌসিগে খন্নরে। অস্থুম কালোক্লবা অদুদদি বোন মমুং অদুদা কোয়চেল চেল্লে। অদুদগী ভদ্রগী খুম্নুনা থাঙবা ঙক্লক্লদুনা অমুক অমুক হন্দুনা ফুরকই। মসিদগী ভদ্রনা মাগী খুম্নু চেন্দে হায়দুনা লৈরে। মতম খেঙজিল্লকপনে, মহৈ মহৈ চাক শান্নরক্লুনা। ময়ুমদা হন্নক্রে। অস্থুম্না অমমম, অনী-নী চৎনখিদুনা মী তাক-শিল্লক্লদুনা খুম্নু তুনবা অদু ভদ্রনা অদুম ঙমদুনা তোক্লে।

হৈনগ্রবা লমচৎ শাজৎ পাক্লা থাবা ঙমদদুনা ঙসিস্থু জুৱারগী নিশানা ময়ুমদগী শেল খর পুদুনা অয়ুক ঙস্তা মফি মরোল হোংদোক্লগা ভদ্র খোক্লক্লে। অস্থুম লাকপনা জুৱার মফম অমদা থুংঙ্‌রে। অস্থুম শান্নরম্নদগী ভদ্রনা খল্লি, "ঙসিদি জুৱার চাউনা শান্নবা কোংবা কৈখেল, থাংজম লৈকায়গী হিদাম পরিজাৎকীদা হেক্তা মচৎলগে," অস্থুম্না মমান্নবা মরি মঙা জুৱার শান্নক্লসি হায়দুনা হৌক্লরে। লম্বীদা চৎনা চৎনা য়ারী

ভদ্র ওহাক য়াখল তৌরগা য়ুম্দা ওইরিবা পরিজাংতা হায়রকই, "ইবো, ঐঙোন্দা হোংলোক্রবা খুদৈ মচা অমত্তা পীয়ু। রিজাং ওহাক ওকচাবৈ; অদুবু থৌশাদবা তাখিগদ্রা খন্দূনা মুংদা চত্তুনা ঊরু খুদৈ মচা অমা লৌথোক্লুরগা,—"ওবা, অক-হঙাইদি নৈজদে," হায়দুনা পী। ভদ্রনা ঊরু খুদৈ মচা অদু হাংলোক্লে। অদুদগী মানা শেংলম্বা কৈজোমদু মচেৎ মচেৎ শগায়রে। মত্তোমতা চৈজরকই, হেয়া! মীনা পাম্বদবা থঙোপ লৌ হায়বকাও য়াদবা কৈজোম নত্তবু করি কাম্বিগনি। ঐনা নত্তবু শেংপগী করি কাম্নে?" হায়দুনা ছন্দোকলে। অমুম্মা ওহাক য়াঙ মরাঙ তৌনরগা জুবায় অদু লোইশিন্নে। ভদ্র ঊরু খুদৈ চাদু শেংলগা মমুখদা হল্লে।

( ১৯ )

মতম খর ভদ্র জুবায় থাদোক্লে। জুবায় য়াজদবা মচা-মগী নিংথেম নারে খিথেলগী অনাবনি তৌন কায়বনি। ভদ্র চগী অনাবগী মওং অদুদ স্তুমিৎ ৫/৬ নি সনা কোম্নুং কাম্লে।

মচাগী 'অনাবা থক্লা খিং মকরে' হায়দুনা, সনা কোম্নুং পক্লে। হৌনবী ব্যবহারগা লোয়ননা শ্রীযুৎপু থুরুমজরে। শ্রীযুৎনা ভদ্রমু য়েংলগা হংখিরকই, "ভদ্র. ইবো, নত্ত ওসি ৫/৬নি কাম্নু কায়জক্লা কম্বিগীনো? করম্বা অচিনবা থবক নৈবগে?" হুনা নোয়ুক্না খুমই. "আজ্ঞা, অনাইনা সনা থোগন লাকচদবদি

ঙৈতে কব্রিগীসু মচ্চদে, ননাই ঐগী ইচা নিপাদো ওম্বোকপা লায়না অমা নারে।" শ্রীযুৎনা মথা তানা হংবিরকই, "ইবো, ওম্বোকপা লায়না হায়ববো করম্বা লায়নানো ? তম্মু, তাসি।" "আজ্ঞা, ননাইগী অনাবসি শরেং তীন হায়বদু ফাইবনি।"

শ্রীযুৎনা মদু হেক তাবগা হায়রকই, "ইবো, অদুদি য়াম্না লুবা লায়নানি। মাইবা, ডাক্তর কনা কনাদি য়েংহল্লে ?"

"আজ্ঞা, ননাই ঐখোয়না অসুম হোৎনজরি। কনাসু য়েংহজদ্রি।" "ইবো, ঐনা মাইবা, ডাক্তর থারকনি, চৎলো, ঙসিদি, নঙসু খর ঙম্না। অনাবদু অরুবনি।" শ্রীযুৎকী সনা য়াথং ফংলদুনা, ভদ্র থুনা য়াংনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

শ্রীযুৎনা মাইবা, ডাক্তর থারক্লনা নিংথেমগী অনাবদু য়েংহল্লে। হিদাক লাংথক থার-থারগা তীন অদু ফায়বা অসুম হেনগৎলক্লে। নোংমদা অনীরক, অহুম্রক হায়ে, হাম্র খুদি-গী তীন ৪০/৫০ ৬০/৭০ ফাওবা য়াওরক্লে। মথা অদুসু নোংম-নোংমগী কংশিল্লক্লে। হৈরে হায়বা মাইবা কৌদুনা, ফনা কন্না হোৎনদুনা ময়েংই, ফবা লৈত্রে। ভদ্র চাননা মথরায় বারে। "করম্নো ! ঐগী ইচাসি শিবদা মতাররা ?" হায়না খল্লে, মচীন্দদি থোক্কে।

ভদ্রনা মথরায় শোক্লা, মচাবু য়েংলিবা মাইবদা হায়রকই, "ওঝা মাইবা, ঐগী ইচাসে ফফনবা ঙম্রবদি লুপানা নরেপ তমগে।" মাইবা অদুনা খুম্নকই, "ওজা, নচাইবুংঙোগীসে ননাই কৃপা য়েংজগে। কথাই হায়বা হিদাক অদু ফংলবদি নচা ইবুংঙো অসে ফবসু য়াই।" ভদ্রনা হরাওনা হংলকই, "পোৎ অদুবু কদায়দা ফংগদগে ?"

"ইঙ্কালদগি ফংগনি থাজদে। মতুদি চীং-মান্দদি ফংগনি।"

ভদ্রনা মথা তানা হায়রকই, "ওজা মাইবা, ইচাবু ফগনি হায়রবদি চত্নুনা থিজরুগে।" ভদ্রনা মনাও য়াইমা, চাউবা কৌশিল্লগা হায়রকই, "ইবো, নচাগী অনাবসি মওং অমনি। ঐখোয় অনী চৎলসি। চীং মান্দা হাওখুন্দ 'কথাই পাম্বী থিরুসি। মতুবু ফংলবদি, ওজা মাইবনা ইচা ফগনি হায়রি।

ভদ্রনা মচাবু মাইবদা শিন্নরম্রে। অদুগা মচা য়েংলগা হায়রকই, "ইপগী ইবুঙো, নিংথেম, তাতোন নঙগী হিদাক থিরুখিগে। মচিন-মনাও অহাং পাংনা কথাই থিবা খোঙশাল্লক্লে। হং হংত্নুনা লাকপনা উগ্রুল তাবা লম্বী কাখৎলক্লে। হাও তারিবা খুল খুদিংমক চঙ চঙত্নুনা হংলে, ফংবা লৈত্রে। অসুম তৌনা থিরকপনা নুমিৎ ৪/৫ নি শুজিল্লক্লে। মমৈদা নাইতোম লৈবা হাওখুল অমদা চঙঙ্রে। য়ুমদোমপোক অমদা হনুবা অমা পয়া শিত্নুনা লৈরম্মী। মৈতৈ অনীথক ইখঙ খঙহৌদনা চঙলকপা উবদা, হনুবা অদু পয়া শিবা লেপ্তুনা তিংঙক মায়ঙক্লত্নুনা লৈরম্মী ভদ্রনা হনুবত্নুদা হায়রকই, "হো ইপা. করিগুম্বা অমত্তা হংজগে?" হনুবা অদুনা খুম্নকই, "করি হায়বা, ইচানুপা?" ভদ্রনা মথা তানা হায়রকই, "ইপা, ঐখোয় মফম অসিদা কথাই হায়বা পাম্বীত্নু থিবা লাকপনি। করিগুম্বা হৌরবদি খজিক্কা লৈজগে?' হনুবা অদুনা হায়রকই, "কথাই হোই, ইচানুপা। অদুনা নখোয় করি তৌনগেগে?" ভদ্রনা খুম্মী "ইপা, অনাবগী হিদাক শেম্নবনি, য়াম্না লাপ্না লাক্নুনা থিরক্লিবনি।" হনুবা অদুনা হংলকই, "ইচানুপা, নখোয়দি কদায়দগীনো?"

"ইপা, ঐখোয় ইস্ফালদসীনি।"

হমুবা অদুগা লোয়ননা মচিন-মনাও মথা পাংনা হাইথরক্লে। থরা চৎলগা কথাই পাম্বী ফংলে। অদুবু য়াম্না শাথিনা লিরম্লে। অদুনা মকু থরা থোক্লগা পুরক্লে। নুমিৎতুমা ঈশিংখোং অমদা মচিন-মনাও চামিন-থকমিম্নরগা য়ুম অদুদা নোংমা লেক্লে। মচিন মনাও থমৈ, "ঐখোয়না অসিদা লৈরিবসে ৫।৬ নি শুজিল্লক্লে। য়ুমদস্থু নুংশা থিরম্লগনি।" অদুনা হমুবা অদুদা বিদায় পীরম্লগা মখোয় অনীমক ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

মচা শিরমত্রি, অদুবু অনাবদুদি য়োরম্লে। মচা করনি কথাই ফংলে হায়দুনা ভদ্রনা হরাওনা মকুদু মাইবা অদুদা চুমত্রা হায়দুনা পী। মাইবনা চুমই হায়দুনা হিদাক তনশেম শেম্লে। পীথকপা হোরে। মথা অদুদি অসুম অমুম কংশিল্লকই। মাইবা অদুস্থু মাগী হৈজবী থাদুনা কম্না য়েংলে, মফবা লৈত্রে. মাইবদু উপায় উরক্রে। অনাবনা হেনজলক্লুনা নিংথেম সংসারদগী বিদায় লৌপ্রে। ভদ্র মচা কায়নবগী অরা মৈশাদা রানা থাংথি।

## ( ২০ )

লৈচিন নোংফাই থাংদ্রবা তশেংলবা অয়ুক্নি। অয়ুক অসিদা মহারাজ চুড়াচান্দনা মনাই মখন, থোংগল লাংগলগা

লোয়ননা সনা কোনুংদগী শামু কাননবগীদমক ব্রর্ম্মারোমদা যাত্রা তৌরক্লে। ভদ্রসু মাগী সেবক থয়গা শ্রীযুৎকী খোঙলোয় ওইরম্মী।

হন্দক শ্রীযুৎনা ব্রর্ম্মা যাত্রা তৌরিবা অসি সনা খোঙনা লেঙবনি। অসুম তৌনা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা শাংলবা লম্বী অচু লেপ্তুনা চৎশিল্লক্লে। ৱারী-ৱাতায়, অহৈ-অহৈবা ঈশৈ-নচিংবা শক্লতুনা, শাংলবা লম্বী অচু চৎলম্মী। শ্রীযুৎসু মনাইশিংবু ফাগী জোগায় তৌবিদুনা ৱা-ৱা নোকমিন্নৈ।

ইম্ফালদগী ব্রর্ম্মা তাবা লম্বী অসি শুক্লবা চীং অমদি জঙ্গলতনা থম্না লৈরম্মী। পীক্লবা লম্বী অমতনি, মতুংসু খোঙ লম্বীনি। অসিগুম্বা অকিবনা থল্লবা, খুরবা খোঙ লম্বী অসিদা শ্রীযুৎনা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা খোঙশাল্লক্লি। ঙহাক পোথা, অমুক চৎ তৌদুনা শাংলবা লম্বী অচু য়ানশিল্লক্লি।

অসুম লেপ্তুনা চৎশিল্লকপনা নুমিৎ থরনিগী মতুংদা কবো লৈবাক্তা থুংলে। মফম চাবা অমদা শ্রীযুৎনা মনাই মশন-শিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা পোথারম্মী; চাক ঈশিংনচিংবা হোৎনরম্মী। মখোয়না থুংলুরিবা মফম অসে ব্রর্ম্মাগী সিমানা-মক্তি নত্তে, থাঙ্গৈশেংবা মনিপুরগী সিমানানি। ব্রর্ম্মাগী ময়াম-মকুদা লৈরিবা লাইরেম্বী অচুদগী মথা পাংনা হাইথগ্রগা, "ক্যাম-পোক লমজাউ" কৌবা চাউরবা লম্পাক ওই, জঙ্গল ওই তৌবা মফম অমা লৈ। মফম অসিমক্তদনি শ্রীযুৎনা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা শামু কাথা লাক্লিবসি।

অকিবা ফংনা শুক্লবা, চাউরবা ক্যামপোক লমজাউনি। শ্রীযুৎনা মনাই মশনশিংদা শামু কাননবগীদমক্তা সনা য়াথং তাকপীডুনা শেম শারে। মনাই মশনশিংনা খুৎশু খুৎলাইনচিংব শামু ফাবা য়াননবগী মওংদা শেম শাডুনা কোৎনজরম্মী। অদুবু শামু ফাবা ভম্বগী মওং উরক্তে। শ্রীযুৎ খম্মোয়দা লাগুতরুবা অমা পোক্লে। করম্মো, শামু ফাবনি কায়ডুনা অম্বুক মতম চঙনা লাক্লগা ফাবা ভমদ্রেদনা; কায়বগী অবাবা, ইকায়বনা শ্রীযুৎকী মায়থোঙ মকশিল্লী।

মমৈথংদা শ্রীযুৎনা মনাইশিংগা তান্নরগা শামু ফাননবগী অরাইবা পোথি অমা ফংলম্মী। পোথি অদু অতৈ করিস্ত নত্তে, শ্রীযুৎকী মনাই অচানবা ভদ্রনা মাগী সেবকশিংগা লোয়-ননা চাউরবা শামু অমা য়েক্লে; অদুগা উ শুবনা কজনা পাং ভিংলগা ক্রেম চনশিল্লে, তুদনবা লেপ্তুনা থম্বা য়াবা মওংদা শেক্লে। মনাই মশনশিংনা শামু অদু চনবা, চাউরবা কোম অমা তৌরে। অশাবা শামু অদু কোম অদুগী মপানওই, মনুংওই তৌবা মপান্দা খিন্দুনা লেঙহন্দনা থম্লে। অদুদগী মখোয়না অকোয়বদা চাউরবা শামুবু কুপশিনবা য়াবা লাং অমা উতনা শারে। লমহাং অদুগী ময়ায়দা অশাবা শামু অদু থনম্লগা শ্রীযুৎনা মনাইশিংগা লাপুক্লা য়েংডুনা লৈরে।

অরাপ্পদগী য়েংলক্লবদি থাঙ্গশেংনা চাউরবা শামু অমা শজিক চাবা মাল্লম্মী। তশেংনম্তু অহিংবা শামুগুম্না উরবনি। ইখঙ খঙহৌদনা অরাপ্পদগী শামু লমশা শঙ্গু অমা থোংলডুনা; মচিঞ্জাক থিবা লাক্লে।

শ্রীযুৎ মনাই মশন পুন্নমক তুমিন্না, লাঙদনা মখোয়গী মতৌদু য়েংতুনা লৈরে। শামুশিংগী রাখলদা মকম অদুদা চাউ-রবা শামু অমা মচিঞ্জাক চাদুনা লৈরি হায়না খল্লমাল্লে, থুনা য়াঙনা অদুম্মুক চেনশিল্লক্লে। শামুশিং অদুনা চেনশিল্লকপা অদুদদি শ্রীযুৎ, মনাই মশন পুন্নমক শাজেল তৌবা য়াবা তৌরগা শামুশিং অদুবু উহন্দনা, য়েংদুনা লৈরে।

শামু লমশাশিং অদু অশাবা শামু অদুগী মনাক্তা চঙশিনগ্রে। মনাক্তা চঙশিল্লগা মনাতোন্না মনম নয়ে, অদুগা অশাবা শামু অদুদা ওমশিল্লে। ইখঙ খঙদৌদনা ঙসাই থাক্লম্বা লাংদু ক্রোক লাউনা তারক্কুনা শামু লমশাশিং অদু কায়দুনা চেনগ্রে। অদুবু শামু অমখক্তি লাং অদুগী মন্নুংদা তাহৌদুনা চেনবা য়াদতুনা লৈহৌরে। মখেয়গী থম্মোযদ হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইরম্মী। শামু অদুবু পুনবা য়াব পুল্লগা ফাজিল্লে। শামু অদু চেনবা ঙমদ্রে; মাগী পাঙ্গল থোকপা য়ারমদে। শামু ফারবনিনা হয়েং কোন্নুংলোমদা হল্লসি হায়দুনা লেপ্লরে।

নোংঙাল্লে। সনা থৌগল তৌদুনা মনাই মশন পুন্নমক্তা লোয়ননা ক্যাম্পোক লম্পাক থাদোক্কুনা সনা কোন্নুংলোমদা যাত্রা তৌরক্লে। ভদ্রস্থু মক্ষম অদুদগী রাক্তং ইক্তি ২ই মুক শাংবা অমা লৈদুনা পুরক্লে।

অস্তুম লেপ্তুনা লাকপনা নুমিৎ খরনিগী তুংদা সনা কোন্নুংদা থুংলম্মী।

শরৎ ঋতু লোইশিল্লক্নে। হেমন্ত ঋতু চঙলক্নে। হেমন্ত ঋতুগী হৈপাল-লৈপাল পুম্নমক মহৈ মরোং হৈক্তিং খর খর ফাগৎনরক্নে। মেরা থা য়োশিল্লকপগী মহৈ মহৈ দুর্গা পুজাগী–দমক দুর্গা শাগৎনরকপা, য়েকশৎনরকপা মতম্নি।

চাউরেল হৌখ্রে। ভদ্রসু মাগী তোয়না শিজন্নবা ইঞ্চি ২½ শাংবা ব্রাক্কং অদু নাকন্দা য়েপ্লগা মাগী সেবক কলাচান্দগা লোয়ননা সনা কোমুং কারকই। দুর্গাগী মূর্ত্তি শাবা হৌরে। ভদ্রনা দুর্গা শাবসি কুম্ম অমনি। থবক্না কন্দ কনশিল্লক্লকদি মাগী নিংগ্রি তাৎপা কায়বসি তোকপা লৈতে। ঙসিসু নিংগ্রি তাখৎতুনা মাগী ব্রাক্কং অদু থক্না থক্না কন্না হোৎনরি। মরক মরক্ত সেবক কলাচান্দবু হিদাক হালহল্লি। মানা শারিবা অসি ফমদুনা, নত্রগা লেপ্তুনা শাবা নত্তে। অখঙবা মীনদি মফরে, কনাগুম্বা খঙদবা মীনা উরবদি মওং অমা কায়রবনি। ঙহাক অমুক চেনশিল্লি, ঙহাক অমুক চেম্থোক্কুনা লাপ্না অমুক য়েংই। অমুক তনচেন চেনশিল্লক্কুনা লৈতান মতুম অমা অমুক নপশিল্লি; অমুক হন্দোক্কুনা য়েংই। অসুম তৌনা চেম্থোক চেনশিল তৌদুনা দুর্গা শাবা হৌগৎলক্লি।

অসুম্না ভদ্রনা দুর্গা শাবা হোৎনরিঙৈদা শ্রীযুৎনা ভদ্রগী নাক্তা সনা খোঙশল্লক্নে। শ্রীযুৎ মহারাজ মনাই ভদ্রবুদি খঙহন্দনা আন্দোপ মমুং অতুদা লেঙশিল্লক্নে। ভদ্রনা অমুক চেম্থোক,

অমুক চেলশিল তৌদুনা লৈরিবা মওংদু তুমিন্না অদুম্মক য়েংদুনা লৈ। ভদ্র অহানবদদি শ্রীযুৎনা মাগী মনাক্তা লেঙলকই হায়-বসে উরমদে। ঙহাক লৈরগা হাইক্নেৎ উরক্লে। ভদ্র খঙশিন্নদবা শাদুনা মাগী শারিবা দুর্গাগী মূর্তি অদুম্মক শাদুনা লৈথোক্লে। শ্রীযুৎনা ভদ্র খঙলম্লোই খন্দুনা খর খর চঙশিল্লক্লে। চঙশিল্লক্লে খঙনা খঙনা মমায় শুকওন ওন্থোক্তে। ভদ্রনা মপুক্লীংদা খল্লি, "হন্দক অমুক হন্দোকপা অসিদদি সনা নাক্তা নকশিন্না হেক্তা হন্দোক্কে।" সনা হকচাং থেংগদবক্তাও হন্দোক্লক্লে। সনা নাক্তা য়াম্না নকশিল্লক্লবদুদা শ্রীযুৎনা খল্লি, "ভদ্রসে ঐবু করিমত্তা উদ্রে। লাই শাবা অসিদা মাগী পুক্লীং হকচাং পুন্নমক লুপগ্রমাল্লে। শোয়দনা থেংগাইবা তারে।" অদুদগী শ্রীযুৎনা মকম অদুদগী খজিক্তং লেঙথোকই। হন্দকসু ভদ্রনা শ্রীযুৎনা লেঙথোক্লকপা মপা অদুদা অমুক হন্দোক্লক্লে। শ্রীযুৎনা চাননা খল্লে, "করম্নো তৌরিসিবু? থেংগাইনবা তারেনে।" হুম, কৌদা কৌরগে হায়দুনা শ্রীযুৎনা "ভদ্র" হায়দুনা খংকৌ কৌরকই। ভদ্র খঙপ্রেক খংশিন্নে। থোক ওন্থোক্লগা "আজ্ঞা" হায়দুনা খুরম্মী। শ্রীযুৎনা হায়রকই, "ভদ্র, ইবো নঙ ঐ লাকপা খঙদ্রা, উদ্রা?" ভদ্রনা খুম্মী, "আজ্ঞা, ননাই তশেংনা খঙজদবনি, উজদবনি, লাই শাবসিদা পুক্লীং লুপশিল্লুবনা শ্রীযুৎনা লেঙলকপা খঙজহৌদ্রে, য়ারৌবীনু। শ্রীযুৎনা হায়রকই, "ইবো, ঐনা নত্তৌ য়েংগে তৌব-নিদা।" অসুম তৌনা মপু মনাই ঙহাক ফাগি-জোগায় তৌনরম্লগা, শ্রীযুৎসু লেঙশিনগ্রে। ভদ্রসু মাগী শারিবা লাই অদুদা পুক্লীং অমুক থমহৌরে।

লেপ্পবা মতমগী খোঙচৎনা অসুম অসুম হৌজিনখিত্নুনা বসন্ত ঋতু চঙলক্লে। উপাল-রাপাল পুম্নমক অনৌবা য়েম্নিং ছন্দুনা অনৌবা মতমগী ফিজোলগুম নীংথিরে। নহা-অহল খাক্কনা য়াওশঙগীদমক অনৌ অনৌবা ফিজোল লাঙনরে। খঙহৌদনা লমদা য়োরক্লে। য়াওশং মৈ থারে। অঙাং নুবী পুম্নমক্না হরাউনা মাগী মাগী কাঙলুপ শেম্নদুনা য়ুমথোঙ খুদিং পৈশা খায়বা চৎনৈ। নোংঙাল্লগসু নুপীমচা, লৈশাবী মচাশিংনা মাগী মাগী কাঙলুপ শেম্নদুনা পৈশা মুম্নৈ, কি মুম্নৈ। নহারোল-শিংনা অঙাঙবা, অশঙবা মচুগী আবের তৈনৈ। মচি মচি খুদিংদা হরাও-মথোই কাদুনা থাবল চোংনৈ। ঈশৈ হৈবনা ঈশৈ হল্লদুনা ময়াম্না খুম্নদুনা নুংঙাইনা থাবল চোংনৈ।

ভদ্রসু মাগী কাঙলুপ লৈকায়গী মৌ নকাশিং খোমদুনা, ঈশৈ শক্কুনা, য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা শেল খায়বা চৎলি। ময়াম্বুং টিকেন্দ্রসিং, খাইনা সনাখ্বামচা হায়না খঙনবা ময়াম্বুংগী সনা শঙ্গায় শুমাঙদা থাবল চোংলদুনা শেল খায়ররে। তাঞ্জা অসিমক্তদা নোংমৈবুংলোমগী কাঙবুসু ময়াম্বংগী সনা শঙ্গায়মক্তদা থুংলরে। থাবল চোংবা ফাংনরে। ঙাক ফাংনদুনা কম্না চোংখৎনরম্মী। ময়াম্বুংনা হরাওনা মীৎয়েং তাবিরম্মী। পাউ ফংবদগী শ্রীয়ুৎসু ঙাঙবী মহারাণীগা লেঙঙক্কুনা ময়াম্বুং সঙ্গায় মাঙ্গোলদা ফম্নদুনা থাবল ফাংনবা অত্থু সনা মীৎয়েং তাবিরম্মী।

শ্রীয়ুৎনা কাওবুশিং অত্থু য়েংলগা হংবিরকই, "ঙসিগী থাবল চোংবা অসিবু কনা কনাগীনো?" মহৈ মহৈ খুম্নরকই, "আজ্ঞা, ঙসিগী থাবলসে সোইবম লৈকায়গা নোংমৈবুংগনি। সোইবম

লৈকায়গীদি নমাই ভদ্রনা লুচিংবনি। মখোয় লৈকায় চাক চান-জগনি হায়দুনা পৈশা নিরিবনি। শ্রীযুৎনা ভদ্রবু য়েংলগা হায়রকই, "ভদ্র, ঙসিগী থাবল অসিদি নোংমৈবুংনা হেনগ্রেদনা। মরমদি নোংমৈবুংগী মীথীৎশিংদি নঙগুম্না ফিজেৎ-চাকচাস্থ তৌরক্তে। মখোয়দি থাক্লেশেংনা থাবল চোংবা হৈবা কাওবুনি। নঙগীসিদি ঈরুজরমদাই ঙহাক চৎথোক্লকপা নত্রা?" ভদ্রস্থ মানা থোকপা থর ঙম্নবা থূম্লদুনা শ্রীযুৎ অমদি ময়াম্বুং ইবুংঙোদগী পৈশা লৌথোক্লগা মাগী মীখিৎশিং অদুগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লম্মী। নোংমৈবুংলোমগী কাওবুস্থ হন্নগ্রে।

(২২)

ময়াম্বং টিকেন্দ্রসিংনা থল্লি, "কুমশিগী চৈরাওবা অসে ভদ্রবু কুস্মে অমা পুথোকহল্লগে।" ময়াম্বুংনা থৌন্দনা ভদ্রবু কৌথংলে। ময়াম্বুংগী সনা য়াথং ফংলদুনা ভদ্রস্থ ময়াম্বুংগী সনা সঙ্গায়দা লাক্লে। ময়াম্বুংনা সনা য়াথং তাকপীরকই, ইবো, ঐনা নঙবু কৌবগী মরমদি কুমশি চৈরাউবা অসে চৌংমৈরোংদা কল্লি অমা চৎনবা থৌরাং তৌনিংই। অদুগা ইবো, নঙনা ওস্তোক-ওস্তোকপা মওংগী মূত্তি পুথোকদবনি। ভদ্র হরাওনা খুম্মী, "আজ্ঞা, সনা য়াথং কায়দনবা হোৎনজগনি।" অস্থম্না ঙহাক ৱারী ৱাতায় শানরবা মতুংদা মপু মনাই কাইনরম্মী।

ময়াম্বুংনা পাখঙমচা চহি ১২গী ১৬ শুবা ফাওবগী মনুংদা লৈবা খরগা, চহি ৫/৬ শুবা অঙাংমুবী খরসা খোমগত্তুনা হল্লি ত্মবীবা হৌরে। চৈরাউবা নুমিৎ ২/৩ দা ঙাইশিল্লক্লে। ময়াম্বুংনা ভদ্রবু কৌরগা সনা য়াথং তাকপীরে, "ইবো, নঙনা মখোয় শিল্লি কাগদবা নহা পাখঙ, অঙাং-মুবী, পুম্নমক মশক-মশা খঙদনবা য়েকশিনগদবনি, ওম্বোক ওম্বোকপা মূর্ত্তি মানহনগদবনি। মচু মচু লাংহন্দুনা ফুরিৎকী মওংসু অতুম্মক মাল্হল্লু। হেক য়েংবদা অকিবা পোকহল্লু। অউবা পুম্নমক্কা কুম্মৈ ওইনা য়েংহনগদবনি।" সনা য়াথং তাবদা ভদ্রে নোক্লিংবা পোকই। মাগী য়াথংদা অঙক-অঙকপা মূর্ত্তি ঙাক্তা চোংথোক্লকই। খোরাং পুম্নমক লাংজরুরগে কায়দুনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

চৈরাউবা হয়েংদা ঙাইশিল্লক্লে। হল্লি কাবা য়াওগদবা নহা-পাখঙ, অঙাং-মুবী পুম্নমক ময়াম্বুংগী শঙ্গায়দা কৌদুনা শম কক্থৎহল্লে। শমকক অমত্তা মাল্লহন্দে। তাংখুলগী শমকক্, ঙাচৈগী শমকক্সু খর য়াওহল্লি, লৈশাবীগী শমককসু খর য়াওহল্লি। ওম্বোক ওম্বোকপা শমকক্ কক্লুনা শেম্লে। শমকক্ অচুম্বা উবদা অউবা পুম্নমক কুম্মৈ অমা ওইনরে।

চৈরাউবা নুমিৎনি। হল্লি কাগদবা খুদিংমক ঈরু-মায়থ-ভঙহল্লদুনা ভদ্রগী ময়ুমদা শক্তম শেম্মনবগীদমক থারক্লে। ভদ্রনা সেবক কলাচান্দগা রং পুম্নমক চেগাই মচেত্তা শেম্লে। অদুদগী ভদ্রনা হল্লি খাগদবশিং অদুদা য়েকপা হৌরক্লে। মশা পুম্নমক পুনলাং লাংনা য়েকশিল্লে। লাংলবসু মুম্না হেক য়েংশিল্লুবদা

ফুরিৎকী মঙং য়ালি। তুইন ফুরিৎ হায়বা অতুগী মওংসু য়ালি। অতুদগী মরীৎ মনা অতুসু অমত্তা হেক য়ারহন্দে। হাও মানহম্বা, হিংচাবা, শল, ইরোই, হৌদোং অসিনচিংবা কয়া মালহল্লে। মখোয়গী মরক্তা অকিবা ফংলবা মুক্তিসু য়য়াওই। ফজবা থরসু য়াওহল্লি। লোইরবা মতুংদা মখোয় খুদিংমক কি 'অমমম্বা কুপ-শিল্লগা চৈরাউবগী চাক চারুনবা থায়ল্লে।

মখোয় খুদিংমক য়য়াম্বুংগী সনা শঙ্গায়রোমদা লোয়না থল্লে। মমা-মপা অমত্তউহনদে। অম্ম্বা থৌরাং লোইরদুনা কুপলিবা ফিশিংদু লোথোক্লুনা চৎলবা থৌরাং তৌরে। মফি-মরোল হেক হাইদোক্লকপদা অউবা পুম্নমক নোকখিবনা থরো-থরো ওয়খরে। মহৈ মহৈ হংনরকই, "ঙসিগী অসিবু কনানা তৌরিবনো। ওবা ভদ্রনা তৌরিবনি হায়দুনা খাগৎনৈ। মখোয়বু পুরদুনা চীংমৈরোং তাম্না হল্লি কায়ল্লে। অচৎ অওক পুম্নমক মমিৎ কুপ্লখিদরে। মাইকৈ পুম্নমক্তগী হল্লি কারকই। কারক্লিবা পুম্নমক ভদ্রনা তৌরিবা মওং মতৌসি ফংবা য়াওদে, তুং ফাওবা কুম্মু ওইনা রারীনল্লে।

অম্মুম্বা মতম থরা হোল্লে। লেপ্পা নাইদ্রবা মতমগী খোঙ-চৎনা অম্মম অম্মম হোৎজিনখিবনা ভদ্রসু অহল ওইশিল্লে। প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীনা নোকখেদুনতা লৈরবা ভদ্রগী মুংঙাইবা মুমিত্তু মুনবিল্লে। অহল ওইশিল্লকপগা লোয়ননা মশা ঙমদবা হৌরল্লে। অম্মুম্বা মশা ঙম্লক্তবা অসি ৫।৬ নি শুশিল্লে। চাক-ঈশিং চাবা ইয়া য়ারক্তরে। মরুইনা অহিং তুম্বা য়াদে। ভদ্রগী তালোই

যোইশ্রাম্মা মচা নিশা অমি পুন্থনা কোম্নুংদা চৎলগা শ্রীযুৎকী অনাবগী পাউত্থ হংগৎচরুরে। শ্রীযুৎনা মমা-মচাগা কাইনা ংংখিরমই। মমা মচানা শ্রীযুৎকী মকমদা মাজা লোম্নরা পাইথরমজরকই, “আজ্ঞা, ননাইগী লায়নাসি ভাব তত্রা গুরুজে, নবাইনীমি অহিং তুমবা য়াগবনি, অহিং তুম্বা চৎত্রবা ননাই লৈবক কনানা অহিং নোংশোইবা মশা নোইত্থনা কৌরনবে, তহাক উরোন-উরোন থতোই, তুম্মু ইয়া য়াদে, থতত্রে ননাই ঐরোয়না তৌনদৌরিবসে। শ্রীযুৎ চাম্লনা মুংঙাইত্রে, মমা মচা য়েংলগা তাকপীরকই, নথোয় চৎলো করিস্থ তোরোই, ঐনা ডাক্তর থারকনি, নথোয় চৎলো থিল্লগন্থ, অনাবত্ত মপুক্রীং মুংঙাইহন্ন মমা মচা অনিমক শ্রীযুৎপু থুরুমজরম্লগা মযুমদা হল্লক্রে।

শ্রীযুৎনা মনাই থাদুনা লাইরিক য়েংবন নৈকায়দা লৈবা ডাক্তর ভারতপু কৌহনুরে। (ডাক্তর ভারতজমনা কোম্নুংগী অনা অয়েক অয়াম্বা য়েংই, মহাক হৌজিক কাওবা হিংলি) ডাক্তর ভারতত্থ ফিদাক লাংথক পুবা য়াবা পুন্থনা ভত্রগী মযুমদা লাক্রে।

ডাক্তরনা হংবা য়াবা থবা হংলগা ফিদাক লাংথক থবা পীজ পীথক তৌরম্লগা সনা কোম্নুংনোমদা লাক্কুনা শ্রীযুৎতা অনাবগী মরম হংগৎলরে। শ্রীযুৎনস্থ ইতুৎ তত্তনা চৎনু হান্না মনা য়াথং তাকপীরমই।

অমুক তৌনা হোৎনরকপসিনা মুমিৎ থবা কৌজিনরে। অদুমু অনাবদি কগৎলপগী মহত্তা থোইনা ক্ষেমা অমুক অমুক